পি, সি, থৌদাম

# রিমেদিয়েল মণিপুরী





এস, আই, এণ্ড কোং

# ৱাহৈ খরদং

লাইৱিক অসি সেকেণ্ডরী বোর্দকী তরামাথোইশুবা অমদি তরানিথোইশুবা ক্লাস অতুগা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী টি, দি, সিং, গী সিলেবসকা চাননা ইজবনি। হৌজিক হৌজিকমক বিষয় অসিবু তম্বদা অমদি তম্বিবদা ওঝা অমদি ছাত্রশিংনা থেংনৱিবা সমস্যা অদু কোকহনবদা খরদং মতেং ওইগদ্রা খনজতুনা লাইৱিক অসি ইজবনি। লাইবিক অসিনা সমস্যা অসি কোকহনবদা খরদং মতেং ওইববদি হোৎনজমনগী মহৈ য়াল্লে হায়না লৌজগনি।

লাইবিক অসিবু খনগৎপীবগীদমক্তা মণিপুর য়ুনিভর্সিটি, নেহু, অসাম য়ুনিভর্সিটি অমদি বোর্দ ওফ সেকেণ্ডরী এজুকেশন, মণিপুরবু থাগৎচবি।

লাইবিক অসিগী অৱাৎপগী মতাংদা পীবীরকপা ৱাখলশিং হৰাওনা লৌজগনি।

অইবা

# য়াওফম তাকপা

**চীরম** **লামাই**

**অহানবা শরুক**



**অনীশুবা শরুক**

অহানবা শরুক

# ১

# লোন নৈনবা

লোন হায়বসি মীওইবনা চহি-চা কয়ামরুমগী মমাংদগী হৌনা শিজিন্নহুনা হায়বদি ঙাংনহুনা লাক্লবনি। অহুন্নমক ওইহুনস্থ ঙসি কাওবদা মসিগী মরমদা হংলকপা য়াহং কয়াগী পাউথুম পীবা ঙমদনা লৈরি। য়াহংশিং অসিগী চপ-চাবা পাউথুম পীবা ঙমক্লবস্থ মীওইবনা য়াহংশিং অহুগী পাউথুম পীনবা হোৎনদবদি নত্তে। লোন ক্বরম্মা হৌরকপগে নত্রগা ওইরকখিবগে হায়বসি পুথোরুবা হোৎনবদা অচুম্ববু ওইরবস্থ, অরানববু ওইরবস্থ, থিঅরি কয়ামরুম পুথোক্ত্রনা লোনগী হৌরকফম ভাক্লবা হোৎনরম্মী। থিঅরিশিং অহুগী মন্নু দগী খরদং খনগত্তুনা মখাদা শম্মা নৈনরি। মখোয়শিং অহুদি:—

**(১) বাউ-ৱাউ থিঅরি:** থিঅরি অসিবু শোগৎপা কাংবুগী মত্তা মীওইবগী লোন অসি মহৌশাগী লৈজরম্বা মখোলশিংগী মতৌ তম্বদগী ওইরকপনি হায়বসিনি। মখোয়গী মত্তা লোন্দা য়াওরিবা য়াহৈ কয়ামরুমগা মহৌশাগী মখোলশিংগা মরি লৈনৈ হায়বসিনি।

থুদম ওইনা মখোয়না কুকুকু (কোকিল), ক্রাউ (কাক্) অসিনচিংবা ইংলিসকী রাহৈ অমদি হুইনচিংবনা খোংবগী মখোলশিং অসি পীরি। অসিদসু নত্তনা মখোয়না হায়রিবদি থায়নৈডেদগী শাদানবশিংনা মানা-মানা থেংনরিবা শা অহুগী মশক তাক্লবগীদমক শোয়দনা শা অহুনা খোংবহুগী মতৌ তম্লমগনি হায়বসিনি। অহুনা খোন্থোকশিং অসি অস্থুম্না মহৌশাগী মখোলশিংগী মতৌ তম্বদগী ওইরকপনি হায়বসি মখোয়গী থাজবনি।

থিঅরি অসিগী অরাৎপা কয়ামরুম লৈ। মসিগী খ্বাইদগী চাউবা অরাৎপদি মসিনা মীওইবগী ভোকেল ওর্গান হায়বদি রা ঙাংনবগী কায়াৎশিংনা কয়ম্না লেঙ-ওত্তুনা খোন্থোকশিং অসি পুথোক্লকপগে হায়বহু তাকপা ঙমদে। লোন থুদিংমকী খোন্থোকশিং হায়বদি ভাউঅল অমদি কোন্সোনেন্টশিং অসিগী লৈবা য়াবা য়াদবগী নিয়ম অমা শোয়দনা লৈ। মসিগী নিয়মশিং অসি মখোলশিংগী মতৌ তম্বদগী ওইরকপা রাহৈ পুম্নমক্তা লৈরমগনি হায়বহুদি থাজনিঙাই ওইদে।

(২) পু-পু থিঅরি: থিঅরি অসিবু থাজবা মীওইশিংগী রাখলদা লোন হায়বসি মীওইবনা মখোয়গী অনিংবা, অপাম্বা, অরাবা, নুংঙাইবনচিংবা অহু ফাওরকপা মতমদা মহু ফোংদোক্লুনা কপ্পা, লাউবা, নোকপা, শাওবনচিংবা তৌবদা থঙহৌদনা খোন্থোক খয়া থোকখিবদগী লোন হায়বসি ওইরকখিবনি হায়বসিনি। মখোয়না হায়রিবদি মীওইবনা ইহান-হায়া শিজিন্নখিবা রাহৈশিংসি ইন্টর্জেক্সন-গুম্বা ঙাক্তা ওইরমগনি হায়বসিনি।

খিঅরি অসিনা উৎলিবদি লোনগী মচাক খরতনি। বা ভাংনবগী কায়াৎশিংনা লেত-ওত্তুনা মতৌ করম্না খোম্লোক পুথোক্লুনা লোন ওইনা শিজিন্নরক্লিবনো হায়বত্তুদি উৎপা ভমদে।

(৩) দিং-দোং খিঅরি : খিঅরি অসিগী মতুংইন্নদি মীওইবনা তারি-উরিবা পুম্নমক অসিগী মমি অমা শোয়দনমক মীওইবগী ত্রেন্দা তাই। মহুনা কাংশি খিংবগুম য়ৈরুবদগী করিস্থু হোৎনরুবা তৌদনা ত্রেন্দা মশানা বাহৈ ওইনা হেক্তা ওম্লোকচৈ। মহুদগী বাহৈশিং অসি ওইরকপনি। মসিদি থাজবা য়াদবা খিঅরিনি।

(৪) য়ো-হে-হো খিঅরি : খিঅরি অসি নোয়র্ কৌবা অমনা হৌদোক্লম্বনি। খিঅরি অসিগী মতু ইন্নদি মীওইবনা পুন্না থবক্লুচিংবা শুমিন্নবা নক্রগা ময়াম চঙহুনা পোৎলুম্নচিংবা থাংমিন্নবা মতমদা চরাংনবা অমদি নুংশাখর খংখিং-খিংহুনা থাঙ্গৎনবা তোৎনবন-চিংবদা থোক্লকপা মখোল খরদগী লোন অসি ওইরকখিবনি হায়বসিনি। অসিগুম্বা মখোলশিং অহুদা ভাউঅল অমসুং কোন্সো-নেন্ট যাওরি হায়বসি মখোয়গী মতনি।

খিঅরি অসিগী মতুংইন্না লোন্দা শিজিন্নবা বাহৈশিংসি অঙানবদদি কমান্দ্ হায়বদি য়াথং পীবা ভাক্তমক ওইরম্মী। খিঅরি অসিদা লোবা য়াব, খরদি য়াওরি। মহুগী মমুংদা মরুওইবদি—অহানবদা, লোন হায়বসি মীওইবনা পুন্না লৈমিন্নবা হৌরকপদগী লৈরকপনি হায়বসিনি। অহুগা মথংদা, ভাউঅল কোন্সোনেন্ট ওইরকপগী মতাং অসিনি।

(৫) **জেসচর থিঅরি ঃ** থিঅরি অসিবু হৌদোক্লম্বা কাংবুগী মত্তা লোন হায়বসি লৈত্রিঙৈদা মীওইবনা ঈঙ্গীৎ শিজিন্নরম্মী হায়বসিনি। মতুদগী মখা তারক্লুনা লোন হায়বসি ওইরকপনি। মসিগী খুদম ওইনা মখোয়না অমেরিন্দিয়ান হায়বদি অমেরিকাদা লৈরিবা রেদ-ইন্দিয়ানশিংগী সাইন লেঙ্গুইজবু পীরি।

মীওইবগী ব্রেন্দা লৈরিবা লোনগী মফমগা ঈঙ্গীৎকী মফমগা অনি অসি য়াম্না নক্লনা লৈ হায়বসিদি অচুম্বনি। অদুনা রা ঙাংবা মতমদা খুৎ-শা শিজিন্নদুনা ঈঙ্গীৎ খর য়াওথিদবদি নত্তে। অদুম ওইনমক ঈঙ্গীৎনা লোন্দগী হাল্লি হায়বসিদি হায়মনবা থোক্কনি। থিঅরি অসিবু শোৌগৎপা কাংবুনা হায়রি মতুদি লোন হায়বসি খুষ্টনা পোকদবা চহি ৩৫০০ মুক্কী মমাংদ, লাই ওইনা য়েক্লুনা ইবদগী ওইথিবনি। থিঅরি অসি থাজবা খর ৱাংলি হায়না লৌনৈ।

(৬) **ম্যুজিকেল থিঅরি ঃ** থিঅরি অসিবু হৌদোক্লম্বশিংগী মত মতুংইন্নদি লোন হায়বসি ঈশৈদগী পোক্লকপনি। মীওইবনা রা ঙাংবা হৈত্রিঙৈদগী হৌনা ঈশৈ শকপদি হৈরম্লে হায়বসি মখোয়গী থাজবনি। থিঅরি অসিবু হৌদোক্লম্বদি ওত্তো জেসপর্সন হায়বা দেনিশ স্কোলার অদুনি। মহাক্কী মত্তা লোন অসি অহানবদা হায়দোকপদা রাবা, য়াম্না শাংবা ৱাহৈপরেংশিংনা ওইরম্মী অদুগা মতু ঈশৈ ওইনা শক্লুনা ঙাংনরম্মী।

(৭) **কণ্টেক থিঅরি ঃ** জি: রিভিজ হায়বা আমষ্টর্দামগী প্রোফেসার অমনা থিঅরি অসি হৌদোক্লম্বনি। মীওইবনা সমাজদা পুন্না তোৎন-তিন্নদুনা হিংমিন্নবগী দরকার ওইরকপদগী তোঙান

তোঙানবা থাক (ষ্টেজ) কয়ামক্রমদা লোন হায়বসি ওইরকখিবনি। ইহান-হানবা থাক্তা থমলিবসি কষ্টেক সাউন্দনি। মসিগী থাক নত্রগা তাঙ্কক অসিদদি থেংনবা, য়ৈনবগী মখোল অত্তুগী মতেংনা ঈ-পাউ খংনবনি। মতাং অসিদি শ -ঙানা খোংবগুম্বনি হায়বসিনি। মথংদা ক্রায় হায়বদি লাউ-খোংবা, কপ্পনচিংবা অসিগী থাক অসিনি। তাঙ্কক অসিদদি পাউ অসি হায়রপ, মওং তানা কাওনবা ওস্লক্লে হায়বসিনি। মসিগী থুদম ওইনা মহাক্তা উচেক্লচিংবা জীবশিংগী মচাশিংনা খুদোংথীবা থেংনরকপা নত্রগা অরাম-খৌরাংবনচিংবা পোক্লকপা মতমদা খোংবত্তুগুম্বনি হায়রি। মসিগী মথংদা কোল হায়বদি কৌনবগী থাক অত্তু য়ৌরকখি। মসিদদি মীওইবনা অপাম্বন-চিংবা রাখল কয়া কোংদোকপা ওম্বগী শক্তি অত্তু লৈরে। মসিগী মথংদা লোন অমস্তুং ঈশৈ পোক্লকই হায়বসিনি। মত্তুদগী রাহৈ অমদি রাহৈপবেংশিং ওইরকখিবনি হায়বসি রিভিজগী থাজবনি।

রিভিজনা য়াম্না শন্দোক্না, তাঙ্কক তোঙান-তোঙানবা কয়ামুক উত্তুনা লোনগী হৌরকপগী মরমদা মত কয়ামক্রম পীত্তুনস্তু; রা ঙাংনবগী কায়াৎশিংনা মতৌ করম্না লেঙ-ওত্তুনা খোম্থোকশিং অসি পুথোক্লকপগে হায়বত্তগী মতাংদদি করিমত্তা পল্লমদে। অত্তুনা থিঅরি অসিগীস্তু অরাৎপা কয়ামক্রম লৈ।

মথক্তা পীরিবা অসিদা নত্তনা অতৈ থিঅরি কয়া অমস্তু লৈরি। অত্তুবু মখোয়শিং অত্তু মথক্কী থিঅরিশিং অসিগী মরক্তুগী অমগা নক্লন হেক্তা লৈ। অত্তুতস্তু নত্তনা লৈরিবা থিঅরিশিং অসি অমত্তস্তু মপুং ফাদে।

মথক্তা নৈনগ্রিবা থিঅরিশিং অসি লোন কয়ম্না ৬ইরকখিবগে হায়বা অহুগী মরমদা নৈনবনি। লোন করিনো হায়বহুদি মসিনা তাকপা ঙমদে অমস্তুং নৈনবস্তু ত্তোদে। হৌজিক অমুক লোন হায়বসি করিনো হায়বহু নৈনহুনা য়েংশি। লোনবু নৈনবা কাংবুনা তোঙান-তোঙানবা মওং কয়ামক্রমদা লোনবু মশক তাক্লবা হোৎনৈ। মরম অসিদগী মখোয়না **“লোন হায়বসি নিয়ম কয়ানা পুন্দুনা শেমহুনস্তু অসি ওইগনি হায়বা অককুবাদ লৈতবা, খোঙ্হোক্কাশংনা থুদম ওইবা, মীওইবনা মখোয়গী মরক্তা ঈ-পাউ চৎননবগীদমক শিজিন্নরিবা অহোংবা নায়বা হৈনবা অহুনি”** হায়না হায়। অহু ওইরবদি লোন হায়বসি করিনো হায়বহু থওননবগীদমক মথক্তা পল্লিব: রাকমশিং অসি অমমমতা ওইনা লৌখত্তুনা য়েংবা তাবনি।

**অহানবদা, লোন হায়র্বাস নিয়াঙ্গ**—মসিদা নিয়ম হায়রিবসি সিষ্টেম হায়বা অহুনি। লোন অম' ওইবা তারবদি মহুগী নিয়ম থয় শোয়দনা লৈগনি। লোন থুদিংমক্কী নিয়ম অনি লৈ। অমনা খোঙ্হোক্কী নিয়মনি অহুগা অতোপ্পহুনা অর্থগী নিয়মনি। লোন থুদিংমক্তা খোঙ্হোক্কী অককুবা মশিং লৈ অমস্তুং মখোয়শিং অসিনা য়াওবা য়াব-য়াদবগী অককুবা নিয়মস্তু লৈ। থুদম ওইনা হায়রবদা মৈতৈরোনগী খোঙ্হোক থুদিংমক অয়োইবদা লৈবা ঙমদে। নত্রগা ইংলিস লোন্দা তৌবগুম্না অহৌবদা খোঙ্হোক য়ায়া ত্তপশিন্নদে। মসি মৈতৈরোনগী খোঙ্হোক্কী নিয়মগী মতুংইন্না তৌরিবনি। মতৌ অমুম্না খোঙ্হোক্কী নিয়মশিং অসি কাইহন্দনা লেওশিল্লগা অর্থ চেনবা

ৱাহৈ ওইৱকই। অসিগুম্বা অর্থ চেনবা ৱাহৈশিং অসি পুনশিন্দুনা মপুংফাবা অর্থ অমা কোংদোক্লবা হোৎনরকপা মতমদসু অর্থগী নিয়ম অদু কায়বা য়াদে। খুদম ওইনা শলনা হৱাই চারে হায়রবদি চুম্মী হায়না লৌনগনি। অদুবু হৱাইনা শল চারে হায়রবদি অর্থ অদু কায়রে। মরম অসিনা লোন অমা ওইবা তাৱবদি নিয়ম অনি অসি কায়বা য়াদে।

লোন হায়বসিগী অসি ওইগনি হায়বা অকক্লবা মওং অমা লৈরোই—মসিনা তাক্লিবদি লোন হায়বসি য়ানছুনা চৎনখিবদগী ওইখিবনি। খোঙ্গোকশিংনা শেমছুনা ওইরক্লিবা ৱাহৈশিং অসিগা মখোয়না মছুৎ শিল্লিবা পোৎ নত্রগা থবক-থৌওংশিং অসিগা লৈনরিবা মরি অসি য়ানছুনা খণ্ডনখিবদগী কৌনখিবনি। অদুনা ৱাহৈশিংগা মখোয়না খণ্ডহল্লিবশিং অদুগগী মরক্তা অৱেপ্পা মরি অমা লৈতে। খুদম ওইনা হায়রবদা ঙসি ঐখোয়না উ হায়না খণ্ডনরিবা অসি উ কৌরমদছুনা ইংলিসকুম্না ত্রি হায়না কৌরম্লবদি মসিবু ত্রি হায়না খণ্ডনরমগনি। মতৌ অসুম্না ঙসি ঐখোয়না তোম্বা হায়না কৌনরিবা অসি মমা মপানা তোম্বা কৌরমদছুনা চাউবা কৌরম্লবদি শোয়দনা মাবু চাউবা হায়না খণ্ডনবমগনি। অছুনদি মমিংশিং হায়বদি ৱাহৈশিং অসিগা পোৎ নত্রগা থবক-থানানচিংবগা লৈনবিবা মরি অসি অকক্লবা অসি ওইগনি হায়বা মওং অমা লৈতে।

লোন হায়বসি শোয়দনা ঙাংনারিবা খোঙ্গোকশিংগী ওইগনি—মসিনা হায়রিবদি লোন খুদিংমক্কী খোঙ্গোক লৈগনি

অমস্তুং মতু শ্রোয়রদুনা ঙাংনগনি। ঙাংনবা তায়বদি মতুদা অঙাংবা অমদি অতাবা লৈগনি। অদুগা ইবা হায়বসিদি লোন নত্তে, মসিদি চুমগী মিৎনা উবা খুদম্না চেদা নত্রগা অতৈ-অতৈ ইননবগী পাম্বৈশিংদা য়েক্লুনা উৎপতনি। তোঙান-তোঙানবা মশ্নেক্না ইদুনস্তু মৈতৈরোন অসি মৈতৈরোন অত্তুম ওইদুনা লৈগনি।

**লোন হায়বসি মীওইবনা ঙাংনরিবা অদুতনি**—মীওই-বনা ঙাংনরিবা অমদি মতুগী মতেংনা মখোয়না অমগা অমগা খঙনদুনা পাউ ফাওনবা ঙম্নিবা অসিবু লোন্নি হায়না লৌনৈ। অতৈ জীবশিং হায়বদি শা ঙাগী ঈ পাউ চৎনবগী মওংশিং অসিদি লোন নত্তে। মসিদি মতুংদা দিক্সাইন ফিচর ওফ লেঙ্গুইজ নৈনবা মতমদা শুগায়না তাক্লি।

**লোনদি ঈ-পাউ চৎননবনি**- লোনগী মতেংনা মীওইবনা মখোয়গী অনিংবা অপাম্বা, অরাবা, নুংঙাইবা, নুংঙাইতবা অসিনচিংবা পুম্নমক ফোংদোকপা ঙম্মী। মসিগী মতেংনা মীওইবনা অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা অরাং-অপা মেনখৎমিন্নদুনা নুংশিননা লৈমিন্নবা ঙমহল্লি।

**লোনদি অহোংবা নাই**—লোন হায়বসি অহোংবা নাই। মতম-মতমগী মতু ইন্না মীওইবনা মখোয়গী রাখল, পুক্লিং চাউখৎ-লকপগা লোয়ননা নুংঙাইনা হিংবা পাম্লকপা অমদি মখোয়গী অপাম্বগী ঙমখৈ লৈতবনা, অনৌ-অনৌবা অহোংবা কয়া লাকপদুনা লোন্দসু চৈথেং পী। লোয়ননা অনৌ-অনৌবা রাহৈ কয়া থোক্লকই অমদি অতোপ্পা লোন্দগী পুরুই। লোন হায়বসি অহোংবা নাইগদবনি। অহোংবা লৈত্রবা লোনবু অশিবা লোন হায়বদি থেৎ লেঙ্গুইজ হায়না খঙনৈ।

লোন হায়বসি হৈনবীনি হায়বদি হেবিৎনি—লোন হায়বসিদি হৈনবীনি। পোকপদা ভাইরিবা জাপানীজ মচা অমা মণিপুরদা পুরক্লগা য়োক্লবদি জাপানীজ ভাংলোই শোয়দনা মৈতৈ-রোন ভাংলক্কনি। করিগুম্বা হায়রিয়া অঙাং অহুমক জাপানদা অহুম থম্লম্লবদি জাপানীজ ওইনা ভাংলমগনি। অসিতম্ নত্তনা লোনগী হৈনবী অসি নৌরিঙৈদনা হেল্লি। অদুনা অঙাংশিংনা অহলশিংদগী হেন্না থুনা লোন হৈবা ঙম্মী।

লোন হায়বসি মীওইবনা ভাংনরিবা অসিতনি, অতৈ জীবশিংগী মরোলদি লোন নত্তে হায়না মথক্তা পনথে। মতাং অসিদা চার্লস হোকেৎ হায়বা লিঙ্গুইষ্ট-এন্থ্রোপোলোজিষ্ট অদুনা হৌদোক্লম্বা কি প্রোপর্টিজ নত্রগা দিজাইন্ ফিচর ওফ লেঙ্গুইজ হায়বদু নৈনবগী দরকার ওই। মহাক্না পীরম্লিবা ফিচরশিং অসি মীওইবগী লোন্দদমক লৈ। অতৈ জীবশিংগী মরোন্দদি য়াওদে। দিজাইন ফিচর ৭ (তরেৎ) অদু মখাদা নৈনরি। মখোয়শিং অদুদি—

**দুয়েলিটি ঃ** দুয়েলিটি হায়বসি দুয়েলদগী লাকপনি। মসিনা তাক্লিবদি অনি-অনি চৎপা নত্রগা অনি-অনি লৈবা হায়বনি। লোন হায়বসিদা খোন্থোক্কী নিয়ম অমগা অর্থগী নিয়ম অমগা অনি অসি তৎন-থানবা শুকয়া য়াদে। করিগুম্বা নিয়ম অনি অসিগী মনুংদগী অমা হেক কায়বদা মদু লোন ওইবা য়াদে। খোন্থোকশিং অসিগী তাইনবা য়াব-য়াদবা, অয়োইবদা লৈবা ঙম্ব ঙমদবা, অমদি অর্থ থোকপা শরুক অমা ওইননবা লেংশনবদা অথিংবনচিংবা কয়ামরুম লৈ। খুদম ওইনা চাক হায়রবদি অর্থ

থোকপা অমা ওই অহুবু কচা হায়রবদি করিস্নু খঙহনবা ঙমগে। মসি খোম্বোক্কী নিয়ম অহু ঙাক্তবদগীনি। মতৌ অস্নুম্না চাই অমুবা ইম্লাং চাক হায়রবদি অর্থশিং অহু পুনশিনবা য়াগে। মরম অহুনা মসিস্নু লোন ওইগে।

**প্রদক্তিবিটি :** লোন হায়বসিদা মীওইবনা অমুক্তা তাখিগ্রিবা নত্রগা ঙাংনখিগ্রিবা ৱাহৈ কয়ামুক হাপতোক-হাপচিন তৌদুনা মপুং-ফাবা ৱাখল অমা ফোংদোক্লুনা শিজিন্নবা য়াই। মহু তারিবা মী অহুনস্নু অহুম খঙবা ঙম্মী। মসিগী মওং অসি অতৈ জীব অয়াম্বগী মরোন্দা লৈতে।

**আর্বিত্রবিনেস :** পোৎ, থবক-থানানচিংবশিং অসিগা হায়বদি ওবজেক্টশিং অসিগা মথোয়গী মহুৎ শিল্লিবা ৱাহৈশিং অসিগা অকরুবা, অসিনি হায়বা, মরি অমা লৈতে। য়ানবা, চৎনবী অমগী মথাদা হায়ন-কৌনবনি।

**ইণ্টর্চেঞ্জিবিলিটি :** মী ওইবা হায়বসি অঙাংবস্নু, অতাবস্নু ওই। অমনা অমুক ঙাংবা, অমনা অমুক থুম্বা হায়বদি ওন্থাং-ওন্সিন তৌনহুনা ঙাংনবা অমদি তানববু ইণ্টর্চেঞ্জিবিলিটি হায়নৈ

**ডিসপ্লেমেণ্ট :** লোন হায়বসিদি হৌজিক-হৌজিক থুদক-থুদক্তা থোক্লিবা, থেংনরিবা অহুতমক ঙাংনগনি হায়বসিগী অপেল্লা লৈতে। হৌখ্রবা কয়া, অতোপ্পা মফমদা থোক্লিবা কয়া, তুংদা ওইরক্কদবা কয়া অমদি মফম মতমগী মতুংইন্না ঙাংনরিবা ৱাফম হায়বদি হীরম অহুস্নু হেক্তা ওন্থোক্লুনা ঙাংনবা য়াগদবনি।

**স্পিসিয়েল্লায়জেসন :** মীওইবনা য়া ভাংন-ভাংনা থবক অহুম ভৌবা ওম্মী। তৌরিবা থবক অহুগা মরি শুক্লৈ-লৈনদবা য়া কয়াস্পু ভাংনবা ওম্মী। অসিগুম্না থবক তৌন-তৌনা য়া ভাংনবা ওম্বসিনা তাক্লিবদি য়া ভাংলিঙৈ মতমদা মীওইবগী য়া ভাংনবগী কায়াংশিং অসিতমক শিজিন্নৈ। অতৈ ওর্গান পুম্নমক চংহনদবস্পু য়াই। অসিগুম্বা মওং অসিবু স্পিসিয়েলাবজেসন হায়না খঙনৈ।

**কলচরেল ট্রান্সমিশন :** মীওইবনা মপা-মপু অমদি মহাক্কী অকোয়বদা লৈরিবশিং অহুগী মতৌ তম্বদা মখোয়না ভাংনরিবা লোন অহুস্পু মতৌ তমহুনা ভাংলকপনি। মতৌ তম্বা মতমদা শিজিন্নগদবা মচাকশিং হায়বদি মী অমদা লৈকম থোকপা পুম্নমক অহুদি মশাদা পোকপদগী য়াওরকই। মসিদা মওং অনিথক লৈ। অহানবগী মওনা মহাক্না মাগা নক্কবশিংদগী মতৌ তম্বা হুনি। মসিবু ইমিতেশন হায়না লৌনৈ অহুগা অনিশুবা মওংনা মহাক্না মাগী অকোয়বদা লৈরিবশিং অহুদগী লৌশিল্লুরিবা শরুকশিং অহুবুনি। মাসবুনা কলচর হায়না লৌনৈ। অনি অসিবু পুম্না হোকেৎনা কলচরেল ট্রান্সমিশন হায়বনি।

মথক্কা পীরিবা হোকেৎনা পীরম্বা ফিচরশিং অসিদা নম্তুনা খর অমস্পু লৈরি। মখোয়শিং অহুদি দিস্কৃৎনেস হায়বদি লোন্দি মতেক-মতেকশিংনা পুন্সিল্লগা ওইবনি। মরমদি লোন অমদা ফোনিম, মোর্ফিম হায়না খঙনবা মতৎ-মতৎ ওইনা থুগাইবা, থদৎপা য়াবা শরুকশিং লৈ। মখোয়শিং অসি শিজিন্নহুনা শমজিন্নরগা লোন ওই। লোন হায়বসিনা লোন মশাহুমকী মরমদা খন্ন-নৈনবা মতমদা

লোনচুমক শিজিন্নবা য়াগদবনি। মসিবু লোনগী রিক্লেকসিপ হায়বা মগুণ অচুনি হায়না লৌনৈ। লোন হায়বসি করিগুম্বা খর খণ্ডহনবনি হায়বদি মসিগী অর্থ নৈ। মসিনা তাক্লিবদি লোন হায়বসিনা করিগুম্বা অমগী মহুৎ শিনবনি। মসি ইচম চম্বা খোঙ্খোক খরনা মখোল থোকহনবা নত্রগা শাগুচুনা লাউবা নত্তে। মসিবু সিমান্তিসিতি হায়না খণ্ডনৈ। লোন হায়বসি অচুম্বা ঙাংবদমক শিজিন্নগনি হায়বা নৈতে। ওইদবা ঙাংবা মতমদসু শিজিন্নবা য়াই, শিসু-শিজিনৈ। মসিবু প্রীভারিকেশন হায়না খণ্ডনৈ।

মথক্তা পীরিবা মগুণশিং অসি মীওইবগী লোনদমক শুনা উবা ফংগনি। মরম অসিদগী লোন হায়বসি মীওইবগীনি হায়নরিবনি।

অতোপ্পা য়াফম অমনা লোন নৈনবা মতমদা মসিগা ইব গা খেন্নবা অসিসু খণ্ডবা য়াম্না মরু ওই। লোন হায়বা তারবদি মথক্তা হায়খিবগুম্বা মীওইবনা য়া ঙাংনবগী কায়াৎশিং শিজিন্নচুনা অমগা অমগা ঙাংন-শরুরিবা অচুবুনি। শম্না হায়রবদা ঐখোয় মীওইবনা কাংলুপ কাংলুপকী ওইবা মপুং ওইবা হায়বদি লোইন্থে (দাইলেক) নত্তবা অমগা অমগা ঈ পাউ ফাওনবা য়াবা ঙাংলিবা মঙং অচুতবু লোম্নি হায়না লৌগনি। ইবা হায়বসিনা উপায় অমখকনি। উপায় অসিগী মতেংনা ঐখোয়না লোনগী মহুৎ শিন্দুনা শিজিনৈ। লোনদি হকথেংননা নৈবা-কান্নদমক শিজিনৈ। অচুগা করিগুম্বা অরাপ্পদা নৈবা মী অমদা করিগুম্বা খর হায়নিংবা নত্রগা কোংদোক্লিংবা মতমদদি লোনগী মহুৎ শিন্দুনা শিজিন্নবা য়াবা য়েকপা-খোৎপা, হকপনচিংবা উপায়শিংগী মতেং লৌই। অসিগুম্না

য়েকপা-খোৎপা, হকপনচিংবদা শিজিন্নরিবা অদুনা খোঙ্হোকশিং অদুগী মতুং শিন্দুনা অপাবা নত্রগা অউবা মীশিংদা খঙহনবা ঙমহল্লি। অদুনদি ইবা হায়বসিদি মিৎনা উবা ফংবা খোঙ্হোকশিং নত্রগা খোঙ্হোকশিংনা পুনশিনব ব্রাহৈনচিংববু মতুং শিন্দুনা খঙহনবা ঙম্বা মওং অমা ওইরে। মসিদি মিৎনা উবা লোনগী মতুং শিনবা মওং অমা ওইরে। মরম অসিদগী ইবা হায়বদি লোন নত্তে লোনবু মিৎনা উবা উপায় অমনা লোনগী মতুং শিন্দুনা শিজিন্নবা য়াবা মওং অদুবুনি হায়নবিবনি।

## নৈনবা

১। লোনগী তৌরকপগী থিঅরিশিং অদু করি করিনো? মখোয়গী মরমদা শয়্রপ্ন ইয়ু।

২। লোনগী থিঅরিশিং অদুগী মনুংদগী অখঙবা অতুময়খক্কী মরমদা ইবকউ। থিঅরিশিং অদু থাজবা য়াব্রা?

৩। লোন হায়বসি করিনো?

৪। লোন হায়বসি নিয়মনি হায়বসি শৌগত্তুনা নিয়মশিং অদুগী মরমদা ইয়ু।

৫। লোনগী দিজাইন ফিচরশিং অদু করি করিনো? শয়া ইরকউ।

৬। মীওইবগী লোনতবু লোন্নি হায়রিবা করিগীনো? নৈনরকউ।

# ২

# ভাউঅল

**ভাউঅল** হায়রগা ঐখোয়না খোল্লোকশিং অহু হায়দোক্লকপদা নুংশাখয়রগী খোঙচৎকী পরিং অহুদা করিগুম্বা মখল অমত্তগী চপশিনবা, খুজিনবা নত্ত্রগা অপনবা অমদি অথিংবনচিংবা অমত্তা পীদবা অহুবু খঙনৈ। মৈতৈরোন্দা ভাউঅল ৬ (তরুক) লৈ। মখোয়শিং অহুদি ই, এ, অ, আ, ও অমসুং উ[১] নি।

ভাউঅল খোল্লোকশিং অসি মখোয়বু হায়দোক্লকপা মতমদা লৈবা লৈ অমদি চিনবানগী ফিভমদগী য়েংলগা তোঙান-তোঙান্না মশক-মমিং থোল্লি। অসুম্না ভাউঅলবু খায়দোকপগী মওং অসিবু **ভাউঅল ক্লাসিফিকেসনগী ক্রায়র্তেরিয়া** হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা ক্রায়তেরিয়া অসি **অহুমথক্তি**। মখোয়শিং অহুদি—

(১) খোল্লোক অহু হায়দোক্লকপদা লৈগী করম্বা শরুক্তা খাইদগী হেন্না রাংনা লৈবগে ?

---

১। মসিদা শিজিন্নরিবা ময়েকশিং অসিদি স্বপ্নতগী খোল্লোকশিং অহুগী মচুৎ শিন্দুনা মিংনা উবা থুদন্না উৎপতনি। ভাউঅল হায়বদি ময়েক নত্তে খোল্লোকনি।

(২) খোঙ্খোক অহু হায়দোক্লকপদা লৈ অসি কয়াম রাংনা থাঙ্গৎপগে ( থাঙ্গৎপগী চাং ) ?

(৩) খোঙ্খোক অহু হায়দোকপদা চিনবানগী মওং-মতৌ করম্না তৌবগে ?

(১) অহানবগী মওংদগী য়েংহুনা ভাউঅলশিং অসি মখল অহুম থোক্না খায়দোকই। মসিগী মখাদা লৈ অসি শরুক অহুম থোক্না খায়দোকই। মহুদি—লৈমাং হায়বদি ফ্রন্ট ওফ দি তং নত্রগা ফ্রন্ট, লৈয়ায় হায়বদি সেন্তর ওফ দি তং নত্রগা সেন্ত্রেল অমসুং লৈনিং হায়বদি বেক ওফ দি তং নত্রগা বেক হায়বসিনি।

লৈগী মমাং থংবা শরুক হায়বদি লৈমাংনা থাঙ্গত্তুনা রাংনা লৈরগা হায়দোক্লকপা ভাউঅলগী খোঙ্খোকপু ফ্রন্ট ভাউঅল হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোনগী ই অমসুং এ অনি অসি হায়দোক্লকপা মতমদা লৈগী মমাংথংবা শরুক্না খ্বাইদগী হেন্না রাংনা থাঙ্গৎলি। মরম অসিদগী মখোয় অনিসিবু ফ্রন্ট ভাউঅলনি হায়নৈ।

লৈগী ময়ায়থংবা শরুক হায়বদি লৈয়ায়না থাঙ্গৎলগা খ্বাইদগী রাংনা লৈরগা হায়দোক্লকপা ভাউঅলগী খোঙ্খোকপু সেন্ত্রেল ভাউঅল হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোনগী অ অমসুং আ অনি অসি হায়দোক্লকপা মতমদা লৈগী ময়ায়থংবা শরুক্না খ্বাইদগী হেন্না রা না থাঙ্গত্তুনা লৈ। মরম অসিদগী মখোয়বু সেন্ত্রেল ভাউঅলনি হায়নৈ।

লৈগী মনিংথংবা শরুক্না (লৈনিংনা) থাঙ্গৎলগা খ্বাইদগী রাংনা লৈরগা হায়দোক্লকপা ভাউঅলবু বেক ভাউঅল হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোনগী ও অমসুং উ অনি অসি হায়দোক্লকপা মতমদা লৈগী

মনিং থংবা শরুক অসিনা খ্বাইদগী হেন্না রাংনা থাঙ্গৎলি। মরম অসিনা মখোয় অনি অসিবু বেক ভাউঅলনি হায়না খঙৈ।

মতাং অসিদা লৈবু শরুক ৩ (অহুম) থোক্না থায়দোকপগী মওং অহু মথাদা য়েক্লুনা উৎলি :—




লৈগী শরুক থায়দোকপা

(২) অনিগুবা ক্রায়তেরিয়াগী মতুংইন্না মৈতৈয়োনগী ভাউঅল খোম্ঘোকশিং অসি অমুকন্থু মখল অহুম খোক্লা খায়দোকপা য়াই। মসিদি মথক্তা পনখিবা লৈগী শরুক অহুম্মক্লা খোম্ঘোক অহু হায়-দোক্লকপদা থাঙ্গৎখিবা অহুগী য়াংবগী চাং অহুদগী য়েংহুনা লেপ্পনি। লৈগী শরুক অহুম অহুগী মনুংদগী কয়িগুম্বা লৈগী শরুক অমগী খ্বাইদগী য়াংনা থাঙ্গৎপগী চাংবু হায় অহুগা ময়ায় ওইবা চাংবু মিদ অহুগা লৈনা ইথাং-থাঙ্গগুনা হায়বদি মশাগী মহৌশাগী ফিভম অহুদগী ইহোং-হোংদনা লৈবা চাং অহুবু লৌ হায়না খায়দোকই। মৈতৈয়োন্দা মসিবু ঐখোয়না অরাংবা, ময়ায় অমদি অনেম্বা হায়না হায়বস্থু য়াই।

মৈতৈয়োনগী ই অমস্থুং উ অনি অসি হায়দোক্লকপা মতমদা থাঙ্গৎলিবা লৈগী শরুক অসি মথংশিৎনা ফ্রন্ট হায়বদি লৈমাং অহুগা বেক হায়বদি লৈনিংনি। অহুবু ই হায়দোকপা মতমদা থাঙ্গৎলিবা লৈগী মমাংথংবা শরুক অসিনা মাগী ওইনা খ্বাইদগী য়াংবা ফিভমদা লৈ। মতৌ অস্থুম্না উ হায়দোক্লকপা মতমদা লৈগী মনিংথংবা শরুক অসিনা মাগী ওইনা খ্বাইদগী য়াংবা ফিভমদা লৈ। মরম অসিদগী মখোয় অনি অসিবু হায় হায়বদি অরাংবা ভাউঅলনি হায়না লৌই।

মতৌ অস্থুম্না মৈতৈয়োনগী এ, অ অমস্থুং ও অহুম অসিস্থু হায়দোকপা মতমদা থাঙ্গৎলিবা লৈগী শরুক অসি মথংশিৎনা ফ্রন্ট, সেন্ত্রেল অমস্থুং বেক অহুম্মকনি। অহুবু মখোয়বু হায়দোক্লকপা মতমদা থাঙ্গৎলিবা লৈগী শরুক অহুগী থাঙ্গৎপগী চাং অহু ই

অমদি উ হায়দোকপগী থাঙ্গৎপগী চাংদগী নেম্মী। মরম অসিনা অহুম অসিবু মিদ হায়বদি ময়ায় ওইনা য়াংবা ভাউঅলনি হায়না লৌনৈ।

মৈতৈরোনগী আ হায়বসি হায়দোক্লকপা মতমদা লৈগী ময়ায়-থংবা শরুক অসি ইথাং থাঙ্গৎতনা মশাগী হান্নগী ফিভমদগী ইহোং হোংদনা লৈরগা হায়দোক্লকই হায়হুনা মসিবু লো হায়বদি অনেম্বা ভাউঅল হায়না খঙনৈ।

মথক্তা পনখ্রিবা ক্রায়তেরিয়া অনি অসিদগী য়েংহুনা মৈতৈরোনগী ভাউঅল খোম্হোকশিং থায়দোক্লুনা মখাদা য়েক্লুনা উৎলি :—

ফ্রন্ট সেন্ত্রেল বেক
হায় ই উ
মিদ এ অ ও
লো আ

ভাউঅল চার্ট

(৩) অহুমশুবা ক্রায়তেরিয়াদি চিনবানগী মওং-মতৌদগী য়েংলগা লেপ্পনি। মসিদগী য়েংলগা ভাউঅল খোঙ্থোকশিং অসি অনি থোক্লা খায়দোকই। চিনবান অসিনা কোয়রাউননা তুমখোক্তুনা লৈরগা হায়দোক্লকপা ভাউঅল খোঙ্থোকপু রাউণ্ডেদ্ অহুগা চিনবান অসিনা মশাগী মহৌশাগী মওং ইকায়-কায়দনা লৈরগা নত্রগা নাকল অনিমক্তা খজিক্তং চিংথোক্লগা হাযদোক্লকপা ভাউঅলগী খোঙ্থোকপুনা অনরাউণ্ডেদ্ ভাউঅল হায়না খঙনৈ।

মৈতৈরোনগী উ অমস্তুং ও অনি অসি হায়দোক্লকপা মতমদা চিনবান অসি কোয়রাউননা লৈ। মরম অসিদগী অনি অসিবু রাউণ্ডেদ্ ভাউঅলনি হায়না খঙনৈ। অহুগা ই, এ, অ অমস্তুং আ মসি অসিদি মখোয়বু হায়দোক্লকপা মতমদা লৈ অসি কোয়রাউনদে, নাক-য়েত্ত ফন্দোক্তুবমকস্তু মশাগী ওইবা ফিভমদগী ইকায়-কায়দনা লৈয়গা হায়দোক্লকই। অহুনা মখোয়শিং অসিবু অনরাউণ্ডেদ্ ভাউঅল হায়না খঙনৈ।

মথক্তা পীরিবা ক্রায়তেরিয়া অহুম অসিদগী য়েংহুনা খায়দোক্লিবা মৈতৈরোনগী ভাউঅলশিং অহু মখাদা য়েক্তুনা উৎলি :—

| — | ফ্রন্ট |  | সেন্ত্রেল |  | বেক |  |
|---|---|---|---|---|---|---|
|  | রাউণ্ডেদ | অনরাউণ্ডেদ | রাউণ্ডেদ | অনরাউণ্ডেদ | রাউণ্ডেদ | অনরাউণ্ডেদ |
| হায় |  | ই |  |  | উ |  |
| মিদ |  | এ |  | অ | ও |  |
| লো |  |  |  | আ |  |  |

মথক্তা পীরিবা ডায়েগ্রাম অসিদগী য়েংলগা ঐখোয়না মৈতৈ-রোনগী ভাউঅল খোম্থোকশিংগী হায়দোক্লকপগী মওং-মতৌ হায়বদি আর্টিকুলেটরী দিসক্রিপসন অদু মথাগী অমুম্না তাকপা য়াই। মন্থুদি :—

ই — হায়, ফ্রন্ট, অনরাউণ্ডেদ ভাউঅল

এ — মিদ, ফ্রন্ট, অনরাউণ্ডেদ ভাউঅল

অ — মিদ, সেন্ট্রেল, অনরাউণ্ডেদ ভাউঅল

আ— লো, সেন্ট্রেল, অনরাউণ্ডেদ ভাউঅল

ও — মিদ, বেক, রাউণ্ডেদ ভাউঅল

উ — হায়, বেক, রাউণ্ডেদ ভালঅল

মৈতৈরোনগী ভাউঅল খোম্থোকশিং অসি রাহৈগী অহৌবা, ময়ায় অমদি অরোইবা ফিভম অহুম্মক্তা লৈবা ঙম্মী। থুদম—

অহৌবা

ই — ইপোম, ইরোইবা

এ — এঙ্গাং (য়েনসাং)[২]

অ — অঙাং, অহন

আ— আদা

ও — ওই, ওক

উ — উন, উচেক

---

২। মসি য়াম্না তাঙনা দায়লেক্টেল্লি ফংবনি।

ময়ায়—

ই — পাইবা, পিবা

এ — লেংবা, অরেম্বা

অ — তম্বা, কনবা

আ— পানবা, লানবা

ও — তোকপা, লৈরোং

উ — কুম্না, উতুপ

অরোইবা—

ই — লাই, মাই

এ — চে, লৈতে

অ — তোকপা, লানবা*

আ— লানফা, তাম্বা

ও — পো, ভারো

উ — য়ু, হু, লু

থায়নভৈদগী ভাউঅল ওইনদি শিজিন্নরকপা ভাউঅলদি নত্তবা ভাউঅল অমগা সেমিভাউঅল অমগনা ওইবা ভাউঅল

৩। চৎনবী ওইনা ইনরকপগী অরোইবদা 'অ' না লোম্বা মফম পুন্নমক্তা (1) হাপ্তুনা শিজিন্নরি। তশেংবমক্তি তোকপ, লানব হায়না ইগদবনি। অদুম ওইনমক লা, পা, লানফা, তাম্বা, পিবা (শাগৈগী) অসিনচিংবা (1) শিজিন্নফম থোকপা মফম লৈতবদি নত্তে।

মানবা খোম্হোক খর অমসু লৈতবদি নত্তে। মখোয়শিং অমুদি—

অ + য় = ঐ — চৈ, মৈতৈ, খুদৈ
আ + য় = — পায় ( পাই ), লায় ( লাই )
ও + য় = — ওয় ( ওই ), তপ্লোয় ( তপ্লোই )
উ + য় = — উয় ( উই ), কুয়না ( কুইনা )
অ + উ = ঔ — পৌ, মৌ, ফৌ
আ + উ = — পাউ ( পাও ), কাউবা ( কাওবা )

মখোয়শিং অসিগী মরক্তগী ঐ অমসুং ঔ দি ভাউঅলগুম্না মখোয়গী 'ৈ' কার অমসুং 'ৌ' কারনচিংবা লৈ। অমুম ওইনমক মখোয়শিং অসি ভাউঅলদি নত্তে।

## নৈনবা

১। মৈতৈরোনগী ভাউঅল কয়া লৈ ? করি করিনো ? মখোয়গী হায়দোক্লকপগী মওং-মতৌ তাকউ।

২। ভাউঅল ক্লাসিফিকেসনগী ক্রায়তেবিয়াশিং অমু করি করিনো ? মমুদগী য়েংদুনা মৈতৈরোনগী ভাউঅল থায়দোক্লুনা উৎলু।

৩। ভাউঅল ডায়েগ্রাম অমা য়েক্লুনা মৈতৈরোনগী ভাউঅল উৎপগা লোয়ননা মখোয়গী মশক-মতৌ তাকউ।

৪। মৈতৈরোনগী ভাউঅলশিংগী আর্টিকুলেটরী দিসক্রিপসন তাকউ।

৫। মৈতৈরোনগী ভাউঅলশিংগী লৈকম খুদম পীদুনা উৎলু।

৬। মৈতৈরোনগী ভাউঅলদি নত্তবা ভাউল মানবা খোম্বোকশিং অদু করি করিনো?

# ৩
# কোন্সোনেণ্ট

কোন্সোনেণ্ট হায়বসি নৈনদ্রিভৈগী মমাংদা ভোকেল ওর্গানশিং হায়বদি বা ভাংবদা শিজিন্নরিবা মীওইবগী হকচাংগী কায়াৎশিং অহু মখাদা য়েক্তুনা মখোয়গী মশক মমিং তাক্লি:—




ভোকেল ওর্গানশিং তাকপা

**কোন্সোনেণ্ট** হায়রগা ঐখোয়না খঙনরিবদি খোন্থোকশিং অহু হায়দোক্লকপা মতমদা থবোন্থীদগী খোক্লক্লিবা নুংশাখরগী পরিং অহুদা চপশিন-খুজিন্দুনা নত্রগা অথিংবনচিংবা তৌহুনা অপনবা পীবা খোন্থোকশিং অহুবুনি। কোন্সোনেণ্ট মশক তাকপদা য়েংশিনগদবশিং অহু মখাদা পীরি। মখোয়শিং অহুদি :—

(১) খোন্থোকশিং অহু হায়দোক্লকপদা থবোন্থীদগী হৌরকপা নুংশাখর অহু মপাল্লোমদা কামখোকখিবরা নত্রগা মনুংলোমদা চিংশিনখিবরা হায়বহু য়েংগনি। মপাল্লোমদা খর অহু কামখোক্লগা হায়বদি থাদোকপ্রগা হায়দোক্লকপা খোন্থোকশিংবু **এক্সপ্লোসিভ** অহুগা মনুংলোমদা চিংশিনথ্রগা হায়দোক্লকপা খোন্থোকশিংবুনা **ইমপ্লোসিভ** হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোন্দা ইমপ্লোসিভ সাউণ্ড লৈতে।

(২) খোন্থোকশিং অহু হায়দোক্লকপদা নুংশাখর অহু থবোন্থীদগী অহুন্মক খোক্লকপরা নত্রগা থবোন্থীদগী থোরকপা নুংশাখর অহু অতৈ কেভিতি (নুংশিৎ-খাউ) শিংদা ঙাইহাক পললুরগা থোরকপরা হায়বসিহু য়েংগনি। থবোন্থীদগী থে ক্লক্লগা নুংশাখর অতৈ নুংশিৎ-খাউশিংদা অপনবা লৈরুত্রবদি মহুবু **পলমোনিক** অহুগা অতৈ নুংশিৎ-খাউশিংদা ঙাইহাক পললুরগা হায়দোক্লকপা ওইরগনা মহুবু **নন-পলমোনিক** সাউণ্ড হায়না খঙনৈ।

(৩) খোন্থোকশিং অহু হায়দোক্লকপদা ভোকেল কোর্দ অসি নিকপরা নত্রগা নিক্তবরা হায়বহুন্থু য়েংবা তাই। ভোকেল কোর্দনা

নিক্লগা হায়বদি ভাইব্রেৎ তৌয়গা হায়দোক্লকপা খোম্থোকপু **ভোইস** অমুগা ভোকেল কোর্দ নিক্তবা ওইরগনা **ভোইসলেস** হায়না খঙনৈ।

(৪) খোম্থোকশিং অমু হায়দোক্লকপদা মুংশাখয়গী লম্বী অমুদা অথিংবা নত্রগা খুজিনবনচিংবা তৌরিবশিং অমু করম-করম্বা ভোকেল ওর্গানশিংগী মরক্তনো হায়বদি করম্বা মকম হায়বদি প্লেস ওফ আর্টিকুলেসনদনো হায়বসি য়েংবা তাই। মসিগী মথাদা **প্লেস ওফ আর্টিকুলেসনগী** মতাংদা নৈনরি।

মরুওইবা প্লেস ওফ আর্টিকুলেসনশিং অমুদি—(ক) বায়লেবিয়েল, (খ) দেন্তল নত্রগা অলভিওলার, (গ) পেলেতেল, (ঘ) ভেলার অমসুং (ঙ) গ্লোত্তেল অসিনি। মখোয়শিং অসি মথাদা শন্দোক্লা তাক্লি।

(ক) **বায়লেবিয়েল**— থবোম্বীদগী হৌরকপা মুংশাখয়গী খোঙচৎ অমু চিনবান অনি অসিনা চপশিন্দুনা নত্রগা ভাইহাক অথিংবা পীরগা হায়দোক্লকপা কোন্সোনেন্ট খোম্থোকশিংবু **বায়লে-বিয়েল** হায়না খঙনৈ। মৈতৈয়োনগী **প, ব, ফ, ম** অমসুং **ম্ব** অসি চিনবান্দা ভাইহাক্তুং অপনবা পীরগা হায়দোক্লকই হায়দুনা বায়লেবিয়েল খোম্থোক হায়না খঙনৈ।

(খ) **দেন্তল** নত্রগা **অলভিওলার**—থবোম্বীদগী হৌরকপা মুংশাখয়গী খোঙচৎ অমু য়া নত্রগা য়ারিগা লৈতোনগা থেংনদুনা ভাইহাক্তুং থিংলগা নত্রগা অপনবা পীরগা হায়দোক্লকপা খোম্থোকপু **দেন্তল** নত্রগা **অলভিওলর** খোম্থোক হায়না খঙনৈ। মৈতৈয়োনগী

ত, থ, দ, ন অমসুং ল মখোয়শিং অসি হায়দোক্লকপদা লৈতোয়া য়ারিগা থেংনরগা নত্তগা লৈতোনগা য়ারিগনা মুংশাশ্বরগী পরিং অহুদা অপনবা পীরগা হায়দোক্লকই। মরম অহুনা মখোয়শিং অসিবু **অলভিওলার** খোস্থোক হায়না খঙনৈ।

(গ) **পেলেতেল**— থবোম্বীদগী হৌরকপা মুংশাশ্বরগী খোঙচৎ অহুদা ঙৌগী অকনবা শরুক্কা লৈগা অনিনা অপনবা পীরগা হায়দোক্লকপা খোস্থোকপু **পেলেতেল** হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোনগী চ, জ, য় অমসুং স অসি পেলেতেল খোস্থোক ওাক্তনি।

(ঘ) **ভেলার**— থবোম্বীদগী হৌরকপা মুংশাশ্বরগী খোঙচৎ অহুদা মনিংথংবা লৈগী শরুক্কা ভেলম হায়বদি সোফ পেলেৎ (অথোৎপা ঙৌগী শরুক) কা অনিনা ওাইহাক্তং অপনবা নত্তগা অথিংবা পীরগা হায়দোক্লকপা খোস্থোকপু **ভেলার** হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোনগী ক, খ, গ অমসুং ঙ অসি ভেলার খোস্থোক ওাক্তনি।

(ঙ) **গ্লোত্তেল**— ভোকেল কোর্দনা চপশিন্দুনা থবোম্বীদগী হৌরকপা মুংশাশ্বরগী পরিং অহুদা অপনবা পীরগা হায়দোক্লকপা খোস্থোকশিংবু **গ্লোত্তেল** হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোনগী হ অসি গ্লোত্তেল খোস্থোকনি।

মথক্তা পনখ্রিবা অসি কোন্সোনেন্ট খোস্থোকশিংগী প্লেস ওফ আর্টিকুলেসন হায়বদি অপনবা নত্তগা অথিংবা পীবা মফমশিং অহু ওাকপনি।

(৫) খোস্থোকশিং অহু হায়দোক্লকপগী মওং হায়বদি **মেন্নর ওফ আর্টিকুলেসন** হায়বসিমস্থু কোন্সোনেন্ট নৈনবদা য়েংদবা

য়াদে। মসিদা মরুওইনা য়েংলিবদি নুংশাশ্বরগী খোঙচৎ অহু **পুমথিং-থিংবা** হায়বদি কমপ্লিৎ ক্লোজরলা, নত্রগা ঙাইহাক্তুংগী ওইনা **মতৎ-মতৎ থিংবা** হায়বদি ইন্টর্মিডেন্ট ক্লোজরলা নত্রগা **মচেৎ ওইনা থিংবা** হায়বদি পার্সিয়েল ক্লোজরলা নত্রগা **থুজিন চপশিন্দুনা** হায়বদি নোরোইংলা হায়বহুনি। মসিগী মখাদা ঐখোয়না খোন্থোকশিং অসি অমুম্না খায়দোকপা য়াই। মহুদি:— (ক) পুমথিং-থিংবা (কমপ্লিৎ-ক্লোজর), (খ) মতৎ-মতৎথিংবা (ইন্টর্মিডেন্ট ক্লোজর), (গ) মচেৎ ওইনা থিংবা (পার্সিয়েল ক্লোজর) অমস্তুং (ঘ) থুজিন চপশিনবা (নেরোইং)।

## (ক) পুমথিং-থিংবা (কমপ্লিৎ-ক্লোজর)—

খোন্থোকশিং অহু হায়দোক্লকপদা নুংশাশ্বরগী পরিং অহু পুমথিং-থিংলগা হায়দোক্লকপশিং অসি অমুকস্তু মখল অহুম থোক্লা খায়-দোকই। মহুদি:— ষ্টোপ, অফ্রিকেৎ অমস্তুং নেজল।

**ষ্টোপ**— খোন্থোকশিং অহু হায়দোক্লকপদা নুংশাশ্বর অহু ঙাইহাক্তুংগী ওইনা পুমথিং-থিংহুনা থমলুরগা খংথা-থাদোক্লকপশিং অহুবু ষ্টোপ হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোনগী ক, প, ব, ত অসিনচিংবশিং অসি ষ্টোপনি।

**অফ্রিকেৎ**—অফ্রিকেৎ হায়বদি ষ্টোপ অমগা ফ্রিকেতিপ অমগগী অপুনবা খোন্থোক মখল অহুবুনি। মসিদদি নুংশাশ্বর অহু পুমথিং থিংলুরগা খংথা-থাদোকপগী মহুত্তা তপ্পা থাদোক্লকপদগী হুংশিৎ অহু চপশিন্দুনা য়ায়া চিন্না থোকখিবনি। অসিগুম্না হায়দোকলকপা খোন্থোকশিংবু অফ্রিকেৎ হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোন্দদি অফ্রিকেৎ হায়বসি তাবা ফংদে।

নেজল—চিন মনুংদা মকম থরদা নুংশাখর অহু থিংহুনা থন্নগা অখোংপা ভৌগী শরুক অসিনা নেমথরক্লগা নুংশিং অহু নাতোন অমদি য়াগী লম্বীদা থাদোক্লক্লগা হায়দোক্লকপা খোংহোকপু নেজল হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোনগী ম, ন অমস্তুং ঙ অসি নেজল খোংহোক্লি।

## (খ) মতৎ-মতৎ থিংবা ( ইণ্টর্মিত্তেণ্ট ক্লোজর )—

মসিগী মখাদা রোল্‌দ হায়বা অমগা ফ্লেপ হায়বা অমগা অনি খোক্লা থায়দোকই।

রোল্‌দ — খোংহোকশিং অহু হায়দোক্লকপদা চংলিবা আর্টি-কুলেটর অনি অহুনা য়াম্না নক্লনা লৈবতা নত্তনা অনিহুগী মরক্তগী অমনা থরেক্লনা হায়বদি এক্তিব ওইদবদগী নুংশাখরগী খোঙচৎ অহুনা মপান্দা খোক্লকপদা মহুবু হায়বদি আর্টিকুলেটর অহুবু লেংহনবদগী হুপ্তন-হুপ্তন্না থেংনবদগী মতৎ-মতৎ ওইনা থিংলগা হায়দোক্লকপা খোংহোকশিংহুবুনি। মৈতৈরোন্দা মথল অসিগী খোংহোক তাবা যংদে।

ফ্লেপ— মসিদি খোংহোক অহু হায়দোক্লকপদা মরুওইনা লৈগী মতোম্না অতোপ্পা আর্টিকুলেটর অমদা অমুক্তং নপত্তুনা লৈক্লরগা মাগী হায়গী ফিভমদা অমুক হল্লকই। মৈতৈরোনগী র অসি ফ্লেপ খোংহোকনি।

## (গ) মচেৎ ওইনা থিংবা ( পার্সিয়েল ক্লোজর )—

লৈনা য়ানুংদা করিগুম্বা মকম অমদা নপ্তুনা লৈবদগী মনুংদগী থোরক্লিবা নুংশাখর অহুদা অপনবা পীবদগী নুংশিং অহু লৈগী

য়েৎ-ওইদা লৈরিবা অহাংবা অহুদা চৎহন্দুনা হায়দোক্লকপা খোন-খোকপু মচেৎ ওইনা থিংবা পাসিয়েন্নি ক্লোজ সাউণ্ড হায়না খঙনৈ। মসিদা ঐখোয়না লেতরেল সাউণ্ডশিং তাবা ফংঙি। মৈতৈয়োনগী ল অসি মখল অসিগী খোন্থোকনি।

(ঙ) খুজিন চপশিনবা ( নেয়োইং )—

খোন্থোক অহু হায়দোক্লকপদা নুংশাশ্বরগী লম্বী অহু খুজিন চপশিন্দুনা ফ্রিকসন হায়বদি তরুবা অমা য়াওবহুবু নেয়োইং হায়না খঙনৈ।

মসিদগী ঐখোয়না ফ্রিকেতিপ হায়না খঙনবা খোন্থোক মখল অমা তাবা ফংঙি। মৈতৈয়োনগী স, হ অসি ফ্রিকেতিপনি।

মথক্তা পীরিবশিং অসিনা মরুওইবা মেন্নর ওফ আর্টিকুলেসন-শিংনি। অসি নত্তবা মথকী মেন্নরশিং অসিগা লোয়নহুনা হায়দোকপা য়াবা মওং অমস্নু লৈরি। মসিদদি খোন্থোকশিং অহু হায়দোক্লকপদা নুংশাশ্বরগী লম্বী অহু য়াম্না খুজিন্না চপশিনখিবদগী মপাললোমদা খোক্লকপা নুংশিৎ অহু মতুং তানা লৈহৌবদগী হ গুম্বা খোঞ্জেল অমা তাবা ফংই মহুবু অসপিরেতেদ হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা মখলগী খোন্থোকপু অসপিরেতেদ খোন্থোক হায়না খঙনৈ। মৈতৈয়োনগী ফ, থ, খ, অসিনচিংবশিং অসি অসপিরেতেদ সাউণ্ডনি। অসিগুম্না হ মানবা খোঞ্জেল তাবা ফংদবশিং অহুবুনা অন-অসপিরেতেদ সাউণ্ড হায়না খঙনৈ।

মথক্তা পনখ্রিবা মওংশিং অসিদগী য়েংহূনা মৈতৈয়োনগী কোন্সো-নেণ্ট খোঙ্হোকশিংগী আর্টিকুলেটরী দিসক্রিপসন মখাদা পীরি। মহুদি :—

প —বাইলেবিয়েল ভোইসলেস অন-অসপিরেতেদ ষ্টোপ

ত —অলভিওলার ভোইসলেস অন-অসপিরেতেদ ষ্টোপ

চ —পেলেতেল ভোইসলেস অন-অসপিরেতেদ ষ্টোপ

ক —ভেলার ভোইসলেস অন-অসপিরেতেদ ষ্টোপ

ফ —বাইলেবিয়েল ভোইসলেস অসপিরেতেদ ষ্টোপ

থ —অলভিওলার ভো'ইসলেস অসপিরেতেদ ষ্টোপ

খ —ভেলার ভোইসলেস অসপিরেতেদ ষ্টোপ

ব —বাইলেবিয়েল ভোইস অন-অসপিরেতেদ ষ্টোপ

দ —অলভিওলার ভোইস অন-অসপিরেতেদ ষ্টোপ

জ —পেলেতেল ভোইস অন-অসপিরেতেদ ষ্টোপ

গ —ভেলার ভোইস অন-অসপিরেতেদ ষ্টোপ

ম —বাইলেবিয়েল নেজল[৪]

ন —অলভিওলার নেজল

ঙ —ভেলার নেজল

ল —অলভিওলার লেতরেল[৫]

স[৬]—পেলেতেল ফ্রিকেতিপ

---

৪। নেজল হায়বসি ষ্টোপনি অদুগা ভোইসয়নি।

৫। মসিগী এলোফোন অমা লৈ মহুদি অলভিওলার ত্রিল 'র' নি।

৬। ফোনোতিকেলি মসি 'স' ওইজরবস্থ 'ছ' গী মাওফমদা লৈ।
( মতুংদা মোর্কোফোনেমিক চেঞ্জগী মতাংদা য়েংউ। )

হ —গ্লোত্তেল ফ্রিকেতিপ

র —বাইলেবিয়েল সেমিভাউঅল

য় —পেলেতেল সেমিভাউঅল

অসিগী মথক্তা অপুবা খোম্হোক হায়বদি মৈতৈরোনগী মশাগী নত্তবা অতৈ লোনগী রাইহেশিং লৌশিনলুবদগী ওইরকপা খোম্হোক ৪। মবি ) অমগস্থু লৈরি।

মখোয়শিং অদুদি :—

ভ — বাইলেবিয়েল ভোইস অসপিরেতেদ ষ্টোপ

ধ — অলভিওলার ভোইস অসপিরেতেদ ষ্টোপ

ঝ — পেলেতেল ভোইস অসপিরেতেদ ষ্টোপ

ঘ — ভেলার ভোইস অসপিরেতেদ ষ্টোপ

কোন্সোনেণ্টশিং অসিতা নত্তনা মৈতৈরোন্দস্থু অতৈ লোন্দা লৈবগুম্না সেমিভাউঅল অনি অমগা লৈরি। সেমিভাউঅল হায়বসিদি খোম্হোকশিং অদু হায়দোক্লকপদদি ভাউঅলগুম্না করিগুম্বা অপনবা অমত্তা পীদবা অদুগা কোন্সোনেণ্টশিংগা চপ-মান্ননা রাইহে-শিংদা লৈবা ওম্বা খোম্হোকশিং অদুবুনি। মৈতৈরোনগী র অমস্থং য় অনি অসি সেমিভাউঅলনি।

মখাদা ডায়েগ্রাম অমগী মতেংনা ক্রায়তেরিয়াশিং অসিগী মতুংইন্না খায়দোক্লবা মৈতৈরোনগী কোন্সোনেণ্টশিং অমদি সেমি-ভাউঅলশিং য়েক্তনা উৎলি :—

| | | বাইলেবিয়েল | | অল্ভিওলার | | পেলেতেল | | ভেলার | | গ্লোত্তেল |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | ভোইসলেস | ভোইস | ভোইসলেস | ভোইস | ভোইসলেস | ভোইস | ভোইসলেস | ভোইস | ভোইস |
| ষ্টোপ | অনঅসপিরেতেদ | প | ব | ত | দ | চ | জ | ক | গ | |
| | অসপিপিরেতেদ | ফ | ভ | থ | ধ | | ঝ | খ | ঘ | |
| | নেজল | | ম | | ন | | | | ঙ | |
| লেতরেল | | | ল(র) | | | | | | | |
| ফ্রিকেতিপ | | | | | | স | | | | হ |
| সেমিভাউঅল | | | ৱ | | | | য় | | | |

মৈতৈ নগী কোন্সোনেণ্টকী মওং-মতৌ তাকপা চার্ট

মৈতৈয়োনগী কোন্সোনেন্ট খোন্থোকশিং অসিনা রাইহৈগী মনুংদা করম কয়ম্বা মকমদা লৈবা ওম্বগে হায়বহু মখাদা উৎলি।

রাইহৈগী অহৌবদা লৈবা ওম্বা কোন্সোনেন্ট খোন্থোকশিংদি— প, ত, চ, ক, ফ, থ, খ, জ, ম, ন, ঙ, ল, স, হ, র অমসুং য় নি।

খুদম :—

প — পা, পাৎ, পোৎ, পমবা, পুমবা

ত — তা, তাৎ, তুম, তম্পাক, তেন

চ — চাক, চু, চৎপা, চাবা, চেনবা

ক — কা, কানবা, কিন, কোৎ, কোম

ফ — ফাল, ফাবা, ফুবা, ফুনবা

থ — থা, থানবা, থিনবা, থকপা

খ — খুবা, খংবা, খিংবা, খাবা

জ — জগোয়

ম — মা, মমি, মচু, মপী, মুক

ন — না, নাতোন, নুংশা, নুমিৎ, নংবা

ঙ — ঙা, ঙক, ঙন্না, ঙানবা, ঙৌ

ল — লা, লম, লাকপা, লুবা, লিবা

স — সা, সম, সৌবা, সুম

হ — হা, হকচাং, হি, হুনবা, হানবা

র — রা, রাইহৈ, রায়, রায়ে', রানবা

য় — য়া, য়ু, য়াইবা, য়োং, য়েংবা

মৈতৈরোনগী কোন্সোনেন্ট খোম্থোক পুম্নমক রাহৈশী মরক্তা হায়রবদি ময়াইদদি লৈবা ঙম্মী। খুদম :—

প — অপাকপা, তম্পাক, মপাম

ত — লৈতেং, মতেং, নত্তবা

চ — নাচোম, লৈচন, কাচিন

ক — নাকোং, লৈকোন, লৈকাং

ফ — কফোই, লম্ফাং, লফৈ

থ — ঙাম্থক, পোথাবা, খোম্থোক

খ — ঙাখা, লৈখোম, তখায়

ব — পাম্বোম, ইবাই, লম্বী

দ — পোদোন, লমদম, চদোন

জ — কৌজেং, কোজেংলোককাই, খজায়

গ — অঙ্গো, তেঙ্গোৎ, তেঙ্গোল

ম — অমোম, খম্মোই, লুকমাই

ন — মনম, তান্নবা, লৈনিং

ঙ — পাঙল, চেঙাং, লৈঙোই

ল — মালেম, পলেম, পোরেম ( পো+লেম )

স — লমসাং, তেনসনবা, ঙসাই

হ — লৈহাও, লমহাং, লংহিং

র — অরাংবা, লুরাউবা, লরাই

য় — অয়াংবা, অয়ায়বা, উয়ুং

য়াহৈগী অরোইবদা লৈবা ওম্বা মৈতৈয়োনগী কোন্সোনেন্ট খোম্থোকশিংদি প, ত, ক, ম, ন[৪], ঙ, ল[৫] অসিনি। খুদম :—

প — কাপ, হৈতুপ, মপোপ

ত — পোৎ (পোত), তেঙ্গোৎ (তেঙ্গোত), কোৎ (কোত)

ক — কোক, পোক, লৈবাক

ম — পাম, লম, মকম

ন — লোন, লান, পান

ঙ — লাং ( লাঙ ), লোং ( লোঙ ), লেং ( লেঙ )

ল — লোল, লাল, পাল

**কোন্সোনেন্ট ক্লষ্টর :**—কোন্সোনেন্ট ক্লষ্টর হায়বগা কোন্সোনেট সিক্যুয়েন্স হায়বগা অনি অসি তশেংবদি খেন্নৈ। অদুবু অয়াম্বনা ক্লষ্টর হায়বগা সিক্যুয়েন্সপু লৌনৈ। ক্লষ্টর হায়বা তারবদি সিলেবল অমগী মনুংদা লৈবা কোন্সোনেন্টশিং অদুগী মরক্তা ভাউঅল অমত্তনা মরক থংপা তৌদনা হেক খংননা তাইনদুনা লৈবদুনি। খুদম ওইনা মৈতৈয়োনগী কাক, খ্বাং, চমপ্রা অসিনচিংবদা য়াওরিবা ক, খ্ব, প্র অসি ক্লষ্টবনি।

মসিগী মতুংইন্না নৈনবা তারবদি মৈতৈয়োনগী ক্লষ্টর অসি য়ান্না মশিং য়ামদে। অদুবু সিক্যুয়েন্সপুম্নু ক্লষ্টরনি হায়না লৌরগা সিলেবল বাউণ্ডরীগী য়াংমদা তাইনবা য়াবা অদু ওইনা লৌরবদি

৪, ৫—য়াহৈগী নত্রগা সিলেবলগী অরোইবা ফিভমদা লৈবা মতমদা 'ল' গা 'ন' গা অমনা অমগী মহুৎ শিনবা য়াই। ময়ম অসিনা 'ল' গা 'ন' গা অনি অসি অরোইবা ফিভমদা ফ্রি ভেরিয়েশন্দা লৈ হায়না লৌনৈ।

ক্লষ্টর অসি য়াম্না উবা ংকগনি। কোন্সোনেণ্ট ক্লষ্টর অমসুং সিকুায়েন্স অনিমক মথাদা উৎলি।

**ক্লষ্টর :—** মৈতৈরোন্দা কোন্সোনেণ্ট ক্লষ্টর অসি য়াম্না লৈতে হায়না মমাংদা পনখ্রে। অয়াম্বনা ংকলিবা অহুস্ম "র" না নত্রগা "র" না মতুং থংবা খোম্লোক ওইরগা থোকপা ঙাক্তনি। মখোয়শিং অহুদি :—

প+র — মৌপ্রা
ক+র — ক্রা, ক্রাক
খ+র — খ্রায়, খ্রাং
প+র — প্রেপ-প্রেপ, চৎপ্রা
ত+র — ত্রৎ-ত্রৎ, তৎত্রা
চ+র — চ্রোক-চ্রোক, চোচ্রোবী
ক+র — ক্রেক-ক্রেক, কেক্রু
ফ+র — ফ্রং-ফ্রং, ফ্রা-ফ্রা
থ+র — থ্রুক-থ্রুক, লাংথৈ্র
খ+র — খ্রক-খ্রক, চৎখ্রো
ব+র — ব্র-ব্র, চাব্রা
দ+র — দ্রং-দ্র', চাদ্রা
জ+র — জ্রো-জ্রো, হৈজ্রাং
গ+র — গ্রোং-গ্রোং, মঙ্গ্রা
ম+র — লৈম্রাম
স+র — স্রো-স্রো, চায়স্রা

**সিক্যুয়েন্স :**—সিক্যুয়েন্স হায়বগা ক্লষ্টর হায়বগা খেন্নে হায়বসি মখক্তা পনখ্রে। সিক্যুয়েন্স হায়বদি মখং-মনাউ ওইনা থংননা লৈবছুনি। মসিদদি সিলেবল অমত্তগী মনুংদা লৈগনি হায়বা নিয়ম লৈতে। হায়বদি সিলেবলগী য়াংমদবু ওইরবস্থু মখং-মনাউ কোন্সো-নেন্ট খোম্বোকশিংনা লৈবছুনি। মখাদা মৈতৈয়োনগী কোন্সোনেন্টকী সিক্যুয়েন্সশিংগী খুদম পীছুনা উৎলি :—

প+প — তপ্পি
প+ত — তপতাবা
প+চ — তপচবা
প+ক — তপকনি
প+য — থুপক্ষম
প+থ — ওপথবা
প+খ — লেপখৎপা
প+ম — কুপমনবা
প+ন — লাপন
প+ল — লুপলকপা
প+স — তপসিনবা
প+হ — ওপহনবা
প+র — লেপরাইদা
প+য় — কুপয়ান

ত+প — পাৎপান
ত+ত — ফৎতবা ( ফত্তবা )
ত+চ — লিৎচবা

ঙ + ক — লিংকনি

ঙ + ফ — লিংফম

ঙ + থ — লিংথবা

ঙ + খ — লিংখি

ঙ + ম — খুংম্নাং

ঙ + ন — লিংনবা

ঙ + ঙ — খুংঙাক

ঙ + ল — খুংলং

ঙ + স — খুংসা

ঙ + হ — তংহনবা

ঙ + র — পাংরাইদা

ঙ + য় — পোংয়োম

ক + প — পোকপা

ক + ত — কোকতা ( কোক্তা )

ক + চ — লোকচপ

ক + ক — লৈবাককী

ক + ফ — পোকফম

ক + থ — লুকথবা

ক + খ — পোকখাইবা

ক + ম — শীকমনবা

ক + ন — লাকনবা

ক + ঙ — পোকঙমদবা

ক + ল — লিক্লা

ক + স — লাকসিনবা

ক + হ — লোকহনবা

ক + র — চবুকরাইদা

ক + য় — কাকয়েন

ম + প — তম্পাক

ম + ত — লমতুপ

ম + চ — লমচৎ

ম + ক — লমকোয়বা

ম + ফ — লম্ফাংনবা

ম + থ - লমথুংফম

ম + খ — লমখাই

ম + ব — লম্বোইবা

ম + দ — লমদা

ম + জ — লমজেল

ম + গ — লমগং

ম + ম — লম্মুরুবা

ম + ন — তম্নবা

ম + ঙ — পুমঙৌ-ঙৌবা

ম + ল — লম্লাই

ম + স — লুমসিনবা

ম + হ — লুমহনবা

ম + র — যুমরাইদা

ম + য় — যুময়াই

ন + প — অথেনপোৎ
ন + ত — খোইরেন্তাক
ন + চ — খোনচোপ
ন + ফ — লানফা
ন + থ — তান্থা
ন + খ — তানখৎপা
ন + ব — তিনবা
ন + দ — তিন্দু
ন + জ — খঞ্জে
ন + গ — খনগৎপা
ন + ম — লান্মী
ন + ন — তিন্নবা
ন + ঙ — পনঙাকপা
ন + ল — পনলানবা ( পল্লানবা )
ন + স — তিনশিনবা
ন + হ — লানহৌবা
ন + র -- চিনরায়
ন + য় — কোনয়াই

ঙ + প — খোংপাক
ঙ + ত — থাংতুপ
ঙ + চ — খোংচেপ
ঙ + ক — খোংকাপ

ঙ+ফ — খোংফম
ঙ+থ — থাংথবা
ঙ+খ — কাংখন
ঙ+ব — কাংবু
ঙ+দ — খোংদোন
ঙ+জ — খোংজাও
ঙ+গ — কোঙ্গোই
ঙ+ম — নোংমাইজিং
ঙ+ন — নোংনা
ঙ+ঙ — সিংঙুৎ, তাংঙবা
ঙ+ল — ছিংলি
ঙ+স — নোংশা
ঙ+হ — কাংহৌ, কাংহনবা
ঙ+র — নুমিদাঙরাই ( নুমিদাংরাই )
ঙ+য় — খোংয়াই।

## নৈনবা

১। কোন্সোনেন্ট ক্লাসিফিকেসনগী ক্রায়তেরিয়াশিং অহু করি করিনো? মহুগী মতুংইন্না মৈতৈরোনগী কোন্সোনেন্টশিং খায়দোকুনা তাকউ।

২। মৈতৈরোনগী কোন্সোনেন্ট খোম্থোক কয়া লৈ? করি করিনো? খ্টোপশিংগী হায়দোক্লকপগী মওং নৈনরকউ।

৩। ষ্টোপকা এফ্রিকেটকা করি খেন্নৈ ? খুদম পীদুনা নৈনরকউ।

৪। ভোকেল ওর্গানগী ডায়েগ্রাম অমা য়েক্লগা মরুওইবা ওর্গান ৫ ( মঙা ) গী লৈকম মমিংগা কোন্নদা তাকউ।

৫। মৈতৈরোনগী প, ত, চ, খ, ম হায়দোক্লকপগী আর্টিক্যুলেটরী দিসক্রিপসন তাকউ।

খুদম ঃ— /প/ বাইলেবিয়েল ভোইসলেস অন-অসপিরেতেদ ষ্টোপ।

৬। মখাদা পীরিবা দিসক্রিপসনশিং অসিগী খোস্তোক পীয়ু :—

(ক) ভেলার ভোইসলেস অন-অসপিরেতেদ ষ্টোপ /ক/

(খ) ভেলার ভোইস অন-অসপিরেতেদ ষ্টোপ / /

(গ) ভেলার নেজল / /

(ঘ) গ্লোত্তেল ফ্রিকেতিপ / /

(ঙ) পেলেতেল সেমিভাউঅল / /

৭। মৈতৈরোনগী কোন্সোনেণ্ট ক্লষ্টরগী মবমদ' শুগাইনা ইবকউ।

৮। মৈতৈরোনগী অহোবদা লৈবা কোন্সোনেণ্ট ক্লষ্টরশিং খুদম পীদুনা তাকউ।

৯। মৈতৈরোনগী কোন্সোনেণ্ট সিকুয়েন্সশিংদা মমাং অমসু' মতুংদা লৈবা য়াবা খোস্তোকশিং অদু করি করিনো ?

১০। মৈতৈরোনগী য়াহৈগী অহোবদা লৈবা ওম্ব' কোন্সোনেণ্ট খোস্তোকশিং অদু করি করিনো ? খুদম পীদুনা তাকউ।

১১। মৈতৈরোনগী করম করম্বা কোন্সোনেণ্ট খোস্তোকশিংনা য়াহৈগী অরোইবদা লৈবা ওম্বগে ? খুদম পীদুনা তাকউ।

---

# ৪

# তোন

পিচ হায়বদি খোলহায়গী মওংদা খেন্নবনি। মসিদা খেন্নবনা মরম ওইদুনা চপ মান্নবা খোন্থোকশিংনা পুনশিল্লগা ওইরকপা লোন অমগী ৰংতেশিংগী মরক্তা অর্থ খেন্নহন্দুনা তোভান-তোঙানবা রাহে ওইতনবা ডুম্নবদি অদুগুম্বা পিচ অদু কন্ত্রাসতিপ ওইরে হায়না লৌগনি। অসিগুম্না পিচনা কন্ত্রাসতিপ ওইরবদি মদুবু তোন হায়না খঙনৈ হুন্দম:—

মৈতৈলোনগী চাব—ঙানা ঈশিংদা চাবা, কি চাবা

চাবা—চাক্লচি বা চাবা, চপ চাবা

মথক্তা পীরিবা খুদম অনি অসিদা য়াওরিবা খোন্থোকশিং অসি চপ মান্নে। অদুবু পিচকী খেন্নবদি লৈ। অহানবগী চাবা দদি চা হায়বা 'সিলেবল অসিদা য়াওবিবা আ (া) দা লৈরিবা পিচ অসি খোঙ্‌দোকপা অনেম অরাংগী ইপোম অমত্তা লৈতনা চাং অমদা অদুম লৈ। অদুগা অকোনবগী "চা" দা য়াওরিবা আ (া) দা লৈরিবা পিচ অসি নেমথরকই হায়বদি হান্নগী লৈরম্বা চাংদগী নেম্মী। অনি অসিগী মরক্তা পিচকী খেন্নবা লৈরে হায়বসি হৌজিক্তি

ময়েক শেংনা খঙলে। অহানবগী চা দা লৈরিবা পিচনা লেভেল নি অহুগা অনিশুবগী চা দা লৈরিবা পিচনা ফোল্লিং নি। মসিবু মথংশিংনা লেভেল অমদি ফোল্লিং তোন হায়না খঙনৈ। মসিদা ফোল্লিং তোনগা লেভেল তোনগা খেন্নবা অহু উৎননব' ফে ল্লিং তোন লৈব' মফমদা / ̀/ খুদম অসি শিজিন্নহুনা ভাকপা য়াই।

লোন খেন্নবগী মতু‌ৎইন্না অসিগুম্বা পিচকী মগুং অসিম্মু খেন্নৈ। অহুম শুইনমক পুথোকপা মতমদদি ফোনেমিক জনল উ'সিসতা ভাউঅল অমদি কোন্সোনেন্ট পুথোকপদা শিজিন্নবা পান্নৈশিং হায়বদি মরু ওইনা মিনিমেল পেয়ার, কন্ত্রাস, কমপ্লিমেণ্টবি ডিস্ত্রিব্যূশন অসিনচিংবগী মতেং লৌই।

তোন হায়বসি মরুওইবা কাংলুপ অনি থোক্না খায়দে'কই মসিবু সিষ্টেম হায়না খঙনৈ। তোনগী সিষ্টেম অনি লৈ। অমনা রেজিষ্টার তোন সিষ্টেমনি অহুগা অ'তাপ্প অমহুন কনতুর তোন সিষ্টেমনি।

রেজিষ্টার তোন সিষ্টেম—রেজিষ্টার তোন সিষ্টেমদদ পিচকী রেঞ্জ হায়বদি চাং অমা লে অহুনা মহুগী লেভেল অম লেগনি। মসিগী তোন লেপ্পা মতমদা লেভেল তোন অমা হাপ্প লোরগা মহুদগী অতৈ তোনশিং লেপকনি।

কনতুর তোন সিষ্টেম—কনতুর তোন সিষ্টেমদদি পিচকী চাং হায়বা অমা লৈতে। মরুম্ম আসনা মসিদদি লেভেল ঙ য়ব অমা লৈতে। পিচকী লেভেল লৈত্রবনিনা মসিদদি লেভেল তোন ঙ য়বা অমা লৈতে। অসিগুম্না লেভেল তোন লৈতবা তোনগী সিষ্টেমবু কনতুর তোন সিষ্টেম হায়না খঙনৈ।

মৈতৈরোন্দা লৈরিবা তোনগী সিষ্টেম অসি রেজিষ্টার তোন সিষ্টেমনি। মৈতৈরোন্দা তোন অনি লৈ। অমনা লেভেল তোননি অদুগা অমদুনা ফোল্লিং তোননি। মৈতৈরোনগী তোনশিং খুদম পীদুনা মখাদা নৈনরি।

খুদম :—

(১) পাইবা —উচেক পাইবা

(২) পাই`বা—পোৎ পাইবা, শেল পাইবা (ইনাকখুনবা)

(৩) মপাল —লৈমপাল, মনুং নত্তবা, ময়া

(৪) মপা`ল —পাম্বী

(৫) লু —কেক

(৬) লু` —ঙা ফাবদা শিজিন্নবা

মথক্কী খুদমশিং অসিদগী ময়েক শেংনা খঙবা ঙমলে মদুদি মৈতৈরোন্দা লেভেল তোন অমগা ফোল্লিং তোন অমগা লৈ। খুদম (১), (৩), (৫) দা লৈরিবা তোন অাস লেভেলনি অদুগা (২), (৪), (৬) তা লৈরিবসিন' ফোল্লিংনি।

মৈতৈরোনগী তোনশিং অসিগী এল্লোতোন লৈ। চাবা, পাইবা, মপাল, লু নচিংবা অসিদা লৈরিবা তোন অসি মতম পুম্নমক্তা লেপদনা লেতে। মখোয়শিং অসিসু ভাউঅল, কোন্সোনেণ্টশিংদা তৌবগুম্না মখোয়গী মমাং নত্রগা মতুংদা লৈরিবা নত্রগা লাকলিবা খোন্দোকশিংদুগী চৈথেং শোয়দনা কই। মদুনা ময়ম ওইদুনা খরদি হোংদোক-হোংক্লিন তৌই। খুদম ওইনা 'চাবা' হায়বা বাহৈ অসি "চাক চাবা" হায়বদা তারিবদুগা "শেন চাবা" নত্রগা

"শেঙ্গাবা" হায়বা মতমদা তারিবহুগা খেৈন্ন। অহুবু মহুমক্কা অনি অসি তোঙান-তোঙানবা তোননি হায়না লৌবা তারবদি ফোনেমিক অনলাইসিসকী 'ইকোনোমি' হাযবা প্রিন্সিপল অহুস্থ কায়রগনি লোয়ননা মসিদি ফোনেতিকসকী থাক্ত খেন্নবনি। অসিদস্থ নত্তনা মথক্তা হায়খিবা কন্ত্রাসতিপ হায়বহুস্থ ওইদ্রে। মরমদি অর্থ চপ মান্নরে। মরম অসিনা মসিগুম্বা খেন্নবশিং অসি এল্লো তোননি হায়না লৌই। অস্থম্না মমাং অমস্থং মতুংদা লাকপা সিলেবল নত্রগা পার্তিকলশিং অহুগী মতুংইন্না হোংলকপা অহুদ হান্নগী লেভেল তোন্দা লৈরম্বা তোন অহুনা ফোল্লিং তোন ওইখি অহুগা হান্নগা ফোল্লিং তোন্দা লৈরম্বা অহুনা লেভেল তোন ওইখিবা থেংনৈ। অসিগুম্বা মথলগী অহোংবা অসিবু তোন শিফ হায়না খঙনৈ। খুদম :—

(৭) লাকপা—ঐখোয়দা লাকপা মীনি।
(৮) অ+লাকপা=অরাক্পা—অরাকপা মীশিং কদায়দ লৈ?
(৯) মনবা—য়েঙ্গাং মনবা লোইবে।
(১০) অ+মনবা=অমন্বা—অমন্বা য়েঙ্গাংহু পিরকই।
(১১) লৈবা—পোৎ লৈবা স্নারে।
(১২) অ+লৈবা=অরৈবা—অরৈবা পোৎ কদায়নো?
(১৩) লৈবা—নংগী লৈবহু পুরকউ।
(১৪) অ+লৈবা=অরৈবা—অরৈবহু হেক পুরকউ।

মথক্কী খুদমশিং অসিদগী ঐখোয়না মৈতৈবোনগী তোন অসি তোন অমদগী অতোপ্না তোন অমদা ওনখি হায়বসি মরেক শেংনা উবা ফংলে।

ভোন অসি মৈতৈরোন্দা ভাউঅলশিংগী মপাল তাংজুনা লৈ। অদুবু মসিমক্তা ভোন হায়বসি ভাউঅলশিংদা য়াওই হায়বদি হায়মনবা খোকনি।

হেন্না চেকশিনফম খোকপা অমনা হোমোফোনজ ওইবা ভোন্নি। ভোন খরদি হোমোফোনজ হায়বদি খোঙ্গোক্কদি চপ মান্নবা হায়বদি তাবদদি খেন্নদবা অদুগা অর্থদি মান্নদবা অদুবুনি। অর্থদা খেন্নবা খুদিংগী ভোন অমমম লৈ হায়না লৌবা তারবদি মহু লিঙ্গুইষ্টিক অনলাইসিসকী সাইন্টিফিক প্রিন্সিপলদা অকায়বা ওইরে।

অতোপ্পা রাফম অমনা মতাং অসিদা মিনিমল পেয়ার কণ্ট্রাস, কমপ্লিমেন্টরি দিষ্ট্রিবিয়ুসন, ফ্রি ভেরিয়েসননচিংবগী মরমদা খরদংগা হায়রমগে। মরমদি লোন অমগী ফোনিম লেপ্পা মতমদা মসিগী মথৌ য়াম্না চাউই।

**মিনিমল পেয়র**—হায়বদি খ্বাইদগী য়ামদনা খেন্নবা রাহৈগী পুংবা অদুবুনি। খুদম ওইনা—তাবা অমস্সুং থাবা অসিগুম্বা রাহৈগী পুংবাশিংদা খেন্নরিবসি স্বপ্নগী ত গা থ গদনি। হায়বদি খোঙ্গোক অমখক্তদনি। অদুবু তারমবা অমস্সুং থারকপা চায়বা রাহৈ অনি অসিদদি খেন্নবা অদু মিনিমেল ওইদ্রে অমদগী হেন্না খেন্নরে। খেন্নরিবশিং অদু ত, ম অমস্সুং থ, ক দনি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মে মহুদি খেন্নবা অদু মশীং য়াম্নে। অসিগুম্বা অমদগী হেনগ্রবদি খ্বাইদগী য়ামদবা হায়বদু ওইদ্রবনিনা রাহৈ অনি অদু মিনিমল পেয়ার ওইদ্রে। তাবা অমস্সুং থাবা গুম্বা রাহৈ অনি অনিশিং অদু স্বপ্নগী অমখক্তদা খেন্নরবনিনা মিনিমল পেয়ার ওইরে।

মসি ফোনিম পুথোকপদা শিজিন্নবা থাক্টদগী ফবা উপায়নি। মিনিমল পেয়ারদা য়াওৱিবা খেন্নরিবা খোম্হোক অনি অদু কন্ত্রাস-তিপ এনভাইৰোমমেণ্টতা লৈয়ে। মরম অদুনা খোম্হোক অনি অদু তোঙানবা ফোনিম অমমম ওইনা লৌরে।

কন্ত্রাস—হায়বদি চপ মান্নবা ফিভমদা লৈবা নত্রগা য়াওবা ওম্ববুনি। মমাংদা মিনিমল পেয়ারদা অহৌবদা লৈরিবা ত গা থ গা অনি অসি কন্ত্রাসতগ লৈ।[1] মখোয় অনি অসি তারমবা অমদি থারকপা হায়বা মিনিমল পেয়ার ওইদবা ৱাহৈ অনি অদুদস্থু কন্ত্রাসতি অদুম ওই মরমদি অমনা য়াওবা য়াবা মফমশিংদা অমদুনস্থু য়াওবা য়াবদুবু কন্ত্রাস হায়বনি। মসিদা চেকশিনগদবা অমদি তামবা হায়বা ৱাহৈ অসিগা থারবা হায়বা অসিগা অনিসিদা য়াওৱিবা ত গা থ গা অনি অসিদি কন্ত্রাসনি হায়না লৌনদে। মরমদি মখোয়গী লৈবগী ফিভম অসি অমনা তাম+বা নি অদুগা অমনা থা+র+বা নি। করিগুম্বদা তামবা অমদি থার্মি নত্রগা তারবা নত্রগা থাররি হায়রম্নবদি ত গা থ গা অনিসি কন্ত্রাসনি হায়না লৌগনি। অস্নুম্না কন্ত্রাসতা লৈবা খোম্হোকশিং অদু ফোনিম অমমম ওইগনি।

কমপ্লিমেণ্টরি ডিস্ত্রিবিয়ুসন— হায়রগা অমনা লৈবা ওম্বা ফিভমদা অতোপ্পা অমদুনা লৈবা ওমদববু খওনৈ। খুদম ওইনা

---

১। কন্ত্রাসকা মিনিমল পেয়ারগা অনি অসি কৈদৌম্নুংদস্থু চয়েৎনহৌইদবনি। পেয়ারদদি ৱাহৈ অনি অদু পুংবা ওইনা য়েংবনি। অদুগা কন্ত্রাসতদি খোম্হোক অনিদুগী লৈফমদদবক য়েংবনি।

হায়রবদা মৈতৈরোনগী ক অমস্তুং ক্, ত অমস্তুং ত্ অমদি ল অমস্তুং র্ অসিনচিংবশিং অসি কমপ্লিমেণ্টরি দিস্ত্রিবিয়ুসনদা লৈ। মরমদি ক্ হায়বা খোস্তোক মথল অসিনা ক গুম্না অহৌবা ফিভমদা য়াওবা ওমদে। অমরোমদা ক হায়বা অসিনা ক্ গুম্না অরোইবা ফিভমদা লৈবা ওমদে। মতৌ অস্তুম্না ল পুম্নমক ইণ্টরভোকেলিক (ভাউঅল অনিগী মরক্তা) পোজিশন্দদি র ওনখি অদুগা র না মৈতৈরোনগী অপূবা নত্তবা য়াহৈশিংদা অহৌবদা লৈবা ওমদে। খুদম ওইনা লানবা অ+লানবা=অর্ানবা; লোন ম+লোন= মরোন, লেংবা অ+লেংবা=অরেংবা অসিনচিংবা। খণ্ডজিন-গদবা য়াকম অমদি কমপ্লিমেণ্টরি দিস্ত্রিবিয়ুসন্দা লৈরবদি খোস্তোকশিং অদু কোনিম ওইদ্রে। মখোয়শিং অদু খোস্তোক অমগী তোঙান তোঙানবা শকলোন হায়বদি এলোফোন ওইরে।

ফ্রি ভেরিয়েশন:— হায়বদি অমনা অমগী মহুৎ শিন্দুনা শিজিন্নবা মতমদা অর্থদা অহোংবা লৈত্রবদি খোস্তোক অনি অদু ফ্রি ভেরিয়েশন্দা লৈরে হায়না লৌগনি। ফ্রি ভেরিয়েশন্দা লৈবা খোস্তোকশিংদি তোঙান-তোঙানবা কোনিমনি হায়না লৌনদে।

## নৈনবা

১। তোন হায়বসি করিনো? নৈনরকউ।

২। মৈতৈরোনগী তোনগী মরমদা খুদম পীদুনা নৈনরকউ।

৩। মৈতৈরোন্দা লৈরিবা তোন অসি করম্বা মথংগী সিট্টৈমনো ? মসিদা লেভেল তোন হায়বা অমা লৈবরা ? খুদম পীদুনা উৎলু।

৪। মথাদা পীরিবা য়াহৈশিং অসিগী তোন মশক তাকউ

পি — মিৎকী পি

তুম্বা -- মচিন তুম্বা

হনবা — কোৎপা

য়ায়বা— পুরুবা/ভাইহাকী লৌরুবা

লৌবা— মৈদা করিদা।

# ৫

## জংচর

জংচর হায়বসিদি জংসন্দগী লাকপনি। ডাইহাক্তুংগী ওইনা মুংশাংবর খোঙচৎ অমুদু লেপহন্দুনা খোম্থোক অমদগী অতোপ্পা খোম্থোক অমদা লানবদা লৈবা ত্রানজিসন অমু ময়েক শেংনা তারবদি মদুবু জংচর হায়না খঙৈ। চপ মান্নবা খোম্থোক্কী ওইরকপা রাইহৈশিংগী মরক্তা ত্রানজিসন অমুগী ময়েক শেংনা তাবা অমদি তাদবনা মরম ওইদুনা রাইহৈ অনি অমু খেন্নহল্লবদি মদুবু জংচর ফোনিম হায়না খঙৈ। তোন লৈবা লোনশিংদদি জংচর ফোনিমগী মতাংদা অয়াম্বনা চয়েৎনবা থরা লৈ। অদুনা মসিগা তোনগা অনি অসিগী মরমদা য়াম্না কুপ্না নৈনবগী দরকার লৈ।

লোন খুদিংমক্তা রার্দ বাউণ্ডরি নত্রগা ফ্রেঞ্জ বাউণ্ডরি অমদি সেন্তেন্স বাউণ্ডরি জংচরদি লৈ। অদুবু জংচর ফোনিমদি লৈতবা য়াই। মৈতৈরোন্দা জংচর ফোনিম অমা লৈবগী মওং উবা ফংই।

খুদম :—

চাক খায়বা  চাকখায়বা

চাক খায়বা  চাক + খায়বা

চৈ থাবা  চৈ থাবা

চৈ থাবা  চৈ + থাবা

মথক্তা পীরিবা খুদমশিং অসিদা + অসি জংচর কোনিমগী খুদমনি।

মথংদা ফ্রেঞ্জ বাউগুরি অমদি সেস্তেন্স বাউগুরি জংচরগী মরমদা থরদং হায়রমগে।

ফ্রেঞ্জ বাউগুরি জংচর হায়বদি ফ্রেঞ্জ অমগী অরোইবা মকম অহুবুনি। খুদম :—চাকশং ++ শাবা তৌরে।

চাকশং শাবা ++ হৌরে।

অঙাং + অহু ++ কপলে।

মথক্তা পীরিবা খুদম অসিদা ++ অসি ফ্রেঞ্জ বাউগুরি জংচরগী খুদমনি।

সেস্তেন্স বাউগুরি জংচর হায়বদি সেস্তেন্স অমগী অরোইবা মকম অহুবুনি। খুদম :—

চাকশং ++ শাবা তৌরে +++

চাকশং শাবা ++ তৌরে +++

ঐখোয়গী মনিংদা হৌবা ++ অচৌবা হৈনৌ পান্থীহু ++ তেকলে +++

মথক্কী খুদমশিং অসিদা +++ অসি সেস্তেন্স বাউগুরি জংচরগী খুদমনি।

## নৈনবা

১। মৈতৈয়োনগী জংচরগী মরমদা ত্তরকউ।

২। জংচর কদায়বু কৌবগে? মসিনা মৈতৈয়োনগী রাহৈশিংগী মরক্তা করি তৌবা ঙম্বগে?

৩। ফ্রেঞ্চ অমদি সেক্সেন্স বাউণ্ডরি জংচরগী মরমদা খুদম মতিক চানা পীদুনা তাকউ।

৬

# সিলেবল

ভাউঅল অমনা নিউক্লিয়স ওইবা খোন্থোক অমা নত্রগা অমদগী হেনবা নত্রগা রাইবু ওইরবস্তু পুংশাম্বরগী শাফু অমথক্তুংগী মনুংদা হায়দোকললকপা অমস্তুং পুন্না অমুক্তদা তাবা কংলিবা খোন্থোক নত্রগা খোন্থোকশিং অদুবু **সিলেবল** হায়না খঙৈ। "ঐনা চাক চাই" হায়বা রাইহৈপরেং অসিগী মনুংদা সিলেবল মরি য়াওরি। মখোয়শিং অদুদি ঐ, না, চাক, অমস্তুং চাই হায়বসিনি। অহানবগী **ঐনা** হায়বা রাইহৈ অসিদা খোন্থোক মরি য়াওরি অ+য়=ঐ, ন+অ=না, অসিনি। অদুবু খোন্থোক অনি অনিনা সিলেবল অমমম ওইরি। অকোনবগী রাইহৈ অনি হায়বদি **'চাক'** অমস্তুং 'চাই' হায়বসিদদি খোন্থোক অহুম অহুম য়াউরি। মদুদি :— চ+আ+ক অমস্তুং চ+আ+ই অদুবু সিলেবলদি অমমমথক্তুনি।

সিলেবল অমা হায়বসি শরুক অহুম থোক্না খায়দোকপা য়াই। মদুদি :— (১) ওনসেৎ (২) পিক অমস্তুং (৩) কোদা অসিনি। মখোয়শিং অসি মখাদা খুদমগা লোয়ননা নৈনরি।

(১) ওনসেৎ :— সিলেবল অমগী অহোৌবা শরুকপু ওনসেৎ হায়না খঙনৈ। 'চাক' হায়বা সিলেবল অসিদা য়াওরিবা 'চ' অসিনা সিলেবল অসিগী ওনসেৎ নি। মতৌ অসুম্না য়া, পা, কাপ, লম, মায় অসিনচিংবা সিলেবলশিং অসিগী হৌবদা লৈরিবা য়, প, ক, ল, ম অসি সিলেবলশিং অদুগী ওনসেৎ ওাক্তনি।

(২) পিক :— পিক হায়বদি সিলেবল অমগী মনুংদা খ্বাইদগী হৌনা তাবা কংলিবা শরুক অদুবুনি। হায়বদি সিলেবল অদুগী নিউক্লিয়স অদুবুনি। মথক্তা পীখ্রিবা 'চাক', 'য়া', 'পা', কাপনচিংবা সিলেবলশিংদা য়াওরিবা 'আ' ( া ) অসিনা সিলেবলশিং অসিগী পিকনি। মতৌ অসুম্না ই, পি, তিন, উ, লু, পুন, তেন, চে, পোৎ, পোক, অসিনচিংবা সিলেবলশিংদা য়াওরিবা ই (ি), উ (ু), এ (ে), ও (ো), অসিনচিংবশিং অসিনা সিলেবলশিং অদুগী পিক ওাক্তনি।

(৩) কোদা :— সিলেবল অমগী পিককী মতুংদা লাকপা খোম্থোকপু কোদা হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোনগী চাক, কাপ, লম, মায়, তিন নচিংবদা য়াওরিবা ক, প, ম, য়, ন অসি সিলেবলশিং অদুগী কোদা ওাক্তনি।

সিলেবল খুদিংমক্কী পিক হায়বসিদি শোয়দনা লৈতবা য়াদে। ওনসেৎ নত্রগা কোদা দি লৈরবসু য়াই, লৈত্রবসু য়াই। অদুনদি সিলেবল অমা হায়বসিদা ওনসেৎ অমগা পিক অমগা, নত্রগা সুপ্নতগী পিক অমা নত্রগা ওনসেৎসু পিকসু কোদাসু অহুম্মক লৈবা অমা নত্রগা পিক অমগা কোদা অমত্তগতমক লৈবসু ওইবা য়াই।

খুদম :—ওনসেৎ + পিক—চা, পা, পি, লি, লু
পিক —ই
ওনসেৎ + পিক + কোদা— চাক, কোক, খুল, লুম
পিক + কোদা —ইন, উন, ওয়, ঐ (অ + ই)
অসিনচিংবা।

সিলেবলশিং অসি অমুকস্তু ওপন অমস্তুং ক্লোজ হায়দুনা অনিথোক্লা খায়দোকপা য়াই। সিলেবল অমগী পিক অদুগী মমাং অমস্তুং মতুং অনিমক্তা করিগুম্বা মখলগী খোস্থোক অমত্তা লৈতবা সিলেবলবু ওপন সিলেবল হায়না খঙৈ। খুদম : - ই, উ, অ-, অসিনচিংবা। অদুগা সিলেবলশিং অদুগী পিক অদুগী মমাং নত্রগা মতুংদা খোস্থোকশিং লৈবা সিলেবলবু ক্লোজ সিলেবল[৮] হায়না খঙৈ। খুদম :—চা, চাক, ইন, তিন, পুন, পোক, অসিনচিংবা।

মৈতৈলোনগী সিলেবলশিং অসি মখোয়দা য়াওরিবা ভাউঅল অমাদ কোন্সোনেন্টশিং[৯] অদুদগী য়েংলগা মখল তরুক খোক্লা খায়দোকই। মখোয়শিং অদুদি—

১। ভাউঅল অমখক্তনা ওইবা সিলেবল।
খুদম :— অ-, ই, উ, ও- অসিনচিংবা।

২। কোন্সোনেন্ট অমগা ভাউঅল অমগনা ওইবা সিলেবল।
খুদম :—কা, লা, রা, য়া, লি, পু, পূ, পো, অসিনচিংবা।

৮। ক্লোজ সিলেবলশিং অসি কনাগুম্বনা বেক ক্লোজ অমদি ব্লন্ট ক্লোজ হায়না খায়দোকপসু য়াওই।

৯। সেমি-ভাউঅলশিংসু কোন্সোনেন্ট ওইনা লৌরি।

৩। কোন্সোনেন্ট অনিগা ভাউঅল অমগনা ওইবা সিলেবল।

খুদম :—প্র-, প্রা-, ত্র, ত্রা, ক্বা অসিনচিংবা।

৪। কোন্সোনেন্ট অমগা ভাউঅল অমগা কোন্সোনেন্ট অমগনা ওইবা সিলেবল।

খুদম :—কায়, পাক-, কোক, খোঙ, কিন, কোয়, কোল অসিনচিংবা।

৫। কোন্সোনেন্ট অনিগা ভাউঅল অমগা কোন্সেনেট অমগনা ওইবা সিলেবল।

খুদম :– প্রপ, থ্রং, ক্রৎ, খ্বায়, শ্বায় অসিনচিংবা।

৬। ভাউঅল অমগা কোন্সোনেন্ট অমগনা ওইবা সিলেবল।

খুদম :— ইন, উন, ঐ (অ+য়), ওয়, ঔ (অ+উ) অসিনচিংবা।

## নৈনবা

১। সিলেবল কদায়বু কৌবগে? মসিগী তোঙান-তোঙানবা শরুকশিং অদু করি করিনো? নৈনৌ।

২। সিলেবলগী 'পিক' হায়বসি করিনো? পিক লৈতবা সিলেবল লৈবা য়াবরা?

৩। মৈতৈলোনগী ওপন অমস্তুং ক্লোজ সিলেবলগী খুদম পীদুনা নৈনরকউ।

৪। মৈতৈলোনগী সিলেবল মখল কয়া শুই? খুদম পীদুনা তাকউ।

৫। মৈতৈলোনগী সিলেবলগী মরমদা ইরকউ

## অনিশুবা শরুক

# ১
# রুট

রাহৈ অমগী মহুংদা খ্বাইদগী মরুওইবা নত্রগা মপুং ওইবা অর্থ চেনবা শরুক হায়বদি মোর্ফিম অহুবু রুট হায়না খঙৈ। মোর্ফিম হায়বসিদি অর্থাদ লৈবা মহুবু অমুকহন্না অর্থ থোকপা মচেৎ-মচেৎ ওইনদি থুগায়বা নত্রগা খায়দোকপা য়াদ্রবা অর্থ চেনবা রাহৈ নত্রগা রাহৈ মচেৎ অহুনি। অসিগুম্বা মোর্ফিমশিংগী মরক্তা মরুওইবা অর্থচেনবা অহু রুটনি হাযবনিনা রুট হায়বসি রাহৈ ওইবসু য়াই নত্রগা রাহৈগী মচেৎ ওইবসু য়াই। অহু ওইয়বদি করি করম্বা মখলগী রাহৈগী মচেৎ অহুবু রুটনি হায়না লৌগনি। মসি খঙননবগীদমক মখাগী খুদমশিংসি য়েংশি।

খুদম :—চাগে, চারোই, চাদে, চারি
ইগে, ইরোই, ইদে, ইরি,
কোক, কোকতা, কোককী, অসিনচিংবা।

মখকী খুদমশিং অসিদা চাগে, চারোই, চাদে, চারি হায়বসিদা 'চা' হায়বা অমা, ইগে, ইরোই, ইদে, ইরি হায়বসিদনা 'ই' হায়বা অমা, অহুগা কোক, কোকতা, কোককী হায়বসিদনা 'কোক' হায়বা

অমদি ইতৎ-তত্তনা য়াওবা উরে। অহানবগী কাংলুপতগী 'চা' অনিশুবগী কাংলুপতগী 'ই' লোথোকপগা, -গে, -রোই, -দে অমস্তুং -রি হায়বশিং অসি অমুগা অহুমশুবা কাংলুপতগী 'কোক' হায়বসি লোথোকপগা -তা, অমস্তুং -কী অসি লৈহৌই। মথোয়শিং হায়বদি -গে, -রোই, -দে, -রি, -তা অমস্তুং -কী অসিদি অর্থ লৈতবশুমস্তু উরি। অশেংবদি মথোয়গীস্তু অর্থাদ লৈ। অমুবু মপুং ওইবা নত্রগা মরুওইবা অর্থদি 'চা-, ই- অমদি কোক-' হায়বসিনা কোংদোকলি। 'চাগে' হায়বগা 'চারোই হায়বগা অনিগী মরক্তা অর্থদা খেন্নরিবসি 'চা-' হায়বসিনা পীরিবা চাবগী অর্থ হায়বদি মপুং ওইবা অর্থ অমুদা চানিংবগী মওং অমগা চানিংদবগী মওং অমগা তাকলি। অমুনদি -গে হায়বসিনা চারগে হায়বগী অনিংবা অমু উৎলি অমুগা -রোই হায়বসিনা চাবা হায়বমু তৌনিংদবগী মওং অমু উৎলি। অমুবু চাবগী মরুওইবা অর্থদি 'চা' হায়বা মোক্কিম অসিনা পীরি। মরম অসিদগী 'চা' হায়বসি রুটনি। মতৌ অমুম্না 'ই' অমস্তুং 'কোক' অনিসিস্তু রুটনি।

মথক্কী খুদমশিং অসিদা 'চা-' হায়বসি রাহৈগী মচেৎ অমনি অমুগা ই অমস্তুং কোক অনিদি রাহৈ ওইনা লৈবা ঙম্মী। মসিদগী রুট অসি মথল অনি খোক্তা খায়দোকপা য়াই। মমুদি :— ক্রি রুট অমস্তুং বাউণ্ড রুট অসিনি।



রুটকী মথল তাকপা

ফ্রি রুট :— অতোপ্পা এফিক্স নত্রগা রুটশিংগী মতেং য়াওদনা মশা মথন্তনা ৱাহৈ ওইনা লেপচবা ঙম্বা রুটশিং অদুবু ফ্রি রুট হায়না খঙনৈ। খুদম :— মী, ঐ, চাক, ফি, ইন, উ, অসিনচিংবা।

মৈতৈলোনগী ফ্রি রুটশিংদি নাউন ঙাক্কনি। ই, পি নচিংবা ভার্ব ফোর্ম খরদি ফ্রি রুট ওইবগুম্না উবা ফংঙি। মখোয়শিং অসিদি ভার্বল ফোর্মনি হায়বদি মখোয়শিং অসিদি রুট অদুদা ভার্বল সফিক্স অমা তপ্পুনা শেম্বনি। অদুনা মখোয় অসিদি ই+ই=ই ; অহানবগী ই না লাইরিকচিংবা ইবগী ই হায়বা রুট অদুনি অদুগা অনিশুবগী ই না চাই, থকই, অসিনচিংবদা য়াওরিবা ভার্বল সফিক্স ই অদুনি। পি গী মতাংদসু অদুমঙাই পি=পি+ই=পি নি।

বাউণ্ড রুট :—অতোপ্পা রুট নত্রগা এফিক্সশিংগী মতেং য়াওদনা মথন্তনা ৱাহৈ ওইনা লেপচবা ঙমদবা রুটশিং অদুবু বাউণ্ড রুট হায়না খঙনৈ। খুদম :— ‘চাবা’ নত্রগা ‘চাই’ হায়বা ৱাহৈদা য়াওরিবা ‘চা-’ ; ‘থকপা’ নত্রগা ‘থকতে’ হায়বা ৱাহৈদা য়াওরিবা ‘থক-’, ‘ইনবা’ নত্রগা ‘ইনগে’ হায়বা ৱাহৈদা য়াওরিবা ‘ইন-’ অসি বাউণ্ড রুট ঙাক্কনি। মরমদি মখোয়শিং অসিনা মপুংওইবা অর্থ অদু পীরবসু মখোয়না অতোপ্পা মোর্ফিমগী মতেং য়াওদনা মথন্তা লেপচবা ঙমদে।

মৈতৈলোনগী বাউণ্ড রুটশিংনা মখোয়গী ফোর্ম ক্লাস হায়বদি ,ময়াম্না পার্টস ওফ স্পীচ হায়না খঙনবা অদু তাকপা ঙমদে। মখোয়দা তপ্পুরিবা এফিক্সশিং অদুনা মখোয়গী ফোর্ম ক্লাস লেপ্পি।

খুদম:—চা + বা = চাবা

চা + রি = চারি

কন + বা = কনবা

কল + লি = কল্লি

কন + না = কন্না

মথক্কী খুদমশিংদা য়াওরিবা **চাবা** অমসুং **কনবা** অসি নাউননি। মরমদি মখোয়দা নাউনদা ওয়া য়াবা এফিক্সশিং অহু ওপশিনবা য়াবদা নত্তনা রাকৈপরেংশিংদা নাউননা লৈবা ওয়া মকমশিং অহুদা লৈবা ওয়নী। অহুগা **চারি, কল্লি** হায়বসিনা ভার্বনি। মরমদি মখোয়শিং অসি ভার্বকী মখো তৌরি। অহুগা **কন্না** হায়বসিদনা মোদিফায়র ওইনা লৈ।

## নৈনবা

১। রুট হায়বসি করিনে? বাউণ্ড রুটকা ফ্রি রুটকা খেয়বা খুদম পীহুনা তাকউ।

২। মৈতৈরোনগী রুট মখল কয় শুই? খুদম পীহুনা নৈনরকউ।

৩। মৈতৈরোনগী রুটশিংগী মরমদা শুগায়না ইরকউ।

৪। মথাগী রাহৈশিং অসিগী রুট খন্দোকউ—

চাবা, তকপা, চারি, তকলি, কৎলি, চুমবা, চুম্মু, চুমদে।

# ২

# এফিক্স

রুট অমদা হাপচিল্লক্লিবা নত্রগা তপশিল্লক্লিবশিং অহুবু এফিক্স হায়না খঙনৈ। এফিক্স হায়বসি মরুওইবা মখল অহুম থোক্লা খায়দোকই। মহুদি ঃ— প্রিফিক্স, ইনফিক্স অমসুং সফিক্স।




**প্রিফিক্স ঃ**—রুট নত্রগা ষ্টেমগী মমাংদা তপশিল্লক্লিবা মোর্ফিমশিং অহুবু প্রিফিক্স হায়না খঙনৈ। খুদম ঃ—

মহাক্কী খুংকা শাইখি।
নচা অহু ৱারকউ।
মীগী মপোং লৌরুনু।

মথক্তা পীরিবা ৱাহৈপরেংশিং অসিদা য়াওরিবা খুংকা, নচা, মপোং হায়বা ৱাহৈশিং অসিদা য়াওরিবা 'খুং-', 'ন-' অমসুং

'ম-' হায়বা শরুকশিং অসি প্রিফিক্সনি। মখোয়শিং অসি রুট ওইরিবা শরুক -কা, -চা অমদি -পোৎ হায়রিবশিং অসিগী মমাংদা তপ্পা ৬াক্তনি। মরম অদুনা মখোয়শিং অসি প্রিফিক্সনি।

**ইনফিক্স :** – রুট অমগী মনুংদা হায়বদি মদুগী মরক্তা হাপচিনবা এফিক্সপু **ইনফিক্স** হায়না খঙনৈ। খুদম :—

ইজিপসিয়ান অরাবিকতা **ক-ত-ব** হায়বদি 'ইবা' হায়বনি অদুবু **কাতাব** হায়রবদি "মহাক্না লোইশ্রবা ইবদু" খঙনৈ। অদুগা **কিতাব** হায়রগনা 'লাইব্রিক' পু খঙনৈ। মসিদা রুটকী মরক্তা হাপচিল্লক্লিবা া····া অমদি ি·····ি অসি ইনফিক্সনি। মৈতৈ-রোন্দদি মসি লৈতে। কনাগুম্বনা 'চারিব' হায়বা রাহৈসিদা 'রি' হায়বসি 'চাবা' গী মরক্তা হাপচিনবনি অদুনা ইনফিক্সনি হায়না হায়বা য়াওই। মদু খঙদবদগী হায়বনি। মরমদি 'চাবা' হায়বসিদি রুট নত্তে। রুটতি 'চা' খক্তনি। রুটকী মনুংদা হাপ্লবু ইনফিক্স হায়বনি।

**সফিক্স :**— রুটকী মতুংদা তপশিল্লক্লিবা এফিক্সশিং অদুবু **সফিক্স** হায়না খঙনৈ। খুদম :—

'মীগী' হায়বা রাহৈদা য়াওরিবা **-গী**
'তোম্বদা' হায়বা রাহৈদা য়াওরিবা **-দা**
'চাবা' হায়বা রাহৈদা য়াওরিবা **-বা**

'চারকপা' হায়বা রাহৈদা য়াওরিবা **রক** অমসুং **পা** অসি সফিক্স ৬াক্তনি। মরমদি মখোয়শিং অসি রুটকী মতুংদা তপ্পা ৬াক্তনি।

মৈতৈরোনগী গ্রামারদদি সক্কিক্স হায়বসিনা খ্বাইদগী মরু ওই। সক্কিক্সশিং অসিনা মৈতৈরোলদদি ইন্তেরোগেশন, নেগেশন, ইম্পরেটিভনচিংবা তাকপত্তা নত্তনা ভার্বশিং অসিগী মপুং কাবা, কাদবা, লোইদ্রি হায়বনচিংবা অদুসু তাকই। মরম অসিদগী লোন অসিদা মোর্ফোলোজি অমদি সিণ্টেক্স হায়দুনা য়াম্না মযেক শেংনা খায়দোকপা য়াদে হায়নরিবনি। সক্কিক্সশিং অসি মখোয়গী মথৌদগী হায়বদি মখোয়না ওইরুবা নত্রগা ওইরুবা য়াবা মওংশিংদগী য়েংদুনা অনি খোক্ত অমুকন্সু খায়দোকপা য়াই। মদুদি :— (১) দিরিভেসনেল সক্কিক্স, অমসুং (২) ইনফ্লেক্সনেল সক্কিক্স অসিনি।

**দিরিভেসনেল সফিক্স :**— সফিক্সশিং অদু তপশিনবা মতমদা হান্না লৈরম্বা ফোর্ম ক্লাস অদুদা অহোংবা পীবশিং অদুবু **দিরিভেসনেল সফিক্স** হায়না খঙনৈ।

**ইনফ্লেক্সনেল সফিক্স :**—সফিক্সশিং অদু করিগুম্বা ফোর্ম অমদা তপশিনগ্রবা মতুংদা ফোর্ম অদুগী য়াওবা ওস্বা ফিভম অদুদা অথিংবা লৈরবদি মদুবু **ইনফ্লেক্সনেল সফিক্স** হায়না খঙনৈ।

সফিক্সশিং অসি অমুকন্সু মখোয় মখোয়না লোয়নদুনা লৈবা অদুগী য়াবা য়াদবনচিংবদগী য়েংদুনা নোমিনেল সফিক্স, ভার্বল সফিক্স হায়না খায়দোকই। নাউন্দা তপ্পা সফিক্স হায়বদি কেশ, ইন্টেরোগেশন, নম্বরনাচংবা খঙহনবা সফিক্সশিং অসিবু নোমিনেল সফিক্স হায়না খঙনৈ। ভার্বতা তপ্পা সফিক্স হায়বদি ইম্পরেতিপনচিংবা খংহনবা সফিক্সপু ভার্বল সফিক্স হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোনগী নোমিনেল অমদি ভার্বল সফিক্সশিং অদু মতুংদা নৈনরকনি।

## নৈনবা

১। এফিক্স কদায়বু কৌই ? মখল কয়া শুই ।

২। মৈতৈরোনদা ইনফিক্স লৈবরা ? মৈতৈরোন্দা লৈবা এফিক্স মখলশিং অহু খুদম পীদুনা তাকউ।

৩। মৈতৈরোনগী গ্রামারদা সফিক্সশিংনা করম্বা থৌদাং পুবগে ?

৪। মৈতৈরোনগী সফিক্সশিং অসি করি মরমদগী নোমিনেল অমদি ভার্বল হায়না খায়দোকলিবনো ?

# ৩

# দিরিভেসন

দিরিভেসন হায়বসি নৈনন্তিৎভেগী মমাংদা ফোর্ম-ক্লাস হায়বসিগী মরমদা খরদং নৈনবসি। "ক্লাস" হায়বদি কাংলুপ হায়বনি। অদুগা "ফোর্ম" হায়বনা মওং হায়বনি। অদুম ওইনমক "ফোর্ম-ক্লাস" হায়বসিদা "ফোর্ম" গী অর্থদি মপুং ওইবা শক্তম অমা" হায়বনি। মসি রাহৈ অমা হায়বহুগা অমহানি। ফোর্ম ক্লাস অমা হায়বসিনা রাহৈ কাংলুপ নত্রগা শাগৈ অমখক্তী মমুংচনবা রাহৈশিং অহুবুনি। শম্না হায়রবদা মাস ত্রেদিসনেল গ্রামারিয়ান-শিংনা "পার্টস ওফ স্পীচ" হায়না খণ্ডনবহুনি।

রাহৈশিংগী বেজ হায়বদি মখোয়গী তৌরককম ওইরিবহুদা এফিক্সশিং তপশিন্দুনা তোঙান-তোঙানবা রাহৈ ওইহনবা য়াবশিং অহুগা রাহৈশিং অহুগগী মরক্তা লৈনরিবা মরি অহুগী মরমদা নৈনববু দিরিভেসন হায়না খঙনৈ। অহুবু তপশিনবা খুদিংমক দিরিভেসনগী মওংদি নত্তে। দিরিভেসন হায়বসি মখল অনি ওই। মহুদি ক্লাস-চেঞ্জিং অমসুং ক্লাস মেন্টেনিং নি। ক্লাস-চেঞ্জিং দিরিভেসন হায়রগা ঐখোয়না এফিক্সশিং অহু বেজশিং

অদুদা তপশিনবা মতমদা ৱাহৈশিং অদুগী হায়না ওইরম্বা ফোর্ম ক্লাস অদু থাদোক্লমদুনা অতোপ্প' ফোর্ম ক্লাস অমদ' ওনখিববু খঙনৈ।

খুদম :— চারি, চৎলি, তুম্মি, কপ্পি হায়বনচিংবা মৈতৈরোনগী ভার্ব ফোর্মশিং অসিদা 'বা' হায়বা সফিক্স অসি তপশিল্লগা "নাউন" ওইরি। মতৌ অসুম্না ফোর্ম ক্লাস অমদগী অতোপ্প' ফোর্ম ক্লাস অমদা হোংবা দিরিভেসনবু ক্লাস-চেঞ্জিং দিরিভেসন হায়না খঙনৈ।

মৈতৈরোনগী ক্লাস-চেঞ্জিং দিরিভেসনগী খুদম মথাদা পীরি।

| ভার্ব তগী | নাউন ওইখিবা |
| --- | --- |
| চারি | চারিবা |
| পীরি | পীরিবা |
| ইরি | ইরিবা |
| উইরি | উইরিবা |
| চৎলি | চৎলিবা |
| নত্তে | নত্তবা |

| ভার্ব মোদিফায়র দগী | নাউন কম্পাউণ্ড গী শরুক ওইখিবা |
| --- | --- |
| কন্না চেল্লি | কন্না চেনবা |
| য়াম্না লাপ্পি | য়াম্না লাপ্পা |
| হৌনা খোংই | হৌনা খোংবা |

মথক্তা খুদমশিং অসিদা 'কন্না চেল্লি', 'য়াম্না লাপ্পি' অমদি 'হৌনা খোংই' হায়রিবশিংসিদা য়াওরিবা 'কন্না', 'য়াম্ন', 'হৌনা' হায়রিবশিং অসি চেল্লি, লাপ্পি অমদি খোংই হায়রিবা ভার্বশিং অসিগী মোদিফায়রনি। অদুবু মখোয়না চেনবা, লাপ্পা, খোংবা হায়রিবা নাউনশিং

অসিগা পুন্না মখোয়গী মমাংদা লৈরুবা মতমদদি মখোয়শিং অসি কম্পাউণ্ড অমগী শরুক ওইরে।

মতৌ অস্মুন্না নাউন মোদিফায়রদগী কম্পাউণ্ড অমগী শরুক ওইখিবস্নু লৈ।

খুদম :— অঙাং খর, কবোক খর, মী খর, অসিনচিংবা।

মথক্কী খুদম অহুম অসিদা য়াওরিবা খর হায়বসি নাউন মোদিফায়রনি। অহুবু খর কন্না ( চৎলু ), খর কন্না ( চৎপা ), খর য়াম্না অমদ খর কুইরবা অসিনচিংবদদি মসি কম্পাউণ্ড অমগী শরুক ওইরে। মতৌ অস্মুন্না হোংদোক-হোংজিন তৌবগী মওং অসিবু ক্লাস-চেঞ্জিং দিরিভেসন হায়না খঙনৈ। ক্লাস-মেন্তেনিং দিরিভেসন হায়রগা ঐখোয়না এফিক্সশিং অহুনা কেক্সশিং অহুদা তপশিনবা মতমদা রাইৎশিং অহুগী মশাগী ফোর্ম ক্লাস অহু হোংদববু খঙনৈ। মৈতৈরোনগী ক্লাস-মেন্তেনিং দিরিভেসনগী খুদম মখাদা পীরি :—

চাবা — অ+চাবা =অচাবা

থকপা — অ+থকপা =অথকপা

লাংবা — অ+লাংবা =অরাংবা

মী — মী+নো =মীনো

হুই — হুই+চাও =হুইজাও (হুই+চাউবা নত্রগা অচৌবা)

কুম — হা +হাকুম=হাকুম (হান্নগী+কুম)

কুম — কুম +শি = কুমশি (কুম+অসি) অসিনচিংবা।

## নৈনবা

১। দিরিভেসন হায়বসি করিনো? মখল কয়া শুই? খুদম পীদুনা তাকউ।

২। ক্লাস-চেঞ্জিং দিরিভেসন হায়বসি করিনো? মসিগা ক্লাস-মেন্তেনিং দিরিভেসনগা করি খেন্নৈ? খুদম পীদুনা তাকউ।

৩। মৈতৈরোনগী ক্লাস-চেঞ্জিং দিরিভেসনগী খুদম মতিক চানা পীদুনা নৈনরকউ।

# ৪

# মোর্ফোফোনেমিক চেঞ্জ

খোন্থোকশিং অসি মখে'য়গী মমাং নত্রগা মতু'দা লাক্লিবা হায়বদি লৈরিবা খোন্থোকশিং অহুগী মতুংইন্না নত্রগা করিগুম্বা মওং খরদগী অহোংবা নাই। মতৌ অসুম্না হোংবসিনা মরম ওইহুনা চপ মান্নবা অর্থ-.চনবা রাহৈ নত্রগা মোর্ফিমশিং অহুগী মশক খেন্নহনবা ঙম্মী। অসিগুম্বা মোর্ফিম অমগী তোঙান-তোঙানবা শক্তমবু এলোমোর্ফ হায়না খঙনৈ। মৈতৈয়োনগী 'চাবা' হায়বা রাহৈ অসিদা মোর্ফিম অনি লৈ। হায়বদি মসি অর্থ-চেনবা মচেৎ অনিনা পুন্দুনা ওইবনি। মসিদা 'চা' হায়বা অমগা 'বা' হায়বা অমগা য়াওরি। অসুম্না 'চৎপা' হায়বা রাহৈ অসিদসু 'চৎ' হায়বা অমগা 'পা' হায়বা অমগা অর্থ-চেনবা শরুক অনি য়াওরি। রাহৈ অনি অসিদা 'চা' অমসুং 'চৎ' হায়বসিনা রুটনি। অহুগা 'বা' অমসুং 'পা' অনি অসিনা এফিক্সনি। মখোয় অনি অসি মশক খেন্নজরবসু অর্থদি চপ মান্নে। মখোয়গী লৈকমদগী তোঙান-তোঙানবা মশক ওইখিবনি। 'বা' হায়বসিনা ভোইস সাউণ্ডগী মতুংদা লৈ অহুগা 'পা' হায়বসিনা

ভোইসলেস স্টোপকী মতুংদা লৈবগী রাতনি। অদুনা মখোয় অনি অসি এলোমোর্ফনি।

এলোমোর্ফ ওইরকপগী মওং অসিবু **মোদিফিকেশন** হায়নস্নু খঙনৈ। মোদিফিকেশনগী মরুওইবা মওং নত্রগা মখল অনি লৈ। মহুদি:— ফোনোলোজিকেল কন্দিসন অমসুং মোর্ফোলোজিকেল কন্দিসন অসিনি মথক্তা হায়খিবগুম্না হায়বদি 'চা' অমসু 'চৎ' অনিগী মতুংদা '-বা ~-পা' হায়বা এলোমোর্ফ অনি লৈ। মসিগুম্না খোস্লোক্না মবস্তুনা এলোমোর্ফ ওইবকপগী মওং অসিবু **ফোনো-লোজিকেলাল কন্দিসন মোর্ফোফোনেমিক চেঞ্জ** হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোনগী খুদম মখাদা পীরি:—

(১) -দোক- ~-তোক- ~-থোক- ; -জন- ~-চন- ~-ছন- ; -গায়- ~-কায়- ~-খায়- অমদি -দৎ- ~-তৎ- ~-থৎ- অসিনচিংবা।

মথক্তা পীরিবশিং অসি এলোমোর্ফ ওাক্তনি। মরমদি মখোয়শিং অসি কমপ্লিমেন্টরি দিস্ত্রিব্যুসনদা লৈ। হায়বদি অমনা লৈবা ওম্বা ফিভমদা অতোপ্পা অমনা লৈবা ওমদে। মহুদি:—

হন + দোক + পা = হন্দোকপা
ফোয় + দোক + পা = ফোয়দোকপা
খাউ + দোক + পা = খাউদোকপা
শা + দোক + পা = শাদোকপা
হৎ + তোক + পা = হত্তোকপা
ফুক + তোক + পা = ফুকতোকপা

খপ + তোক + পা = খপতোকপা

শাৎ + তোক + পা = শাত্তোকপা

কৎ + থোক + পা = কথ্থোকপা

লং + থোক + পা = লংথোকপা

পা + থোক + পা = পাথোকপা

ভাই + থোক + পা = ভাইথোকপা অসিনচিংবা।

মথক্তু পীরিবা খুদমশিং অসিদগী উরে মতুদি '-তোক-' হায়বসিনা লৈবা ওয়সি মমাংদ, লৈরিবা মোর্ফিম অহু অস্পিরেসন[10] অমনা হোরগা অদুগা ষ্টোপ অমনা লোয়দনি। '-দোক-' না লৈবা ওয়না মমাংদা লৈরিবা মোর্ফিম অহু অস্পিরেসন অমনা হোরগা ভোইস সাউণ্ড (ভাউঅল, কনসোনেন্ট নত্রগা সেমি ভাউঅল) অমনা লোয়দনি। '-থোক-' না অতে লেমহৌরবা মফমশিংদমক লৈবা ওম্মী। হায়রিবা অসিমক -জন- ~ -চন- ~ -ছন-[11]; -পায়- ~ -কায়- ~ -খায়- নচিংবদস্তু অহুমক লৈ।

(২) ল ~ র

'ল' গা 'র' গসিদি হায়রনা মমাংদা ফোনিম অমত্তগী তোঙানবা মওংনি হায়ত্রে। 'ল' না রাইগী অহৌবদদমক লৈবা ওম্মী অদুগা 'র' না ময়াইদদমক লৈবা ওম্মী। খুদম :— লাংবা, লুক, লনবা, লিন, অসিনচিংবা। মথোয়শিং অসিগী মমাংদা 'অ-', 'ম-' নচিংবা

১০। মতাং অসিদা অস্পিরেসন কায়রগা অস্পিরেটেদ ষ্টোপশিংগা ময়োত্তেল ক্রিকেতিপ 'হ' গবু খঙনরি।

১১। "ছ" গী মতাংদদি ফুৎনোৎ নং ৬ তা য়েংবিয়ু।

ভোইস খোম্থোকশিংনা ওইবা নক্রগা লোম্বা প্রিফিক্সশিং তপশিনবা মতমদা অহৌবদা লৈরম্বা 'ল' শিং অদু 'র' ওনখি। মদুদি :—

অ + লাংবা = অরাংবা

অ + লনবা = অরনবা

ম + লাং = মরাং

ম + লন = মরন

ম + লম্লাই = মরম্লাই অসিনচিংবা।

(৩। "আ" অসিনা থংননা লৈবা সিলেবলদা লৈবা ওমদে। মসিদগী -লা ~-রা গী অতোপ্পা এলোমোর্ফ খোরকই। খুদম :—

তোম্বা + র' = তোম্বরা

লং + লা = লংলা

চাক + লা = চাকলা[১২]

ঙা + রা = ঙার[১৩] অসিনচিংবা।

(৪) -পু ~-বু, -পা ~-বা, -তা ~-দা, -কা ~-গা নচিংবদি ভোইসলেস অমসুং ভোইস ফায়নেলদগী লেপ্লনি।

খুদম :— চাক + পু

পাৎ + পা

পাৎ + তা

---

১২, ১৩। মসিদা ইরিবা মওং অসি উৎননবগীদমক শিজিন্নবনি। হৌজিক চৎনরিবা মৈতৈরোনগী ইবগী মতুংইন্নদি "চাকলা", "ঙারা" অমুম্না ইগদবনি।

লোক+ তা
পোৎ + কা
ম্বেন + বু
মী + বু
চা + বা
লু + দা
মী + গা অসিনচিংবা

(৫) -ই ~-লি ~-পি ~-মি ~-রি ~-নি ~-য় ~-∅ অসি মোর্কিম অমথক্তগী এলোমোর্ফনি।

খুদম :—

| | |
|---|---|
| লাক + ই | পোক + ই |
| চৎ + লি | চেল + লি |
| লুপ + পি | কম + মি |
| হং + ঙি | লাউ + রি |
| লৈ + ∅ | চা + য় |
| পি + ∅ | পো + য় |

মতৌ অমুম্না -উ, -রু, -পু -মু, -লে, -পে, -মে, -লো, -পো, -মো নচিংবসু মখোয় মখোয়গী মোর্কিমশিংগী এলোমোর্ফ ওাক্তনি।

মোর্ফোলোজিকেল্লি কন্দিসন মোর্ফোফোনেমিক চেঞ্জদি মৈতৈ-রোন্দা উবা কংদে। মসিদদি এলোমোর্ফ ওইরকপগী মরম অদু ফোনোলোজিগী মতেংনা তাকপা ঙমদে।

## নৈনবা

১। মোর্ফোফোনেমিক চেঞ্জ হায়বসি করিনো? নৈনরকউ।

২। মৈতৈরোন্দা লৈরিবা মোর্ফোফোনেমিক চেঞ্জ অসি করম্না মখলনো?

৩। মৈতৈরোন্দা এলোমোর্ফ ওইরিবা -ছিন-, ~-জিন-, ~-চিন-গী লৈকম তাকউ।

৪। -উ, -রু, -পু, -মু, -নু, -লু, -য়ু, $\phi$ অসি এলোমোর্ফলা? মখোয়গী লৈকম তাকউ।

৫। লো সেন্ত্রেল ভাউঅল অসি চেক থংননা লৈবা সিলেবল অনিদা লৈব ঙমব্রা? করিগুম্বা লৈবা তারবদি করি তৌখি?

# ৫

# কম্পাউণ্ড ৱার্দ

কম্পাউণ্ড ৱার্দহায়রগা মতাং অসিদা খণ্ডনরিবদি **সন্ধি** অমদি **সমাস** হায়বন্থনি। ৱাহৈ শাগৎলকপদা ৱাহৈগা ৱাহৈগা নত্রগা ৱাহৈগী মরু হায়বদি রুটকা নত্রগা রুটকা রুটকা পুনশিন্নবা হায়বসিস্তু দরকার ওই। অস্তুন্না পুনশিনবা মতমদা হেক খংননা লৈবা খোস্থোকশিং অহুদা অহোংবা, তিনশিন্নখিবা, মাংখিবা নত্রগা মায়হনবনচিংবা থোকই। অসিগুম্বা মওং অসিবু **সন্ধি** হায়না খণ্ডনৈ। মৈতৈরোনগী সন্ধিগী খুদম মখাদা পীরি :—

## ১। ভাউঅল সন্ধি

(ক) ভাউঅল অনি সন্ধি তৌনবদা অমা মাংখিবা—

ই + ই = ই: ইবাই + ইবুঙো = ইবাইবুঙো

ই + ই = ই (লাইরিক্লচিংবা ইবা)

এ + ই = এ: ইনে + ইবেম্মা = ইনেবেম্মা

ইচে + ইবেম্মা = ইচেবেম্মা/ইচেম্মা

ও + অ = ও: তামো + অচৌবা = তামোচৌ

| | |
|---|---|
| আ + অ = আ | শা + অমুবা = শামু |
| আ + উ = (অ + উ) | শা + উন = শউন |
| অ + অ = অ | লৈমা + অহন = লৈমহন |
| ঐ + অ = ঐ | লৈ + অকনবা = লৈকন |
| উ + অ = অ | চু + অশাংবা = চুশাং অসিনচিংবা। |

(খ) ভাউঅল অনি সন্ধি তৌবদা মশক হোংখিবা—

| | |
|---|---|
| অ + ই = ঐ | কজ + অ + ই = কজৈ |
| অ + উ = ঔ | কাজ + অ + উ = কাজৌ |

অসিনচিংবা।

(গ) সন্ধি তৌরকপা মতমদা ভাউঅল নত্রগা কোন্সোনেন্টকী মশক হোংখিবা নত্রগা মাংখিবা—

| | |
|---|---|
| অ + অ | তাদা + অচৌবা = তাচৌ |
| | তাদা + অহল = তাখল |
| | লৌবা + অকনবা। |
| | লৌবা + কনবা = লৌগনবা |
| ম + ল | লম + অকংবা = লমগং |
| | লম + অশাংবা = লমশাং |
| | লম + অপীবা = লম্বী |
| আ + ম | শা + মতুম = শদুম |
| | থা + মপুম = থাবুম |
| ই + ম | কি + মতুপ = কিদুপ |
| উ + ম | উ + মতুপ = উতুপ |
| | চু + মশাং = চুশাং |

## ২। কোন্সোনেন্ট সন্ধি

মৈতৈয়োন্দা কোন্সোনেন্ট সন্ধি তৌরকপা মতমদদি খোন্থোক-শিংগী মরক্তা মশক হোংখিবা নত্রগা মাংখিবা য়াম্না থেংনগনি।

(ক) সন্ধি তৌরকপা মতমদা খোন্থোক অনি মান্নহনখিবা—

| | | |
|---|---|---|
| ল + ন | লোল + না | = লোন্না |
| | লাল + নংবা | = লান্নংবা |
| ন + ল | লান + লকপা | = লাল্লকপা |
| | লান + লুম্বা | = লাল্লুম্বা |
| ম + ন | পুম + না | = পুম্না ( মপুম ওইনা) |
| ত + চ | কৎ + চবা | = কচ্চবা |
| ন + মী | লান + মী | = লাম্মী |
| ল + মী | লাল + মী | = লাম্মী |

(খ) অতৈ অতৈ—

| | | |
|---|---|---|
| ন/ল + ক | শন/শল + কোন | = শঙ্গোন |
| ন/ল + খ | শন/শল + খোম | = শঙ্গোম |
| ন/ল + প | য়েন/য়েল + পী | = য়েম্বী |
| ন/ল + ত | শন/শল + তনি | = শন্দনি |
| ন/ল + থ | শন/শল + থক | = শন্থক |
| ন/ল + দ | শন/শল + দা | = শন্দা ( শলদা ) |

## ৩। তোন সন্ধি

মসিবু তোন-সিফ হায়নস্থু খঙৈ। মৈতৈয়োনগী তোন সিষ্টেমদস্থু তোন-সিফ হায়বসি লৈ হায়না মমাংদা উৎখ্রে। (তোনগী মতাংদা তোন-সিফ হায়বছুদা য়েংউ)।

সন্ধিগী মরমদা খরদং নৈনগ্রে। হৌজিক অহুদি সমাস হায়বহু অমুক য়েংসি মতাং অসিদা সমাস হায়বসিনা খণ্ডহল্লিবদি রাহৈ অমগী মনুংদা রুট নত্রগা ষ্টেম নত্রগা রাহৈ অনিদগী হেন্না য়াওবা য়াই হায়বসিনি। অসিগুম্না রাহৈশিং অসি মখোয়না ওইরুবা ফোর্ম-ক্লাস অহুগী মতুংইন্না কাংলুপ খায়দোকই। অহুবু মৈতৈ-য়োনগুম্না এফিক্সকী মতেংনা রাহৈগী কাংলুপ (ফোর্ম-ক্লাস) লেপ্পা লোনশিংদদি মখোয়শিং অসিগী কাংলুপ খায়দোকপদা খুদোংথিবা কয়ামরুম থেংনৈ অহুনা মখোয়শিং অসি কাংলুপ খায়দোকপগী মহুত্তা মখোয়না য়াওরিবা রাহৈ নত্রগ ষ্টেম নত্রগা রুট অহুতমক উৎলে। খুদম :—

মপুংফাবা রাহৈ অনি য়াওবা রাহৈ—

য়ুম-কৈ = য়ুম + কৈ

ফৌ-চেং = ফৌ + চেং

উ-রা = উ + রা, অসিনচিংব।

মপুংফাবা রাহৈ অনিনা তিনশিল্লরগা অমত্তা ওইন উবা রাহৈ —

কাক্লৈ = কাক + লৈ

লঙ্কৈ = লন + কৈ

তিঞ্চাক = তিন + চাক, অসিনচিংবা।

মপুংফাবা রাহৈ মরি য়াওবা রাহৈ—

শাপোৎ-লানপোৎ = শা + পোৎ + লান + পোৎ

উয়ী-রারী = উ + রী + রা + রী, অসিনচিংবা।

মপুংকাবা চপ-মাম্বা ৱাহৈনা ৱিছুপ্লিকেৎ তৌবা ৱাহৈ—

যুম-যুম = যুম + যুম
মী-মী = মী + মী
নং-নং = নং + নং, অসিনচিংবা।

মপুংকাবা ৱাহৈ অমগা রুট অমগা য়াওবা ৱাহৈ—

কাংখন = কাং + খন
পন্দোন = পন + তোন
তম্পাক = তম + পাক, অসিনচিংবা।

মপুংকাবা ৱাহৈ অনিগা রুট অমগা য়াওব ৱাহৈ—

খাংয়ানফম = খাং + য়ান + ফম
শঙ্গেন্নহা = শন + শেন + নহা
মীরেনশং = মী + লেন + শং, অসিনচিংবা।

মপুংকাবা ৱাহৈ অমগা রুট অনিগা য়াওবা ৱাহৈ—

রৌজাও = রা + লৌ + চাও
চাবোকশং = চা + পোক + শং, অসিনচিংবা।

মপুংকাদবা ৱাহৈ অনি য়াওবা ৱাহৈ—

অচৎ-অওক = অচৎ + অওক
অচা-অথক = অচা + অথক
অকন-অখৌ = অকন + অখৌ, অসিনচিংবা।

ক্লট অমগা এক্কিক্লকী মতেংনা ওইখিবা ৱাহৈ অমগা য়াওবা ৱাহৈ—

চৎনিংঙি = চৎ + নিংঙি
চানিংবা = চা + নিংবা
চপখায়বা = চপ + খায়বা, অসিনচিংবা।

ক্লট অনিগা এক্কিক্লকী মতেংনা ওইখিবা ৱাহৈ অমগা য়াওবা ৱাহৈ—

চপখায়নিংঙি = চপ + খায় + নিংঙি
তৌখায়নিংবা = তৌ + খায় + নিংবা, অসিনচিংবা।

মপুংফাবা ৱাহৈ অমগা এক্কিক্লকী মতেংনা ৱাহৈ ওইখিবা অমগা য়াওবা ৱাহৈ—

শাদানবা = শা + তানবা
কোক্তাংবা = কোক + তাংবা, অসিনচিংবা।

মপুংফাদবা ৱাহৈ অমগা মপুংফাবা ৱাহৈ অমগা য়াওবা ৱাহৈ—

অচাথাও = অচা + থাউ
অউনপোৎ = অউন + পোৎ
অচাপোৎ = অচা + পোৎ
অচাচেং = অচা + চেং, অসিনচিংবা।

## নৈনৱা

১। সন্ধি কদায়বু কৌবগে ? খুদম পীদুনা মৈতৈরোনগী সন্ধিগী মরমদা নৈনরকউ।

২। সমাস হায়বসি করিনো ? মৈতৈরোনগী খুদম পীদুনা সমাস করিনো হায়বদু তাকউ।

৩। সন্ধিগা সমাসকা করি খেন্নৈ। খুদম পীদুনা তাকউ।

৪। মৈতৈরোনগী সন্ধি মখলশিং অদু খুদম পীদুনা নৈনরকউ।

৫। মৈতৈরোনগী ৱাহৈশিংদা করম-করম্বা ৱাহৈ নত্রগা ৱাহৈগী শরুক য়াওবগে ? খুদম পীদুনা নৈনরকউ।

৬

# কেশ

কেশ হায়বসি নাউনগী কেতেগোরিগী মখুংচনবা শরুক অমনি। মসি রাইটপরেং অমগী মখুংদা হাপ্তরিবা নাউন নত্রগা নাউনগী কাংলুপশিং অমুগা অতৈ রাইটপরেং অমুগী শরুকশিং অমুগা লৈরিবা মরি অমুবু উৎলিবা অমুবুনি শন্না হায়রবদা রাইটপরেং অমদা য়াওরিবা নাউনশিং অমুগা অতৈ রাইটশিংগী মরক্তা লৈনরিবা মরি অমু উৎলিবমুবু কেশ হায়না খঙই। সংস্কৃত, গ্রীক অচিংবা লোন্দা লৈবগুম্ব মৈতৈলোন্দা কেশ হায়বসি লৈতে। মসিনা মরম ওইদুনা মৈতৈলোন্দা কেশ লৈতে হায়বদি নাত্তে মৈতৈলোন্দা কেশ মথক তরুকথক লৈ হায়না লৌনৈ মখোয়শিং অদুদি (১) নোমিনেতিভ (২) একুজেতিভ, (৩) ইন্সত্রুমেন্টেল (৪) জেনিতিভ (৫) পার্তিকুলরাইজেসন অমসুং (৬) লোকেতিভ অসিনি।

(১) নোমিনেতিভ :—সবজেক্ট খঙনবা কেশপু নোমিনেতিভ কেশ হায়না খঙই। মসি তাকপা কেশ মার্করদি 'না' নি অমুবু মসি য়াওহনবসু য়াই।

খুদম :— চাউবনা চাক চাই।
ঐ চাক চাই।
য়াম্না তোম্বা ফুই।
চাউবা চাক চাই।

মথক্কী খুদমশিং অসিদা 'চাউবনা', 'ঐ,' 'য়াম্না' অমসুং 'চাউবা' হায়রিবা য়াহৈশিং অসি সবজেক্ট ওাক্তনি। অদুগা মখোয়শিং অসি নোমিনেতিপ কেশতা লৈবা নাউন ওাক্তনি। মসিদগী উবা ফংলে মদুদি 'না' হায়বসি তপ্পবসু তপত্রবসু নোমিনেতিপ কেশতা অদুম্মক লৈবা য়াই।

(২) একু্যজেতিপ :—ওবজেক্ট খঙনবা কেশপু একু্যজেতিপ কেশ হায়না খঙনৈ। মসি উৎনবা কেশ মার্করদি 'বু' হায়বসিনি অদুবু মসি তপত্রবসু য়াই। খুদম :—

তোম্বা চাউবনা ফুই।
চাউবনা তোম্ববু ফুই।
ঐ চাক চাই।
চাউবনা তোম্বা কৌরি।

মথক্কী য়াহৈপরেংশিংদা য়াওরিবা 'তোম্বা', 'তোম্ববু', 'চাক', 'তোম্বা' হায়রিবশিং অসি ওবজেক্ট ওাক্তনি। 'বু' হায়বসি একু্যজেতিপ মার্করনি। অদুবু মসি য়াওদবা ওবজেক্টসু লৈ অদুনা 'বু' অসি য়াওবা য়াওদবা য়েংদনা ওবজেক্ট ওইনা লৈরিবা নাউনশিং অদু একু্যজেতিপ কেশতা লৈবা নাউন ওাক্তনি।

(৩) ইনক্রেমেণ্টেল :—থবক অহু পাংথোকপদা থুৎলাই ওইনা শিজিন্নরিবা অহুবু ইনক্রমেণ্ট হায়না খঙৈ। অহুগুম্বা ফিবমদা লৈরিবা নাউন অহুবু ইনক্রেমেণ্টেল কেশতা লৈবা নাউন হায়না খঙৈ। খুদম :—

তোম্বনা থাংনা উ য়াল্লি।
চাউবনা থুৎনা চাক চাই।
মা চৈনা ফুখি।
ঐনা কলম্না পারা ই।

মথক্কী রাহৈ পরেংশিংদা য়াওরিবা থাংনা, থুৎনা, চৈনা, কলম্না, হায়রিবশিং অসি ইনক্রেমেণ্টেল কেশতা লৈবা ফোর্ম ঙাকতনি। ইনক্রেমেণ্টেল কেশতদি 'না' হায়বসি য়াওদবা য়াদে।

(৪) জেনিত্তিপ :—মসিবু পোসেসিপ কেশ হায়নসু খঙৈ। লোইনবা খ নবা কেশপু পোসেসিপ নত্রগা জেনিত্তিপ কেশ হায়না কৌনৈ। মসি তাক্লবা মার্করদি '-কী—-গী' হায়বসিনি। মসিদি শোয়দনমক য়াওদবা য়াদে। খুদম :—

মসি ঐহাককী কলমনি।
মসি তোম্বগী য়ুমনি।
মাগী লাইরিক পীরো।

মথক্কী খুদমশিংদা য়াওরিবা '-কী, -'গী' লোইনবা হায়বদি ঐহাককী তোম্বগী, মাগী হায়বা রাহৈশিং অসি জেনিত্তিপ কেশতা লৈবা ফোর্ম ঙাক্তনি।

(৫) পার্তিকুলরাইজেসন :—অসিনি হায়বা নত্রগা অকক্রবা মশক তাকপা কেশপু পার্তিকুলরাইজেসন কেশ হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোনগী '-তু' নত্রগা '-দু' অসি পার্তিকুলরাইজেসন কেশ খঙহনবনি। খুদম :—

ঐনা চাকতু চাবনি
মহাক্না থবক্তু তৌবনি
মহাক্না চাবদু হাউগদবা মাল্লি।
রামদু মহাক্না লাকনব হায়খিবনি

মথক্তা পী'ববা খুদমশিং অসিদা চাকতু, থবক্তু, চাবদু, অমদি রামদু হায়বা য়াহৈশিং অসি পার্তিকুলরাইজেসন কেশত লৈবা ঙাক্তনি।

(৬) লোকেতিপ :—লৈকম নত্রগা মকম তাকপা কেশপু লোকেতিপ কেশ হায়না খঙনৈ মৈতৈরোন্দা '-তা' নত্রগা 'দ' তপতুনা লোকেতিপ কেশ খঙহল্লি। খুদম :-

ঐ ইম্ফালদা লৈ
মহাক কৈথেলদা চৎখি
ঐ খায়দা মা লাকই।
কাদা কনা কনা লৈ।

মথক্তা পীরিবা খুদমশিং অসিদা য়াওরিবা ইম্ফালদা, কৈথেলদা, ঐখোয়দা অমস্তুং কাদা হায়রিবা য়াহৈশিং অসি লোকেতিপ কেশতা লৈবা ঙাক্তনি

মথক্তা পীরিবশিং অসি মৈতৈরোন্দা লৈবা কেশশিংনি। মৈতৈরোন্দা ল্যাটিন, গ্রীক, সংস্কৃতনচিংবা লোন্দা লৈবগুম্বা কেশ অসি লৈতে। অদুগা কেশকী মতুংইন্না ইনফ্লেক্ট তাদে। মরম অসিদগী কেশ তাম্নবসি নাউনগী কেতেগোরিগী মনুং চল্লবস্তু ইনফ্লেকসনেল কেতেগোরিদি নত্তে।

## লৈনথা

১। কেশ কদায়নবু কৌবগে? মৈতৈগোনগী কেশকী মশক তাক্লুনা ইরকউ।

২। মৈতৈরোন্দা কেশ কয়া লৈবগে? লৈনয়কউ

৩ মৈতৈরোনগী কেশ মার্করশিংত্তু করি কবিনো?



## ৭

## তেন্স

তেন্স হায়বগা তাইম হায়বগা খেন্নে। অদুম্নমক ওইদুনস্সু অনি অসিগী মরক্তা য়াম্না নকুবা মরী লৈ। তেন্স হায়বসিনা উৎলিবদি থৌদোক অমবু ঙাংলিবা মতমদগী তোঙান-তোঙানবা তাঙক্তা য়েংবদুনি। মরুওইবা তেন্স মখল অহুমথক লৈ হায়না লৌনৈ। মখোয়শিং অদুদি পাষ্ট, প্রজেন্ট অমসুং ফ্যুচর অসিনি। অদুবু মখোয়শিং অসি লোন খুদিংমক্তা লৈতে। পাষ্ট, প্রজেন্ট অমসুং ফ্যুচর হায়বসি ময়েক শেংনা উৎনবগীদমক্তা ঐখোয়না ইহান হানবদা 'চৌজিক' হায়বা মতম অমবু হান্না লেপ্প তাই। মসিগী পোইন্ট ওক তাইম অসিবু প্রজেন্ট হায়না খঙনগনি। অদুনদি থৌদোক অদু চৌজিকমক থোক্লি হায়বদি ঙাংলিবা মতম অদুগা ইরোইননা চৎলি। মসিগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক অদুবু পাষ্ট অদুগা মসিগী মতুংদা থোক্লকদবশিং অদুবুনা ফ্যুচর হায়বসিনি।

———————— ○ – →

পাষ্ট প্রজেন্ট ফ্যুচর

মৈতৈলোন্দা তেন্স অসি গ্রীক, ল্যাটিন, সংস্কৃতনচিংবা লোনশিংদা লৈবগুম্না উবা ফংদে। অদুগা তেন্স অসি য়াহৈ অতৈগী মতেংনা উৎলি।

খুদম :—

ঐ ঙরাং কৈথেল কাই।
ঐ ঙসি কৈথেল কাই।
ঐ হৌজিক কৈথেল কাই।
ঐ হয়েং কৈথেল কাগনি।
মা ঙরাং মোইরাং চৎলি।
মা ঙসি মোইরাং চৎলি।
মা হৌজিক মোইরাং চৎলি
মা হয়েং মোইরাং চৎকনি।

মথক্কী রাহৈপরেংশিং সি তোঙান তোঙানবা মতমদা লৈবা রাহৈপরেংশিং ঙাক্কনি 'ঙরাং' হায়বা অসি য়াউবা রাহৈ-পরেংশিং অসিনা হৌখিবা মতম পাষ্ট তাংম খঙহল্লি। অদুগা 'হৌজিক' হায়বা রাহৈ অসি য়াওব রাহৈপরেংশিং অসিনা প্রেজেণ্ট টাইম হায়বদি হৌজিক্কী মতম অদু খঙহল্লি। অদুগা 'হয়েং' হায়বসি য়াওকবাশিং অদুদদি তুদা লাকলবা থোক্লিবা থবক অদু হায়বসি ফ্যুচর টাইম খঙহল্লি।

মতাং অসিদা মৈতৈলোনগী হায়দগী খঙনরকলিবা পাষ্ট, প্রেজেণ্ট অমসুং ফ্যুচরগী এক্কিস্প্রশিংগী মরমদা খরদং পনবা দরকার লৈ। তেন্স নৈনবা মতমদ অসনোং অমসুং মোর্ফোলজি হায়বা অনি অসি খাদোকপা য়াদে। অসপেক্কী মতাংদি মতুংদা অসপেক্কী পন্দুপতা নৈনয়কনি অদুবু মোর্ফোলজিগী মরমদদি খরদং পল্লি।

মোদেলিতি হায়বদি অচুম্বা, শোয়দবা, নেগেসন, প্রোহিবিসন, অনিংবা, অপাম্বা, ব্যাবহারনচিংবা ফোংদোকাদবা অহুবুনি। মৈতৈয়োনগী ভার্ব সফিক্স — খি, — নু, — দে, — স, — থোক, — পি, — রুনচিংবশিং অসি মোদেলিতি খঙহনবা সফিক্স ওাক্তনি। মৈতৈয়োনগী 'চাশিনমিন্নবিরুখিনুনেকে' হায়বা বাহৈ অসিদা চা হায়বা রুট অসিদা তপশিল্লকলিবা সফিক্সশিং অসি মোদেলিতি খঙহনবা সফিক্স ওাক্তনি। মসিদা তেন্স নত্রগা অসপেক মার্কর অমত্তা য়াওদে অহুবু থবক অহু পাংথোকত্রি হায়বদি উৎলি। মসিদি রু' হায়বা সফিক্স অসিগী মরমনি। থবক অহু পাংথোকখ্রিদমক চৎপগী থবক অমা দরকার লৈ। চৎত্রিবা হায়বদি থৌদারিবা অহু পাংথোকত্রিবানীনা পাংথোক্তে হায়নহু উবা ফংবনি। কনাগুম্বনা -শি হায়বস পাষ্ট তেন্স খঙহনবনি হায় অহুবু -খি হায়বসিদি দিফিনিতিপ হায়বদি শায়দবা খঙহনবা মোদেলিতি মার্কনি॥

মসিদগী মৈতৈয়োনগী তেন্স অসি সফিক্সশিংগী মতেংনা উৎপা ওমদে, মসিদি বাহৈ থরগী মতেংনা উৎলি হায়বা য়াই। মৈতৈ-য়োনগী চাউ, চৎলি হায়বসি ইনফিনিটিভ খঙহনবনি। করম্বা মতমদগী হারক্পনো কয়াম কুইনা লৈখিগদগে হায়বা অকক্রবা মতম পীবা ওমদে। মতৌ অস্তুম্মা 'চারি' হায়বসিনা খঙহল্লিবদি চথরি হায়বনি। মসিস্তু কয়াম কুইনা চথখিগনি হায়বা অকক্রবা তাকপা ওমদে। মখোয়শিং অসিস্তু অসপেক মার্কর ওাক্তনি। তেন্স মার্কর নত্তে। মহুগীস্তু মথক্তা মখোয়শিং অসিদি বাহৈ

অমত্তদা অনি অহুম পুন্না য়াউবা ঙম্মি। মখোয়শিং অসি তেন্স মার্কর ওইরবদি অনি অহুম পুন্না য়াউবা ঙম্ফম খোক্কে। হায়রবদি পাষ্ট, প্রজেন্ট অমসুং ফ্যুচর অহুম্মক রাহৈ অমত্তদা লোয়না তপশিন্দুনা রাহৈপরেং অমদা লৈবা হায়বসি ওইথোক্কে।

(মতাং অসিদা তেন্সকা তাইমগা অনিগী খেন্নবা নৈনবা য়াম্না দরকার ওই। তাইম হায়বসিদি মহৌশাগী ওইনা লেংদনা লৈবা পোৎ অমনি। মসিদি মথক্তা হায়খিবগুম্না তাইম এডভার্বিয়েল-শিংনসু তাকপা য়াই নত্রগা মরম্নাই রাহৈশিংনা ফোংদোকচবা য়াই। শম্না হায়রবদা ঙসাই, ঙরাং, নহাল, ভাইহাক্কী মমাংদা, মম্যাংথৈদা, থাইনথৈদা, হায়বনচিংবা অসিদি পাষ্ট তাইম খঙহনবনি।)

তেন্স হায়বসিদি ভার্বকী মতম তাকপা গ্রামাতিকেল ওইবা শরুক অমনি। মসিগীদি মার্কর লৈবা তাই। অহুগা মার্করশিং অহু মফম, মতম নত্রগা রাহৈ-রাহৈ খেন্নবগী মতুংইন্না খেন্নবদি য়ারোই। প্রজেন্ট তেন্স মার্করদি মতম পুন্নমকত্তা প্রজেন্ট তাক্কদবনি। মসিগা পাষ্ট নত্রগা ফ্যুচর তেন্স মার্করগা পুন্না রাহৈপরেং নত্রগা রাহৈ অমদা য়াওমিন্নবদি য়ারোই। মতৌ অসুম্না পাষ্ট তেন্স নত্রগা ফ্যুচর তেন্স মার্করসু অতোপ্পা তেন্স অমগী মার্করগা পুন্না লৌমন্নবা য়াদে। তেন্স মার্করশিং অসি অসপেক নত্রগা মোদেলিতি মার্করগদি পুন্না য়াওমিন্নবা য়াই।

# নৈনবা

১। তেন্স হায়বসি করিনো ? মসিগা তাইমগা করি খেন্নৈ ?

২। মৈতৈরোনগী এদভার্বিয়েলস ওফ তাইম হায়বদি তেন্স খণ্ডনবা য়াহৈশিং অদু করি করিনো ?

৩। মোদেলিতি হায়বসি করিনো ? মসিনা করি তাকপগে ?

## ৮

## অসপেক

অসপেক হায়বসি ভার্বকা লোইনহুনা লৈবা মখল অমনি। মসিনা তাক্লিবদি থবক অদু লোইগ্রবরা, লোইদ্রিবরা নত্রগা করম্বা ফিভমদা লৈরিবগে হায়বদু তাকপনি। মতম তাকপা নত্তে। ইনফিনিতিপ (অকক্লবা লৈতবা), কন্তিনিউতিপ (চথরকলিবা) কমপ্লিতিপ (লোইগ্রবা) নন-রিএলাইজেসন (পাংথোকত্রিবা) কোজেসন (তৌহনবা) অসিনচিংবা খংনবশিং অসি অসপেক ওাক্তনি। খুদম—'চাউ' 'চৎলি' তৌই' অসিনচিংবা ফোর্মশিং অসি ইনফিনিতিপনি। মরমদি করম্বা মতমদগী হৌথি অমদি কয়া কুইনা চাথিগনি হায়বা অদু কনানসু হায়বা ঙমদে। 'চারি', 'পাইরি' অসিনচিংবা ফোর্মশিং অসি কন্তিনিউতিপ অসপেকতা লৈবা ফোর্মনি। মরমদি 'ঐ চাক চারি' হায়বসিদা ঐহাক হৌজিক-মক্তি চাক চাবগী থবক অদু তৌরি অদুবু করম্বা মতমদা লোয়শদগে হায়বদুদি তাকপা ঙমদে। অদুগা থবক অদুদি হান্নদা হৌগ্রবনি। 'চারে', 'তোকলে' অসিনচিংবা অসি কমপ্লিতিপ খঙনবনি। মসিনা তাক্লিবদি কমপ্লিতিপ হায়বদি লোইরবা রিয়েলাইজ তৌরবনি। থবক অদু পাংথোকগ্রে হায়বা তাকপনি। মতৌ অম্ম্না 'চৎকে',

'চাগে' হায়বসিনা পাংথোকত্রিবা তৌত্রিবা হায়বদি ননব্রিয়েলাই-জেসন অসপেক তাকপনি। শম্মা হায়রবদা থবক অদু পাংথোক্ত্রি লোইননা পাংথোক্তবস্মু য়াওই। করিগুম্বা থবক অমা তৌহনববু কোজেসন হায়না খঙনৈ। 'চাহনলে' হায়বসিদা য়াউরিবা 'হন' অসিনা পাংথোকপা অদু থোইনশিন য়াওই হায়বা উৎলি। অদুবু 'হন' অসি অসপেক ওইরবস্মু মৈতৈরোন্দদি চিংননিঙাই ওই। মরমদি 'হন' হায়বসি মৈতৈরোনগী হনন, হনবা হায়বনচিংবদা য়াওরিবা হন অসিগা সিমান্তিক রিলেসনসিপ লৈবগুম উবা ফংই।

অসপেকক্তা তেন্সকা অনি অসি য়াম্না শুগায়না নৈনবা মৈতৈরোনগীদমক্তদি দরকার ওই। তেন্স হায়বসিনা মতমবু গ্রামত্তিকেল্লি মার্ক তৌদুনা তাকপনি অদুগা অসপেক হায়বসিদি মতম তাকপা নত্তে। মসিদগী অনি অসি খেন্নৈ হায়বসি উবা ফংলে। হান্নদগী লৌনরকলিবা 'ই, -লি, -রে, -গে, -লে হায়বা তেন্স মার্করনি হায়নরিবশিং অসি অসপেক মার্কর ত্তাক্তনি।

## নৈনবা

১। অসপেক কদায়বু কৌই? খুদম পীদুনা তাকউ।

২। অসপেকক্তা মোদেলিটিগা করি খেন্নৈ? খুদম্মা শোগস্তুনা উৎলু।

৩। অসপেকনা খঙহল্লিবসি করিনো? মৈতৈরোনদা ফংবা অসপেক খরগী মশক মমিং তাকউ।

---

# ৯
# পার্সন

পার্সনেল প্রনাউন মখল অহুম অহুবু পার্সন হায়না খঙনৈ। ঙাংলিবা মী অহুবু ফাষ্ট পার্সন অহুগা তারিবা মী অহুবু সেকেণ্ড পার্সন অহুগা মাগী মরমদা ঙাংনরিবা মী অহুবুনা থার্দ পার্সন হায়না খঙনৈ। মৈতৈলোন্দদি পার্সন অসি প্রনাউনশিংদদমক লৈ। মৈতৈলোন্দা সিঙ্গুলার অমদি প্লুরেল হায়বদি অমদগী হেনবা খঙহনবা অনিমক্তা পার্সনেল প্রনাউনশিংদা পার্সন অহুমক লৈ। মসি টেবল অমদা মখাদা উৎলি।

| পার্সন | সিঙ্গুলার | প্লুরেল |
|---|---|---|
| ফাষ্ট পার্সন | ঐ/ঐহাক | ঐখোয় |
| সেকেণ্ড পার্সন | নং/নহাক | নখোয় |
| থার্দ পার্সন | মা/মহাক | মখোয় |

পার্সনেল প্রনাউনশিংগী সেকেণ্ডরী ফোর্মশিং লৈ। মসি প্লুরেল ফোর্মদদি য়াম্না ময়েক শেংনা উবা ফংডে। মখোয়শিং অহুদি ফাষ্ট পার্সন্দা 'ই/অ', সেকেণ্ড পার্সনদা 'ন' অমসুং থার্দ পার্সন্দা 'ম' নি।

ঐ চাক চাউ, ঐ কৈথেল্দা চৎলি হায়বসিদা ঙাংলিবা অহু ঐ নি। নং চৎলো, নং ফম্মু হায়বসিদা ঐনা ঙাংলিবহুনি অহুগা নংনা তারিবহুনি। অহুগা মা ঙরাং লাক্কে, মহাক লাকনি হায়বসিদা মহাকী মরমদা ঙাংনবনি। মা নত্রগা মহাক ঙাংবসু ঙইদে অহুগা তাবসু ঙইদে।

মথক্তা পীরিবশিং অসিদগী খণ্ডলে মহুদি ঐ/ঐহাক হায়বসিনা য়া ঙাংলিবা মী অহুনি অহুগা নং/নহাক অসিনা অতাবা মী অহুনি অমসুং মা/মহাক হায়বসিনা মহাকী মরমদা ঙাংনরিবা মী অহুনি। মৈতৈরোল্দদি ইংলিশতা তৌবগুম্না নম্বরগী মতুং ইন্না ভার্বতা ইনক্লেক্ট তৌদে।

মৈতৈরোনগী পার্সনেল প্রনাউনশিং অসি 'কিন' হায়বদি মরীমতাগী মতাংদদি ইনএলিনিএবল পোজেসন হায়বদি পোজেসর অহুগা খাদোক্লবা য়াদনা লৈ। খুদম—'ঐ' হায়বা তারবদি ইমা, ইপা, ইয়াম্বা, ইনাউ, ইচে, ইপু হায়বা কিন তর্মশিং অসিদা 'ই' হায়বা ফার্স্ট পার্সনগী সেকেণ্ডরী ফোর্ম অসি শোয়দনা য়াওদবা য়াদে। * ঐগী নমা, * ঐগী মমা, নত্রগা * ঐগী নপাম্বা নত্রগা * ঐগী ময়াম্বা হায়বসি চৎনদে। মতৌ অসুম্না 'নংগী' হায়রবদি শোয়দনা নমা, নপা, নয়াম্বা, নপু অসিনচিংবা হায়নৈ। 'মাগী' মতাংদসু চপ মান্নে হায়বা য়াই। মহুদি 'মাগী' হায়রবদি মাগী মমা, মাগী মপা অসুম্না হায়নৈ। * মাগী ইমা নত্রগা *মাগী নমা হায়বসি চৎনদে। অহুগুম্না * নংগী ইমা * নংগী মমা হায়বসিসু চৎনদে।

## মৈনবা

১। মৈতৈয়োন্দা পার্সন কয়া লৈ। করি করিনো ?

২। মৈতৈয়োনগী পার্সনেদা প্রনাউনশিংগা কিন তর্মশিংগা থা-
দোক্লবা য়াদে হায়বহু খুদম পীহুনা তাকউ ?

---

# ১০
# ৱার্দ ক্লাস

ৱার্দ ক্লাস হায়বসি ট্রেদিসনেল গ্রামারিয়ানশিংনা পার্টস ওফ স্পীচ হায়নবা অদুনি। গ্রামার নৈনবা মতমদা ৱাহৈশিংবু কাওলুপ খায়দোক্লুনা মশক মমিং তাক্লুনা নৈনবা হায়বসি তঙাইফদে। ট্রেদিসনেল গ্রামারিয়ানশিংনা ৱার্দ (ৱাহৈ) পু অর্থদগী য়েংলগা মশক মমিং তাক্লম্মী অদুবু মোর্দন গ্রামারিয়ানশিংনা মসিদি চুমদবনি হায়না লৌই। মখোয়না ৱাহৈশিং অদুনা লোবা ওয়া এফিক্সশিং অদুগী মতেংনা ৱাহৈগী কাংলুপশিং খায়দোকই। ট্রান্সফোর্মেশনেল গ্রামারিয়ানশিংনা ৱাহৈবু কাংলুপ খায়দোকপদা ট্রেদিসনেল অমদি স্ত্রকচরেল গ্রামারিয়ান অনিমক্কী মত অদু লৌশিল্লি।

মৈতৈলোনগী মরুওইবা ৱার্দ ক্লাসতি নাউন, ভার্ব, মোদিফাইয়র (এদজেক্টীভ, এদভার্ব), প্রনাউন (নাউন-সবষ্টিট্যুৎ), কনজংসন অমসুং সবষ্টেনতিপস অসিনচিংবা অসিনি।

নাউন:—মৈতৈলোন্দা নাউন হায়বসি মখোয়না ৱাহৈপরেংশিংদা লৈরুবা কিভম অমদি মখোয়না লোইনদুনা লৈবা ওয়া এফিক্সশিংগী মতেংনা তাকপা ওম্মী। ৱাহৈপরেং অমদা সবজেক্ট নত্রগা ওবজেক্ট ওইনা লৈবা ওয়বা অমদি মখাদা পীরিবা

এফিক্সশিং অসিগী মনুংদগী অমা নত্রগা অমদগী হেন্না লৌবা ওম্বা কোর্মশিং অহুবু নাউননি হায়না লৌগনি। এফিক্সশিং অহুদি :—

| | |
|---|---|
| অ- | : পার্সনিফায়র খণ্ডহনবা প্রিফিক্স |
| অ-~ই- | : ফাষ্ট পার্সন প্রোনোমিনেল প্রিফিক্স |
| ন- | : সেকেণ্ড পার্সন প্রোনোমিনেল প্রিফিক্স |
| ম- | : থার্দ পার্সন প্রোনোমিনেল প্রিফিক্স |
| ম-~খুৎ- | : মেম্বর/মোদ খণ্ডহনবা প্রিফিক্স |
| -না | : এজেন্ট/এক্টর/ইন্সত্রুমেণ্ট খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -পু~-বু | : পেসেণ্ট/রিসিভর খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -তা~-দা | : লোকেতিপ খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -তি~-দি | : পার্তিকুলারাইজেসন খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -তু~-দু | : দিমোনষ্ট্রেতিপ খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -কা~-গা | : লোইনবা খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -কী~-গী | : জেনিতিপ/পোসেসিপ খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -রা~-রা | : ইন্টেরোগেসন/হাংহং খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -তং~-দং | : আইসোলেটিং খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -সু | : অলসো/লোইনবা খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -সি | : দিমোনষ্ট্রেতিপ খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -শিং | : প্লুরেলিতি (অমদগী হেনবা) খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -খোয়~-হোয় | : কলেক্টীভিতি খণ্ডহনবা সফিক্স |
| -মক | : পার্সনিফিকেশন খণ্ডহনবা সফিক্স |

-নি : কোপুলা/কোপুলেতিভ ভার্ব
-নে : আইদেন্তিফায়র খণ্ডহনবা সফিক্স
-বা ~ -পা : নোমিনেলাইজর খণ্ডহনবা সফিক্স

নাউনগী রুট নত্রগা ফোর্ম খুদিংমক্তা মথক্তা পীরিবা এফিক্সশিং অসি লোইনমক লোবা ওমদে হায়বদি তপ্পবা য়াদবসু য়াওই। অদুগীসু মথক্তা এফিক্সশিং অসি পুন্না লৈমিন্নবা য়াদবসু য়াওই। অদু ওইরবসু মখোয়শিং অসি নাউন এফিক্স ওাকনি।

মৈতৈলোনগী নাউনশিং অসি মখোয়গী মমুংদা য়াওরিবা শরুকশিং অদুগী মতুংইন্না মথল অনি থোক্না খায়দোকই। মদুদি— (১) সিম্পল নাউন, অমসুং (২) কম্পাউণ্ড নাউন, অসিনি। সিম্পল নাউনশিং অসি অমুক্কসু নন-দিপেণ্ডেণ্ট অমসুং দিপেণ্ডেণ্ট হায়না অনিথোক্না খায়দোকই।



(১) **সিম্পল নাউন :**— কোর্মশিং অহুদা মথাদা পীরিবা কিভম অহুম অসিগী মন্নুংদগী অমত্তংবু লৈরবদি মহু সিম্পল নাউননি হায়না লৌই। মখোয়শিং অহুদি :—

(ক) কোর্মশিং অহুনা এফিক্সশিংগী মতেং য়াওদনা মথন্তা য়াহৈ ওইনা নাউনগী মখৌ তৌবা ঙম্মবা; খুদম ওইনা :—**মী, ঙা, তোম্বা, য়ুম,** অসিনচিংবা।

(খ) কোর্মশিং অহুনা প্রিফিক্সকী মতেং লৌরগা য়াহৈ ওইনা লৈবা ঙম্মবা; খুদম ওইনা :—**খুংকা, মচা, মখোং,** অসিনচিংবা।

(গ) রুটশিং অহুদা -বা ~ -পা তপশিল্লগা য়াহৈ ওইনা লেপ্পা ঙম্মবা অমদি নাউনগী এফিক্সশিং লৌবা ঙম্মবা; খুদম ওইনা:—**চাবা থকপা, চাখিবা,** অসিনচিংবা অসিনি।

মথক্তা পীরিবা ফিভম অহুম অসিগী মন্নুংদগী অহানবগী (ক) দা য়াওরিবা কাংলুপকী নাউনশিংনা নন-দিপেণ্ডেণ্টনি অহুগা (খ) অমসুং (গ) দা য়াওরিবশিং অহুনা দিপেণ্ডেণ্ট নাউননি।

**নন-দিপেণ্ডেণ্ট নাউন :**—এফিক্সকী মতেং য়াওদনা য়াহৈ ওইবতা নত্তনা নাউনগী মখৌ তৌবা ঙম্বা অমদি নাউনগী এফিক্সশিংদি তপশিনবা য়াবশিং অহুবু নন-দিপেণ্ডেণ্ট নাউন কৌই। খুদম :— মী, ঈশিং, তোম্বা, অসিনচিংবা নাউনশিং অসিদা মথক্তা পীরিবা নাউনগী এফিক্সশিং অসি তপশিনবা য়াই। মহুদি :—

| | | |
|---|---|---|
| মী + বু | ঈশিং + বু | তোম্ব + বু |
| মী + দা | ঈশিং + দা | তোম্ব + দা |

| | | | |
|---|---|---|---|
| মী + না | ঈশিং + না | তোম্ব + না | |
| মী + গী | ঈশিং + গী | তোম্ব + গী | |
| মী + গা | ঈশিং + গা | তোম্ব + গা | |
| মী + দং | ঈশিং + দং | তোম্ব + দং | অসিনচিংবা। |

মী, ঈশিং, তোম্বা, অসিনচিংবনা মথন্তা থাহৈ ওইনা থাহৈ-পরেংশিংদা লেপচবগী খুদম :—

মী লোইনমক চৎপ্রে।
ঈশিং থাম্না চাউরে।
তোম্বা চাক চারে।
চাউবনা ঈশিং থকই। অসিনচিংবা।

দিপেণ্ডেণ্ট নাউন :—এফিক্সশিংগী মতেং থাওদনা নাউন ওইনা লৈবা ঙমদবশিং অদুবু দিপেণ্ডেণ্ট নাউননি হায়না লৌনৈ। মখোয়শিং অদুদি :—খুৎ + কা, ম + চা, ম + খোং, চা + বা, চৎ + পা, অসিনচিংবা অসিনি।

মখোয়শিং অসিদা অতৈ নাউনগী এফিক্সশিংসু তপশিনবা য়াই। খুদম :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| খুৎকা + দু | মচা + দু | চাব + দু | |
| খুৎকা + সি | মচা + সি | চাব + সি | |
| খুৎকা + রা | মচা + রা | চাব + রা | |
| খুৎকা + নি | মচা + নি | চাব + নি | অসিনচিংবা। |

(২) **কম্পাউণ্ড নাউন ঃ**—ফোর্মশিং অহু নাউন নত্রগা নাউন অমগা অতৈ ফোর্মশিংগা পুল্লগা নাউন ওইবশিং অহুবু কম্পাউণ্ড নাউন হায়না খঙৈ। কম্পাউণ্ড নাউন অসি মখোয়দা য়াওরিবা শরুকশিং অহুগী মতুংইন্না মখল ৬ থোক্না অমুকস্থু খায়দোকই। মখোয়শিং অহুদি :—

নাউন+নাউন :— চাক+শং
কোন+খোং
উ+হৈ
য়োং+চৈ
ফি+শাবা
উ+শুবা
থোং +ঙাকপা অসিনচিংবা।

নাউন+নাউন+নাউন :—চাক+শং+শাবা
কোন+খোং+শেম্বা
উ +হৈ +য়োনবা অসিনচিংবা

নাউন+রুট :— য়া+হং
ঈ+রম
খোং+লোয়
ফি+জেৎ অসিনচিংবা।

নাউন + ওগমেন্ট :— হুই + জাও
যুম + জাও
ঈ + চাও
খোং + জাও অসিনচিংবা।

নাউন + দিম্যুনিতিপ :— হুই + নাও
খোং + নাও
শন + নাও
য়েন + নাও অসিনচিংবা।

নাউন + দেকোরেতিপ ফোর্ম :—সুমাং + খেলোং
য়েনখা + লুকখা
নাপী + নাম্নাং অসিনচিংবা।

নাউন হায়বসি একিক্সশিংগী মতেংনা তাকপা ওম্মি হায়বহু মথক্তা উৎখ্রে। অসিদস্থ নত্তনা নাউন হায়বসি ব্রাইৈপরেং অমগী মপুংদা মখোয়না লৈরুবা ক্রিভমদগীস্থ তাকপা ওম্মি। খুদম :—

তোম্বা চাক চাই।
চাউবনা তোম্বা ফুই।
মচাক চাবা হৈরে।
মনি কৈখেল কাই।

মথক্তা পীরিবা ব্রাইৈপরেংশিংদা য়াওরিবা তোম্বা, চাউবা, চাক, চাবা, মনি, কৈখেল অসিনচিংবশিং অসি সবজেক্ট নত্রগা ওবজেক্টকী লৈকমদা লৈরুবনা নাউন ওাক্তনি।

**ভার্ব :**—ট্রেদিসনেল গ্রামারিয়ানশিংনা ভার্ব হায়রবসি তৌবা ওইবা, লৈবা, অসিনচিংবা খণ্ডহনবা রাহৈবুনি হায়না লৌনৈ। স্ত্রকচরেল গ্রামারিয়ানশিংনা মখোয়গী মওং মতৌ অমদি লৈকমদগী য়েংলগা মশক তাকই। অদুগা ট্রান্সফোর্মেশনেল গ্রামারিয়ানশিংনা মখোয়গী মখৌ, লৈকম অমসুং অর্থদগী য়েংলগা ভার্ব মশক তাকই।

মৈতৈরোন্দা ভার্বশিং অসি'দি এফিক্সিং নত্রগা কম্পাউণ্ডিং তৌরগা শেম্বা মোদেলিতি অমদি অসপেক মার্কর্রশিংগা লোইনহুনা লৈবা ওম্বা কোর্মশিং অদুনি। মৈতৈরোনগী ভার্বশিং অসিনা এফিক্সকী মতেং লৌহুনস্থ তেন্স খণ্ডহনবা ওমদে। ভার্ব রুট পুম্নমক বাউণ্ড রুট ওাক্তনি। অদুগা রুটশিং অসিনা রার্দ ক্লাস তাকপা ওমদে। মখোয়গা লোইনরুরিবা এফিক্সশিং অদুগী মতেংনা মখোয়গী রার্দ ক্লাস লেপ্পি। খুদম :— 'চা' হায়ব। রুট অসিদা 'ই' হায়বা সফিক্স অসি হাপচিল্লগা 'চাই' হায়রবসি ভার্বনি, অদুবু 'চা' হায়বা রুট অসিদা 'বা' হায়বা সফিক্স অসি তপসিল্লগা 'চাবা' হায়ররবদি মসি নাউন ওইরে।

বাউণ্ড রুটশিংদা মখাদা পীরিবা সফিক্সশিং অসি তপশিল্লগা ওই-রকপা কোর্মশিং অদু মৈতৈরোনগী ভার্বনি। সফিক্সশিং অদুদি :—

-ই, -লি, -লে, -কে, -লম, -লক, -লক, -খি, -তে, -লোই, -উ, -লো, -লো', -লু, -হু, -খো, -স, -সি, -ন, -পি, -চ, -নে, -কো, -বোই, -হন, -হৌ, শন, -খোক, -খৎ, -খায়, -খৎ, -মিন, -মন অমসুং -খ, অসিনি।

মথক্তা পীরিবা ভার্ব সফিক্সশিং অসি অমদগী হেন্না রুট অমদা তপশিনবা য়াই। অদুবু মখোয়না লৈবা ওয়া কিতমদগী য়েংলগা মখল মরি খোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি (১) রুটকা হেক খংননা লৈবা ওয়া সফিক্সশিং, (২) অরোইবা, হায়বদি কাইনেল পোজিসন্দা লৈবা ওয়া সফিক্সশিং অমসুং (৪) ফিবম পুম্নমক্তা লৈবা ওয়া সফিক্সশিং অসিনি। সফিক্সশিং অসিগী অর্থ অসি অতোপ্পা সফিক্স অমা তপ্লবতদা হেন্না শেংনা উৎপা য়াবসু য়াওরি। ভার্ব সফিক্সশিং অসিনা খণ্ডহন্লিবা অদু খুদমগা কোয়না মখাদা উৎলি। মদুদি :—

-ই- মসিনা হেফিচুয়েল হায়বদি মতম পুম্নমক্কী ওইবা নত্রগা ইতৎ-তত্তনা খোকপ', ইনফিনিতিপ হায়বদি প'খৈ নাইদবা, ষ্টেতিপ হায়বদি লেংদনা লৈবা নত্রগা অচুম্বা অমা খণ্ডহল্লি। মদুদি :— চ + ই = চাই, ই + ই = ই হায়এসিনা খণ্ডহল্লিবসি মথক্তা পীরিবশিং অসিগী মনুংদগী অমদি শোইদ্রে। ঐ চাক চাই, হায়বসিনা তাক্লিবসি ঐ ইতৎ-তত্তনা চাক চাবসু ওইবা য়াই, নত্রগা ঐনা চারিবসি করম্বা মতমদগীনো অদুগা কয়াম কুইনা চাখিগদগে হায়বা অকক্লবা অমা তাকপা ওমদবা ওইবসু য়াই নত্রগা ঐ চাক চাদুনা হিংবা মী ওইবসু য়াই নত্রগা ঐনা চাক চাই হায়বসি তশেংবনি হায়বা তাকপসু ওইবা য়াই। -ই হায়বসিগী এলোমোর্ফ খরসু লৈ। মখোয়শিং অদুদি -ই ~ -জি ~ -পি ~ -মি ~ -রি ~ -ভি অসিনি।

-জি- মসি মথক্কী এলোমোর্ফতা য়াওরিবা '-জি' অসিগা খেল্লৈ। অসিদসু নত্তনা মসিগী অতৈ অতোপ্পা এলোমোর্ফশিংগা

কোনেমিকেল্লি মায়বা লৈরবস্মু মখোয় অছু হোমোফোনজ কোর্মনি। হোমোফোনজ হায়বদি খোলহায় খোস্থোকতি চপ মায়বা অর্থদি খেন্নবা অছুগুম্বা কোর্মশিং অছুবুনি। '-লি' হায়বসিনা তাকলিবদি কন্টিনুএতিপ হায়বদি থবক অছু অস্তুম চথ্রকলি হায়বা তাকপনি। হায়বদি থবক অছু চথরি হায়বনি। ঐ চাক চারি, মহাক কৈথেল চৎলি, তোম্বা কন্না চেল্লি, মসিদা চাবগী, চৎপগী, চেনবগী থবক অছু চথ্রি হায়বদি তৌহনা লৈরি হায়বছু উৎলি। মসিনা তাক্লিবদি থবক অছু লোইদ্রি হায়বসিনি। মসিগী এলোম্নোর্ক'তি -রি ~ -ম্রি ~ -ত্তি ~ -ব্রি ~ -পি ~ -র ~ -ম ~ -ঙ ~ -প ~ -ল অসিনি।

-লে- মসিনা কমপ্লিতিপ নত্রগা রিয়েলাইজেসন হায়বদি থবক অছু পাংথোকপ্রে নত্রগা তৌপ্রে হায়বছু খঙহল্লি। ঐ চাক চারে, মহু ঈশিংদা লুপলে, মসিদা চারে, হায়বসিনা চাবা অছু লোইরে হায়বা তাকলি। অদুগা লুপলে হায়বসিনা লুপ্লি হায়বছু খঙলে হায়বা তাকলি। মসিগী এলোমোর্ক'তি -রে ~ -মে ~ -পে ~ -ঙে ~ -এ অসিনি।

-কে- মসিদি ইন্টেনতিপ হায়বদি অনিংবা থবক্তি পাংথোক্ত্রিবা হায়বদি নন-রিয়েলাইজেসন খঙহনবা সফিক্সনি। ঐ চাক চাগে, ঐ য়ুমদা চৎকে অসিনচিংবা অসিদা য়াওরিবা চাগে অমদি চৎকে হায়বসিনা থবক অছু পাংথোক্ত্রি তৌগে হায়না নিংবা অছু কাওবদি খঙহল্লি। মসিগী -গে ~ -গ ~ -ক হায়বা এলোমোর্কশিং লৈ।

-লম- মসিনা তাক্লিবদি থবক অহু হায়না হৌরমলে। অহুবু অয়েপ্পা অর্থদি মতুংদা লাকপা সফিক্স -'লি' নত্রগা '-লে' না খঙহল্লি। থবক অহু হায়দগী তৌহুনা অম্মুম লৈরম্লবদি 'তৌরমলি' অহুগা হায়না হৌখিবা থবক অহু লোইরম্লবদি ''তৌরমলে'' হায়বসিনা খঙহল্লি। অহুবু হৌজিক্তি তৌব্রে। মসিগী -রম ~ -ঙম ~ -মম ~ -পম হায়বা এলোমোর্ফশিং লৈ।

-লক- মসিনা তাক্লিবসু থবক অহু হায়না হৌরমলে নত্রগা হৌজিক হৌরকলে অহুবু থবক অহু লোইদ্রি। মসিদা চয়েৎনবা থোক্তনবা য়াম্না চেকশিনগদবদি 'লক' অসি অনি শুই। হায়দগী তৌহুনা লৈরমলবা থবক্তদি মসিগী -'লি ~ -রি' হায়বা সফিক্স অহু নত্তনা অতৈ তপ্পা য়াদে। মরমদি চথুরি হায়বা খঙহনবা তাবনি। হৌজিক্তা হৌগদবা মতাংদা মসিনা 'লে ~' রে- হায়বা সফিক্স অসিগা লোয়ননা লৈবা য়াই। মসিগীসু -রক ~ -ঙক ~ -মক ~ -পক হায়বা এলোমোর্ফ লৈ।

-লক- মসিদি লাকপগা মরি লৈনৈ। 'চারকলে' হায়বসিদা চারগা লাকলে হায়বহু খঙহল্লি। মসিগী -রক হায়বা এলোমোর্ফ অমা লৈ।

-খি- মাসনা খঙহনলিবদি দিফিনিতিপ হায়বদি শোয়ত্রে হায়বা অহুনি। 'চৎখি', 'চাখি' হায়রবদি শোয়দনমক 'চাবা', 'চৎপা' হায়বা থবক অহু তৌব্রে হায়বা তাকপনি। মসিগী 'খ' হায়বা এলোমোর্ফ অমসু লৈ।

-ত্তে- মসিদ্দি নেগেতিগা খঙহনবা সফিক্সনি। 'চাদে', চৎত্তে' হায়বসিদা 'চাবা' অমদি 'চৎপা' হায়বা থবক অদু তৌদে হায়বা খঙহল্লি। মসিগী 'দে' হায়বা এলেমোক' অমা লৈ। লোইননা -'ত্তে, না -'ত্ত' অদুগা -'দে' না -'দ' ওনবগু লৈ।

খুদম :— চৎত্তে+বা=চত্তবা

চাদে+বা=চাদবা অসিনচিংবা।

-লোই-মসিস্থ নেগেতিপ খঙহনবনি। অদুবু মসিদদি অনিংবা হায়বদি ইন্টেনসন য়াওরি। মসিগী রোই~ মোই~-ঙোই~-পোই হায়বা এলোমোর্ক'শিং লৈ। মসিগা লোইননা লৈবা মতমদা -'লি~-রি' হায়বা অসিনচিংবা সফিক্সশিং অসি '-ল~র' নচিংবা ওনখি।

-উ- মসি ইম্পরেতিগ হায়বদি য়াথং পীবা, থৌদাবা খঙনবনি।

-লো- মসিস্থ থৌদাবা য়াথং পীবা খঙহনবনি অদুবু মাসিগা 'উ' গা খন্নরিবদি খুদক্তা পাঙথোকউ হায়বা য়াম্না কনশিনবা অমা য়াওনা খঙহনবনি। মসিগী -রো~-মো~-পো~-ঙো হায়বা এলোমোর্ক'শিং লৈ।

-লো- মসি মথক্তী '-লো' গা খেন্নৈ। মসিদি কৌজবা হায়বদি বার্ণ্ডন তৌবা খঙহল্লি। লাকলগা থবক অদু তৌরনবা খঙহনবনি। মসিগীস্থ -রো~ -মো~ -পো~ ঙো হায়বা এলোমোর্ক'শিং লৈ। মসিগী মমাংদা য়াংক্রুবা মতমদা -রে~-লে~-পে~-ঙে~-মে নচিংবশিং অসি র~-ল~-প~-ঙ~-ম নচিংবা ওনখি। অদুনদি -'র~-ল' নচিংবা অসিস্থ হোমোফোনজ ফোর্ম ওইরি।

-দু- মসি থোক্‌পাবা খঙনবা সফিক্সনি। অদুবু মসিদদি থবক অদু অতোপ্পা মকম অমদা চৎলগা পাঙথোকপা তাই। মসিগা -'রু' গা অমত্তনি।

-দু- অথিংবা হায়বদি প্রোহিবিসন খঙনবা সফিক্সনি।

-দু- মসিদি তৌসনু, চাসনু হায়বনচিংবদা য়াওরিবা 'নু' অদুনি। মসিদি রিশ তৌবা হায়বদি মঙ্গল পীবগুম্বদা শিজিন্নে।

-খো- মসিম্ন ইম্পারেতিপ মার্করনি। অদুমুদি ওইরগা মসিনা তাক্লিবদি থবক অদু লোইশন্দনা তৌদুনা লৈখো হায়বা তাকপনি।

-স- মসিদি বেনিফেকতিপ হায়বদি কায়বদু অতোপ্পনা কংজসনু হায়বনি।

-সি- মসিম্ন বেনিফেকতিপ খঙহনবা সফিক্সনি। অদুবু মসিদদি কায়বদু ভাংলিবদুম্ন য়াওনা ফংমিন্নবগী য়ানি।

-ন- মসিদি রেসিপ্রোকেল হায়বদি কান্নমিন্নবগী মওংনি। চা+মিন ন+ব=চামিন্নবা হায়বসিদা য়াওরিবা '-ন' অসিনি।

-পি- মসিদি হায়জবা, নোনজবা, ব্যাবহার তৌবা খঙনবা সফিক্সনি। মসিনা -'উ' হায়বা ইম্পারেতিপ খঙহনবা অদুগা লৈমিন্নবা মতমদদি ব্যাবহার উৎলি অদুগা -'গে~-কে' হায়বা নন-রিয়েলাইজেশন খঙহনবা সফিক্স অদুগা লৈমিন্নবা মতমদদি থওই-উশিত্তবা খঙহল্লি। চাবিগে, চৎপিগে, অসিনচিংবা। '-বি' অসি মসিগী এলোমোর্ফনি।

-চ- মসিস্থ নন-রিয়েলাইজেসন খণ্ডহনবা সকিল্লকা লৈমিন্নবা মতমদা হায়জবা, নোনজবা, ব্যাহার খণ্ডহনবা সকিল্লনি। অদুবু মসিদি তৌজগে, চৎচগে হায়না ফোংদোকচবা মখলনি। -'পি' গী ওন্ন-তৈনবদা মসিনা ইম্পরেতিপকা লৈমিন্নরুরবদি খণ্ডই-উশিন্তবা খণ্ডহল্লি। -'জ' অসি মসিগী এলোমোর্ফনি।

-নে- মসিদি দিক্লারেতিপ খণ্ডহনবনি। তৌরেনে, চারেনে হায়-বসিদা য়াওরিবসিনি।

-কে- মসিদি সজেসতিপ নত্রগা সোলিসিতেশন খণ্ডহনবনি।

-বোই-চিংনবা, ভংতাবা খণ্ডদবা ফোংদোকপদা '-বোই' অসি শিজিনৈ। মসিগী 'পোই' হায়বা এলোমোর্ক অমা লৈ।

-হন- কোজেসন হায়বদি মরয়হনবা, তৌহনবা খণ্ডহনবা সযিক্লনি। কনাগুম্বা অমদা থবক অদু শোয়দনা পাংথোকহনবা অদুবু খণ্ডনৈ। মসি রুট ওইনা লৌবস্থ য়াই।

-হৌ- হৌখিবা খণ্ডনবা সকিল্লনি।

-শন- মসিদি মতুংলোমদা চংখিবদা শিজিনৈ। নত্রগা মসি শোয়বা শোয়দবা থিদনা হায়বদি শোয়রবস্থ বেয়া লৈতে হায়দুনা থবক অদু তৌবস্থ খণ্ডনৈ। মসিগী -জন ~ -চন হায়বা এলো-মোর্ফশিং লৈ। কনাগুম্বনা মসিবু 'শিনস্থ' হায়।

-থোক- মসিনা খণ্ডহল্লিবদি মপাল্লোমদা থোক্লকপা নত্রগা মফম অদুদগী লৌথোকখিবা খণ্ডহল্লি। হায়া লৈরম্বা মফমদুদগী থৈদোকপস্থ মসিনা খণ্ডহল্লি। মসিগী -তোক ~ -দোক হায়বা এলোমোর্ফ অনি অমস্থ লৈ।

-খৎ- মসিদি মখকলোমদা চিংখৎপদা শিজিন্নৈ। মসিগী -'কৎ ~ গৎ' হায়বা এলোমোর্ফ অনি অমগা লৈ।

-খাই- মসিদি কায়বা খঙহনবনি। মসিগী -'কাই ~ -গাই' হায়বা এলোমোর্ফ অনি লৈ। মসিদি রুট ওইনা লৌবস্থ য়াই।

-থৎ- মসিদি থৎপা হায়বদি চিংথৎপনচিংবা নত্রগা থৎপা হায়বদি হেকতৎপস্থ খঙনৈ। মসিস্থ রুট ওইনা লৌবা য়াই। মসিগী 'তৎ- ~ দৎ, হায়বা এলোমোর্ফ লৈ।

-মিন- মসিদি পুন্না, লোইননা তৌবা খঙনৈ।

-মন- মসিদি মনবা হায়বদি হেগুম্না পামবা খঙনৈ। কারাম চাউবস্থ মসিনা তাকই।

-থ- মসিদি মথাদা ইম্বা, তুথবা, খঙনৈ। মসিগী '-দ' হায়বা এলোমোর্ফ অমা লৈ।

মথক্তা পীরিবশিং অসি ভার্বতা তপ্লা সফিক্সশিংনি। ভার্বশিং অসি মথোয়গী মওংদগী য়েংহনা অমুক মথল অনি থোক্লা খায়দোকই। মহুদি :




**এফিক্সেসন :**— রুটতা সফিক্স তপ্নুনা শেম্বা ভার্বশিংবু এফিক্সেসনদগী ওইবা ভার্ব হায়না খঙনৈ। খুদম :—

চা + ই = চাই।

চা + রক + লি = চারকলি।

চা + খি = চাখি। অসিনচিংবা।

**কম্পাউণ্ডিং :**—ভার্বশিং অমুদা নত্রগা অতৈ রাহৈ নত্রগা রুটত তপশিল্লগা ওইবা ভার্বশিংবু কম্পাউণ্ডিং তৌরগা শেম্বা ভার্ব হায়না খঙনৈ। খুদম :—

পি+থক+লে = পিথকলে,
পি+নিং+ঙি = পিনিংঙি,
পি+থক+চ+নিং+ঙি= পিথকচনিংঙি, অসিনচিংবা।

**মোদিফায়ার :**—( এদজেক্টীপ অমসুং এদভার্ব )

মোদিফায়ার হায়বসি মৈতৈরোন্দদি নাউন নত্রগা ভার্বকী মগুন ফোংদোকলিবা নত্রগা মওং তাকলিবা অমুবুনি। খুদম :—

১। মহাক কন্না চৎপা ঙমমে।
২। মহাক য়াংনা চেনবা মীনি।
৩। মহাক কন্না চৎলি।
৪। মহাক য়াংনা চেল্লি।

মথক্তী রাহৈপয়েংশিংদা য়াওরিবা 'কন্না' অমসুং 'য়াংনা' হায়বসিন অহানবা অমসুং অনিশুবা রাহৈপয়েংদা 'চৎপা' অমদি 'চেনবা' হায়বা নাউনশিংগী মগুন ফোংদোকই। অহুমশুবা অমসুং মরিশুবা রাহৈপয়েংদা মথোয়না 'চৎলি' অমদি 'চেল্লি' হায়বা ভার্বশিংগী মওং তাক্লি। মরম অসিদগী এদজেক্টীপ অমসুং এদভার্ব হায়না খায়দোকপগী মহুত্ত' মোদিফায়ারস হায়না উৎলি। মসি মথোয়না মোদিকাই তৌরিবা নত্রগা তৌবা ঙম্বা ফোর্মশিং অমুদগী য়েংহনবা মথক অনি থোক্না খায়দোকই।

মহুদি :— মোদিফায়ার

রেষ্ট্রিক্টেদ | অন-রেষ্ট্রিক্টেদ

**রেষ্ট্রিক্টেদ :**—মোদিফায়ারশিং অহুনা নাউন নত্তনা অতৈ কাংলুপকী কোর্মশিংবু মোদিফায় তৌবা ঙমজ্রবদি মখোয়শিং অহুবু রেষ্ট্রিক্টেদ মোদিফায়ার হায়না খঙনৈ। মখোয়শিং অহুদি—ন্যুমরেলশিং, দেমোনষ্ট্রেতিভ অমসুং ইন্টেরোগেটিভ প্রনাউন, মুমিৎ-থাগী মমিং অমদি ভার্বেল নাউন অসিনচিংবনি। খুদম :—

অঙাং অহু,
অঙাং অনি,
অঙাং কয়া,
নিংথৌকাবা মুমিৎ,
কালেন থা,
অফবা অঙাং, অসিনচিংবা।

মথক্কী খুদমশিংদা য়াওরিবা **অহু**, **অনি**, **ফজবা**, **কয়া**, **নিংথৌকাবা**, **কালেন** **অসি** মখোয়গা লোইননা লৈমিন্নরিবা নাউনশিং অহুগী মগুণ কোংদোকপনি। মখোয়শিং অসিনা ভার্বশিংবু মোদিফায় তৌবা ঙমদে। মরম অসিদগী মখোয়বু রেষ্ট্রিক্টেদ মোদিফায়ার হায়না খঙনৈ।

**অন-রেষ্ট্রিক্টেদ :**—নাউন অমসুং ভার্ব অনিমকপু মোদিফায় তৌবা ঙম্বা মোদিফায়ারশিংবু অনরেষ্ট্রিক্টেদ মোদিফায়ার হায়না খঙনৈ।

খুদম :— হৌজিক চৎপা,
হৌজিক চৎলু,
কজনা চৎপা,
কজনা চৎলু,
লাউনা হায়রবা,
লাউনা হায়য়ু, অসিনচিংবা।

মথক্কী খুদমশিং অসিদা হৌজিক, কজনা, লাউনা, হায়রবশিং অসি মোদিকায়ার ওাক্কনি। অদুবু মখোয়না নাউন অমসুং ভার্ব অনিমক মোদিকায় তৌবা ওম্বনিনা মখোয়বু অনরেষ্ট্রিক্টেদ মোদিকায়ারনি হায়না লৌই।

প্রনাউন :—নাউনগী মহুৎ শিন্দুনা শিজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অদুবু প্রনাউন নত্রগা নাউন-সবষ্টিট্যুৎ হায়না খঙৈ। মখোয়শিং অসিনা নাউনগী মথৌ তৌবা ওন্মী অমসুং মখোয়দা নোমিনেল সফিক্সশিং ওপশিনবা য়াই। খুদম :—

মনি তোম্বখোয়দা লৈ, মনি ওসি চৎকনি।

মথক্কী ৱাহৈপরেংদা 'মনি' হায়বসি অনিরক হন্না শিজিন্নরে। মসি প্রনাউন অমনা শিন্দোকপা য়াই। মহুদি :
মনি তোম্বখোয়দা লৈ, মহাক ওসি চৎকনি।

অকোনবগী ৱাহৈপরেংদা হন্জিনবা হায়রবদি অনিগুবা 'মনি' অদু 'মহাক' হায়রবা প্রনাউন অমনা শিন্দোক্লুনা উৎলি। অদুনদি প্রনাউন হায়রবসিনা নাউনগী মহুৎ শিন্দুনা নাউনগী মথৌ অদু

তৌবা ঙম্মে। অসিগীশু মথক্তা মসিনা নাউনদা তপ্পা এফিক্সশিং অমু তৌবা ঙম্মে। খুদম :—

মহাক+কী

মহাক+না

মহাক+পু

মহাক+ত্তি অসিনচিংবা।

**প্রনাউন মখল :**—প্রনাউনশিং অসি মরুওইবা মখল অহুম থোক্না খায়দোকই। মখোয়শিং অমুদি :—




**পার্সনেল :**— মসিদি মীওইবগা মরি লৈনরবতদা শিজিনৈ। রাইহেপরেং অমদা হন্না হন্না শিজিন্নরিবা নাউন নত্রগা নাউন ফ্রেজ অমুনা মী ওইরবদি মমু পার্সনেল প্রনাউননা মহুৎ শিনগনি। মৈতৈলোন্দম্ম পার্সন অহুম্মক সিঙ্গুলার অমস্তুং প্লুরেল অনিমক্তা লৈ। পার্সন অহুম অমুদি ফার্ষ্ট পার্সন, সেকেণ্ড পার্সন, অমস্তুং থার্দ পার্সন অসিনি।

| পার্সন | সিঙ্গুলার | প্লুরেল |
|---|---|---|
| ফার্ষ্ট পার্সন | ঐ/ঐহাক | ঐখোয় |
| সেকেণ্ড পার্সন | নং/নহাক | নখোয় |
| থার্দ পার্সন | মা/মহাক | মখোয় |

পার্সনেল প্রনাউনগী মরমদদি হায়নস্ত্র মথক্তা পনম্রে। অহুব্ মখোয়না নাউনগী মহুৎ শিনবগী খুদম মখাদা পীরি। মহুদিঃ—

তোম্বনা হায়, 'চাক চারগা ঐ লাক্কনি'

মসি রিপোটিং স্পিচনি। হায়খিবসি তোম্বননি মহুগী পাউ তম্বনি। অহুনা হায়খিবা 'তোম্বা' হায়বা ফার্ষ্ট পার্সন অহুগী মহুৎ শিন্দুনা 'ঐ' হায়বসি শিজিন্নবনি।

চাউবনা হায়, 'নং ঙরাং লাক্কে'

মসিদদি হায়রিবা 'মী' অহু নত্তবা 'ঋতাবা ওইখিবা মী' অহুগী মহুৎ শিন্দুনা হায়রি অহুনা 'মী' অহুগী মহুত্তা 'নং' হায়বসিনা মহুৎ শিন্দুনা শিজিন্নরি।

মনিনা হায়রম্মী, 'মহাক লাকপা ঙম্মোই'।

মসিদা 'মনি' হায়বসি 'মহাক' হায়বা অসিনা মহুৎ শিন্দুনা শিজিন্নরি।

মসিদা শিজিন্নরিবা 'ঐ' 'নং' অমস্তুং 'মহাক' হায়বা স্রাইহেশিং অসি পার্সনেল প্রনাউন ওাক্কনি। মখোয়গী সেকেণ্ডরী কোর্মশিং হায়বদি 'অ-—ই-' 'ন'- অমস্তুং 'ম-' অসিদি নাউনশিংগা ভপ্নহুনা লৈবা য়াই। মহুদি :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ইয়ুম | নয়ুম | ময়ুম | |
| ইশল | নশল | মশল | অসিনচিংবা। |

**দিমোনষ্ট্রেভিপ** :—মসিসি বাউণ্ড ফোর্ম ওাক্কনি। মৈতৈ-য়োনগী- সি, -সোম, -দু, অমস্তুং -দাম হায়বশিংসি দিমোনষ্ট্রেভিপ খওহনবা ওাক্কনি। মখোয়স্ত্র পার্সনেল প্রাউনশিংগুম্না নাউন্দা

তপশিনবা য়াই। খেন্নবিবা হায়ববু পার্সনেল প্রনাউননা ক্রটকী মমাংদা তল্লী অদুগা ডিমোনষ্ট্রেতিপ প্রনাউনশিংনা ক্রটকী মতুংদা তল্লী। অদুগা '-সোম' অমদি '-দোম' অনিসিদি '-খোই' হায়বা অমগী মতুংদা লৈরবা অদুগা মখোয়গী মতুংদা -দা হায়বসি তল্লবতদা নাউন্দা তপ্পা য়াই অদুগা অয়াম্বা মতমদা '-সোম' দি- 'য়োম-' ওল্লি। খুদম :—

| | |
|---|---|
| তোম্বসি | তোমবদু |
| চাবসি | চাবদু |
| তোম্বখোইসোমদা | তোম্বখোইদোমদা |
| মনিখোইয়োমদা | মনিখোইদোমদা |

মথক্কী খুদমশিংদগী খঙবা ঙমগে মদুদি ডিমোনষ্ট্রেতিপ প্রনাউনশিং অসিদি নাউন্দা তপশিনবা য়াই।

ডিমোনষ্ট্রেতিপ প্রনাউনশিং অসি ফাষ্ট পার্সন প্রোনোমিনেল প্রিফিক্স অ- অমসুং থার্ড পার্সন প্রোনোমিনেল প্রিফিক্স ম- অনি অসিগা তপশিন্নগা য়াহৈ ওইন, লেপ্পা ঙম্মী অদুবু '-সোম' অমসুং '-দোম' অনিদদি অয়োইবদা '-দং', অমা তপত্রবদি য়াদে। মসিনা ফাষ্ট পার্সনেল প্রিফিক্সকা লৈবা মতমদা প্রোকসিমেল হায়বদি 'অনকপা' অদুগা থার্ড পার্সনেল প্রিফিক্সকা লৈবা মতমদা ডিসতেন্স হায়বদি 'অরাপ্পা' খঙহল্লি।

খুদম :—

প্রোকসিমেল (অনকপা) :

অসি, অদু, অসোমদা, অদোমদা, অসিনি।

দিসতেল (অরাপ্পা):

মসি, মহু, মসোমদা, মদোমদা, অসিনি।

**ইন্টেরোগেতিপ :**—ইন্টেরোগেতিপ প্রনাউনশিং অসিমু বাউণ্ড ফোর্মনি। মসি মখাদা উৎলি।

খুদম :—

| | | |
|---|---|---|
| কনা | ক+না | হুইচ+পার্সন (করম্বা+মী) |
| করি | ক+রি | হুইচ+থিং (করম্বা+পোৎ) |
| কদায় | ক+দায় | হুইচ+প্লেস (করম্বা+মফম) |
| করম | ক+রম | হুইচ+মেন্নর রে/মোদ (করম্বা+মওং) |
| কয়া | ক+য়া | হুইচ+কান্তিতি (হাউ মচ) |
| কয়াম | ক+য়াম | হুইচ+ক্বান্তিতি (হাউ মেনি) |
| কনাদা | ক+না+দা | হুইচ+পার্সন+এট (কনাগীদা) (এট হুজ প্লেস) |
| কদোমদা | ক+দোম+দা - | হুইচ+দিরেক্সন+এট (টু হুইচ দিরেক্সন) |
| কদৌঙৈ | ক+দৌ+ঙৈ - | হুইচ+এক্সন+তাইম (হুয়েন) |

মথক্কী খুদমশিংদা দৈতেরোদ্দা অর্থ উৎপদা খুদোংথিবা খর লৈবদগী ইংলিশ ওইনা পিরে। অমুবু মসিদা তাক্লিংলিবদি ক হায়বা অসিনা ইন্টেরেগেতিপ প্রনাউন খণ্ডহনবনি অমুগা মতুংদা লাক্লিবশিং অসিনা সক্ষিপ্ত ঙাক্তনি।

মথক্তা পীরিবা প্রনাউনশিং অসিনা নাউনগী এক্সিপ্রশিং লৌবা ঙম্মী। লোইননা মথোয়না নাউনগী পোজিসনদা লৈবা ঙম্মী।

**কনজংসন :**—মৈতৈয়োনগী থাহৈপরেংশিং অসি কয়েক্তীপ নত্রগা কনজংসনগী মতেংনা পুনশিনবা, শমজিন্নবা থাই। মৈতৈ-য়োনগী কনজংসন অমা হায়বসি মোর্ফিম অমা, নত্রগা থাহৈ অমা নত্রগা থাহৈ কাংলুপ অমা ওইবস্থ থাই। মৈতৈয়োনগী থাহৈপরেংশিংবু শমজিন্নবা ওস্বশিং অদু মখাদা পীরি। মদুদি :—

(১) — অমস্থং
(২) — -গা
(৩) — -গা......-গা
(৪) — -বা
(৫) — -গা লোইননা
(৬) — অদুদগী
(৭) — অদুগী মতুংদা
(৮) — -স্থ
(৯) — -স্থ....স্থ
(১০) — -নে.. -নে
(১১) — অদুনা
(১২) — মরম অদুনা
(১৩) — মরমদি
(১৪) — অদুবু
(১৫) — তৌইগুম্বস্থং
(১৬) — অদুম ওইনমক
(১৭) — অদুমকপু
(১৮) — অদুগা

(১৯) · নত্রগা

(২০) — মুক

(২১) — শুম অসিনি অসিগী মথক্তা কোমা পোজ হায়বা কনজংসন অমস্তু লৈরি।

মথক্তা পীরিবা কনজংসনশিং অসি মখাদা খুদম পীতুনা উৎলি :

(১) তোম্বা অমস্তুং ঐ শাম্নরি।

(২) তোম্বনা ঙা অমস্তুং ঐনা শা চাই।

(৩) তোম্বনা ঙা অমস্তুং ঐনা শা অমস্তুং চাউবনা হরাই চাই।

(৪) তোম্বা, চাউবা, মনি, য়াইমা অমস্তুং ঐ শাম্নরি।

(৫) ঐ ইবোহলগা শাম্নরি।

(৬ ইম্ফাল তুরেল নম্বুল তুরেলগা তিন্নরে।

(৭) ইম্ফাল তুরেলগা নম্বুল তুরেলগা তিন্নরে

(৮) ঐগা মনিগা তোম্বগা চাউবগা খুরাগা চৎলি।

(৯) ঐখোয়গী মনিংদা লৈবা, য়ুম অতুগী মনাক্তা হৌবা, হৈনৌ পাম্বীতুগী মখোংদা লৈব, নিপাতু চৎখ্রে।

(১০) ঐ তোম্বগা লোইননা শাম্নরি।

(১১) ঐ তোম্বীগা মনিগা লোইননা শাম্নরি।

(১২) মখোয়দা চৎলুই অতুদগী ঐ লাকপনি।

(১৩) তোম্বা চৎখরে অতুদগী ঐ লাকলে।

(১৪) তোম্বী চৎখরে অতুগী মতুংদা ঐ লাকলে।

(১৫) তোম্বস্তু ঐস্তু চৎকনি।

(১৬) চাউবস্থু চৎকনি।

(১৭) তোম্বনে ঐনে মনিনে চৎলি।

(১৮) মখোয় চত্তে অদুনা ঐশু চত্তরে।

(১৯) মখোয় য়াম্না তল্লি মরম অদুনা (মখোয়) লাইরে।

(২০) ঐ লাক্নরোই মরমদি ঐ নারে।

(২১) তোম্বদি চাথ্রে অদুবু ঐদি চাদ্রি।

(২২) মহাক্না তাম্বখি তৌইগুম্বসুং চাওববু কংবদি ওমখিদে।

(২৩) ঐনদি হায়নবনি অদুম ওইনমক কায়গনি থাজদে।

(২৪) তোম্বনা তৌরিবনি অদুমকপু নংস্থু খর য়াওবিয়ু।

(২৫) নং চৎলুখো অদুগা হায়গে।

(২৬) নং তৌগেরা নত্রগা মওোন্দা হায়য়ুরা?

(২৭) তোম্বা চাউবমুক চাওই।

(২৮) মনি চাউবগুম চৎলি।

কনজংসনশিং অসি পুন্না লৈমিন্নরস্থু য়াই। মতুদি :—

(২৯) ঐ অমস্থুং চাউবা তোম্বগা চৎলি।

(৩০) ঐ অমস্থুং চাউবা তোম্বগা লোইনন চৎলি।

কনজংসনশিং অসিনা রাহৈপরে কয়ামক্রম শমজিন্নবা য়াই হায়বদি মশিং খিব ওমদবমখৈ রাহৈপরেংশিং শমজিন্নবা য়াই।

কনজংসনশিং অসি মখোয়না শমজিন্নক্রিবা রাহৈপরেংশিং অদুগী মওংদগী য়েংলগা মখল মঙ থোক্ল থায়দোকই। মতুদি :—

কোওর্দিনেতিং কনজংসন :—গ্রামাতিকেল্লি চপ মান্নবা সেন্তেন্সশিং শমজিন্নরিবা কনজংসন অদুবু কোওর্দিনেতিং কনজংসন

কৌই। মখোয়শিং অহুদি :— অমস্তুং, অহুবু, তৌইগুম্বস্তুং, অহুম ওইনমক, নত্রগা, অসিনি। খুদম :—

(৩১) চাউবা অমস্তুং তোম্বা চৎলি।

(৩২) তোম্বা চাক চাই অহুবু মহাক্তি চাদে।

(৩৩) য়াইমনা হায়খি অহুবু ঐনা য়াখিদে।

(৩৪) ইবোতোম্বা কৌখি তৌইগুমস্তুং তোমালদি লাকখিদে।

(৩৫) তোমচা চৎলুরে অহুম ওইনমক মহাক কায়বদি কংখিদে।

(৩৬) মনি নত্রগা ইবোচা চৎকনি।

(৩৭) মনিনা চৎকত্রা নত্রগা নংনা চৎকত্রা ?

মথক্কী খুদম (৩১) গুবদা য়াওরিবা 'চাউবা অমস্তুং তোম্বা চৎলি' হায়বসিদা 'চাউবা' হায়বা অমগা 'তোম্বা চৎলি' হায়বা অমগা অনি অসি 'অমস্তুং' হায়বা কনজংসন অমনা শমজিন্নরি। অহুগা মসি য়েংবদদি অমনা রাহৈ ওইনা অহুগা অমনা রাহৈপরেং ওইনা উই অহুবু মখোয় অনি অসি গ্রামাতিকেল্লি চপ মায়বা সেম্ভেন্সশিংনি। মসিগী মনুংদা য়াওরিবদি 'চাউবা চৎলি' হায়বা অমগা 'তোম্বা চৎলি' হায়বা অমগনি। অহুগা 'চৎলি' হায়বা ভার্ব অসি হঙ্গন-হঙ্গন্না শিজিন্নবগী মহুত্তা অমা লৌথোকখিবনি। করিগুম্বা 'চাউবা চেল্লি' হায়বা অমগা শমজিন্নবা তারবদি তোঙান-তোঙানবা ভার্ব ওইরবনিনা ভার্ব অনিমক চোংথোরক্তুনাময়েক শেংনা মথাগী অস্তুয়া উৎপা তাবনি। মহুদি—'চাউবা চেল্লি অমস্তুং তোম্বা চৎলি'। অহুনা মখোয়শিং অসি কোওর্দিনেটিং কনজংসন হায়নরিবনি।

**কোরিলেতিপ কনজংসন** :—কোওর্দিনেতিং কনজংসননা তৌবগুম্না কোরিলেতিপ কনজংসনশিংসু গ্রামাতিকেল্লি মান্নবা থাহৈপরেংশিং শমজিন্নৈ। অদুম্নদি ওইরগা মথোন্নগী মরক্তা খেন্নরিবদি কোরিলেতিপ কনজংসনশিং অসিদি জুরা জুরা ওইনা লৈ। মথোন্নশিং অদুদি :— -সু.....সু, -গা......গা, -সু....গা, -নে....ন, অসিনি। খুদম :—

(৩৮) ঐসু তোম্বসু শান্নরি।

(৩৯) ঐগা তোম্বগা চৎলি।

(৪০) তোম্বসু মনিগা চৎলি।

(৪১) মানে চাউবনে চাক চাই।

**কম্পেরেতিপ কনজংসন** :—মসিসু কোরিলেতিপ কনজংসনগা মান্নদি মানৈ। অদুগা খেন্নরিবা হায়ববু মসিদদি চাংদম্নবগী মওং থরা চংই। মথোন্নশিং অদুদি :— -মুক, -গুম, অসিনি। খুদম :—

(৪২) মনি নওমুক চাওই।

(৪৩) চাউবা ইবোবীগুম চৎলি।

**কর্নসিক্যুয়েন্সিয়েল কনজংসন** :—মসিদদি অনি নত্রগা অনিদগী হেনবা থাহৈপরেংশিং শমজিন্নৈ, অদুবু থাহৈপরেংশিং অদুগী মতুংদগী অমদি শমজিন্নরিবা থাহৈপরেংশিং অদুগী মতুংদগী অমগী রিজল্ট (ফল) দগী থোকপনি। মথোন্নশিং অদুদি :— অদুগী মতুংদা, অদুনা, মরম অদুনা, মরমদি, অদুগা, অদুমকপু, অদুদগী, অসিনচিংবা। খুদম :—

(৪৪) তোম্বা চৎখরে **অদুগী মতুংদা** ঐ লাকলে।
(৪৫) মানা চৈথি **অদুনা** ঐ চারোই।
(৪৬) ইবোতোন পাংভি **মবম অদুনা** মী খৎনৈ।
(৪৭) চাউবা লাক্লরোই **মরমদি** মগাক নারে।
(৪৮) নং চৎলো **অদুগা** চারুরো।
(৪৯) ঐনা শেম্বনি **অদুমকপু** থাজদে।
(৫০) ঐনা তাকপনি **অদুদগী** খঙডে।

**সবোর্দিনেতিং কনজংসন :**—গ্রামাতিকেল্লি মান্নদবা ৱাহৈ-পরেংশিং শমজিন্নবা কনজংসনবু সবোর্দিনেতিং কনজংসন হায়না খঙনৈ। মখোয়শিং অদুদি মথক্তা পনগ্রিবা কনজংসনশিং অসি নত্তবা অতৈ লেমহৌরিবাশং অদুনি। খুদম :—

(৫১) তোম্বা চাউবগা চৎলি।
(৫২) ঐ মাগা লোইননা চৎলি। অসিনচিংবনি।

**সবষ্টেনতিপস :**— সবষ্টেনতিপস হায়বসি ৱাহৈ কালুপ অমনি। মখোয়শিং অসিদি নাউন ওইনা লৈবস্থ ঙম্মী অদুগা মোদিফায়ার ওইনা লৈবস্থ ঙম্মী। মখোয়শিং অসিনা নাউন অমগা লৈমিন্নবা মতমদা নাউন অদুগী মগুণ কোংদোকই। মরম অসিদগী মখোয়শিং অসিবু সবষ্টেনতিপস হায়না কৌরিবনি। খুদম :—

**অচাবা মী**
**অঙাংবা লৈ**
**ফজবা নুপা**

সবষ্টৈনতিপসশিং অসিদি নাউনগী মমাং অমস্তুং মতুংদা লৈবা ঙম্মী। মখোয়না মতুংদা লৈবা মতমদা নাউন অহুদগী মখোয়বু খায়দোক্তুনা নৈনবা য়াদে। অহুনা ফ্রেজনি হায়না লৌবদি য়াই।
খুদম :—

মসিদা লৈ অঙাংবা অমা শাৎলে।

মসিদা অঙাংবা লৈ অমা শাৎলে।

অঙাং ফজবা অমা চেল্লি।

ফজবা অঙাং অমা চেল্লি।

মথক্তা পীরিবা খুদমশিং অসিদা 'অঙাংবা' অমদি 'ফজবা' হায়রিবশিং অসি মোদিফায়ারগী মথৌ তৌরে। অহুবু মথাগী খুদমশিংদা মখোয়শিং অসি নাউন ওইনা লৈ। খুদম :—

অঙাংবদু হেকউম্মু।

ফজবদুদি কদায়দা চৎত্রে ?

অচাবদু খঙলে।

মহাক চাবা হৈরে। অসিনচিংবা।

মথক্তী য়াহৈপরেংদা য়াঙরিবা অঙাংবদু ফজবদুদি, অচাবদু, চাবা, থায়বা য়াহৈশিং অসি মতাং অসিদা নাউন ওইনা শিজিন্নরে। মরম অসিদগী মখোয়শিং অসিবু সবষ্টৈনতিপস হায়না কৌই।

**ন্যুমরেল :**—মশিং তাকপা য়াহৈবু ন্যুমরেল হায়না খঙনৈ। ন্যুমরেলশিং অসিদি নাউনগী মোদিফায়ারনি। মখোয় অসি কার্দিনেল অমস্তুং ওর্দিনেল হায়দুনা মখল অনি থোক্না খায়দোকই।

কার্দিনেলগা ওর্দিনেলগসি তোঙান-তোঙানবা ফিভমদা য়াওই। কার্দিনেলনা নাউনগী মতুংদদমক য়াওবা ওন্মী অহুগা ওর্দিনেলদি নাউনগী মমাংদদমক য়াওই। খুদম :—

মী অমা
অঙাং অহুম
অহানবা মী
অহুমশুবা অঙাং অসিনচিংবা।

অমা, অহুম, অসিনচিংবা মশিংশিং অসি কার্দিনেল নম্বর নত্ত্রগা ন্যুমরেল হায়না খঙনৈ। অহানবা নত্তনা অতৈ ওর্দিনেল ন্যুমরেলশিংদি কার্দিনেল কোর্মদা -'শুবা' হায়বসি তপ্তুনা শেন্মী। খুদম :—

| কার্দিনেল | ওর্দিনেল |
| --- | --- |
| অনি | অনিশুবা |
| মঙা | মঙাশুবা |
| নিপান | নিপানশুবা |
| কুন | কুনশুবা অসিনচিংবা। |

**কার্দিনেল :**—হৌজিক্কি মৈতৈরোনগী কার্দিনেল অসি বিন্দা নত্ত্রগা বৃন্দা হায়বসিফাওবা থিনরে। তরা, কুন, কুন্থ্রানচিংবা তরা তরাগী শরুক অসিদগী চাউখৎলকপা নত্ত্রগা হেনগৎলকপা মশিং থিবদা অমা, অনি, অহুম, হেনবা ফাওবদি 'অ' হায়বা শরুক অহু লৌথোকপ্রগা লেমহৌবা শরুক 'মা, নি, হুম' হায়বসিদা 'থোই' নত্ত্রগা 'দোই' তপ্তুনা শেন্মী। খুদম :—

তরা অমা খোই=তরামাখোই

তরা অনি খোই=তরানিখোই

কুন অহুম দোই=কুনহুমদোই

নিফু অমা খোই=নিফুমাখোই অসিনচিংবা।

অহুগা অহুমদগী হেনখিবশিং হেঙ্গৎলকপদদি মরি, মঙা, তরুক, অসিনচিংবা অহু মওং কাইহন্দনা তপশিল্লি অহুগা 'খোই' নত্রগা 'দোই' হায়বসি তপ্তে। খুদম :—

তরামরি

কুনমঙা

য়াংখৈমাপন

হুম্ফুতরেৎ অসিনচিংবা।

**ওর্দিনেল :**—মথক্তা পনখ্রে মহুদি ওর্দিনেলগী 'অহানবা' হায়বা অসি নত্তনা অতৈদি কার্দিনেলদা '-শুবা' হায়বসি তপ্তুনা শেম্মী। খুদম :—

অহানবা

অনিশুবা

চামশুবা

লিশিংশুবা অসিনচিংবা।

## নৈনবা

১। মৈতৈরোনগী ৱার্দ ক্লাসশিং অহু করি করিনো? মখোয়গী মরমদা শন্নপ্না ইয়কউ।

২। মৈতৈরোনগী নাউন একিক্সশিংগী মরমদা ইয়কউ।

৩। মৈতৈরোনগী নাউনবু দিপেণ্ডেণ্ট অমদি নন-দিপেণ্ডেণ্ট হায়না খায়দোকপগী মরম পীদুনা নৈনরকউ।

৪। মৈতৈরোনগী কম্পাউণ্ড নাউনগী মরমদা ইরকউ।

৫। মৈতৈরোন্দা ভার্ব করম্না শেম্বগে ?

৬। মৈতৈরোনগী অসপেক নত্রগা মোদেলিতি খণ্ডহনবা এক্কিক্স-শিং অদু করি করিনো ?

৭। ৱাহৈ অমগী মনুংদা পাষ্ট, প্রজেণ্ট অমস্মুং ফ্যুচর তেন্স মার্কর অতুম্মক পুম্না লৈবা য়াবরা ? শুগায়না নৈনরকউ।

৮। মৈতৈরোনগী মোদিফায়ারগী মরমদা শুগায়না ইরকউ।

৯। মৈতৈরোনগী প্রনাউন মখল কয়া শুই ? করি করিনো ? নৈনৌ।

১০। মৈতৈরোনগী ইন্টেরোগেটিপ প্রনাউনশিংগী তোঙান-তোঙানবা শরুকশিং অদু করি করিনো ?

১১। মৈতৈরোনগী কঞ্জংসনগী মরমদা শুগায়না ইরকউ।

১২। সবষ্টৈনতিপস হায়রগা করিবু খঙনৈ ? শুগায়না নৈনরকউ ?

১৩। মৈতৈরোনগী ন্যুমরেলগী মরমদা ইরকউ। মতৌ করম্না মৈতৈরোনগী গুদিনেল শেম্বগে ?

---

## ১১

# ইদিওমেতিক ফ্রেজ

মৈতৈরোন্দা ৱাহৈশিংনা পুনশিন্নৱগা ওইবা কাংলুপ মখল অমা লৈ। মখোয়শিং অসি য়াম্না তোঙনা শিজিন্নৈ। মখোয়শিং অসিদা য়াওরিবা ৱাহৈশিং অহু মশাগী অর্থ লৈবস্থ য়াওই, লৈতবস্থ য়াওই। করিগুম্বা মতমদা মখোয়গী মশাগী অর্থ অহু নত্তবা অতোপ্পা ইতোপ-তোপ্পা অর্থ অমা খঙহল্লি। মখোয়শিং অসি মরুওইবা মখল অহুম থোক্না খায়দোকপা য়াই মহুদি :—

(ক) অর্থ চেনবা ৱাহৈগা অর্থ লৈতবা ৱাহৈগনা পুল্লগা ওইবা ;

(খ) অর্থ চেনবা ৱাহৈশিংনা ওইবা অহুগা মশাগী অর্থ মাংদনা লৈবা ;

(গ) অর্থ চেনবা ৱাহৈশিংনা পুল্লগা ইতোপ-তোপ্পা অর্থ অমা খঙহনবা অসিনি।

### (ক) অর্থ চেনবা ৱাহৈগা অর্থ লৈতবা ৱাহৈগা পুল্লগা ওইবা :—

মসিদদি ৱাহৈ কাংলুপ অহুদা য়াওদবা ৱাহৈ অমা শোয়দনা য়াওগনি। খুদম :—

স্থমাং-খেলোং,

য়েনখা-লুকখা,

চীং-মান,

নারক-মোংশোং,

উচেক-রায়া,

কৈরোই-লৈকাই, অসিনচিংবা।

মথক্তা পীরিবা খুদমশিং অসিদা স্থমাং, চীং, য়েনখা, উচেক, অসিনচিংবা অসিদি মশাগী অর্থ লৈরে অতুবু মান, মোংশোং, রায়া-নচিংবশিংদি অর্থ লৈতে।

(খ) অর্থ চেনবা রাহৈশিংনা ওইবা অতুগা মশাগী অর্থ হোংলবা :—

মসিদদি রাহৈশিং অতু অর্থ চেনবা ওইগনি লোইননা মখোয়গী অপুনবগী অর্থ অতু ফোংদোকপা ঙমগনি। খুদম :—

শা ঙা,

কৈ-য়েন,

হৈরাং-লৈরাং (হৈ-লৈ),

সনা-লুপা,

য়ুম্নাক-শাগৈ, অসিনচিংবা।

মথকী খুদমশিংদা য়াওরিবা পুম্নমক অর্থ চেন্নবা রাহৈ ঙাক্তনি। মখোয়গী অর্থ অপুনবা অতুস্থ ফোংদোকলি।

(গ) অর্থ চেনবা রাহৈশিংনা পুন্নগা ইতোপ-তোপ্পা অর্থ অমা থগুহনবা :—

মসিদদি অর্থ লৈবা রাহৈশিংনা পুনশন্নগা ইত্তোপ-ত্তোপ্পা অর্থ অমা থোকহনবনি। খুদম :—

উক্রম-রাক্রম,
নাপী-শিংনা,
উৎন -রাইন -খুম্বা,
মিৎ-নাকোং,
ইচে-ইচল,
মীমাং-ফম্বা
কৈথেল-থোকপা,
চফু-উয়ান ময়রাং থুবা, অসিনচিংবা।

মথক্তা পীরিবা খুদমশিং অসিদগী খঙবা ঙমলে মহুদি রাহৈশিং অহুগী মশাগী অর্থ অহু মাংপ্রগা ইনৌ-নৌবা অর্থ অমা পোকলকলে। 'নাপী-শিংনা' হায়রগা 'লিনবু' খঙনরে, 'মীমাং ফম্বা' হায়রগনা 'চোপ্পা নংববু, খঙনরে। অহুনদি রাহৈশিং অহুগী অর্থ অহু মাংথ্রে।

## নৈনবা

১ মৈতৈরোনগী ইদিওমেত্তিক ক্রেজগী মরমদা ইরকউ।
২। ত্তোঙান-ত্তোঙানবা মৈতৈরোনগী ইদিওমেত্তিক ক্রেজশিং অহু করি করিনো ?
৩। মৈতৈরোনগী ইদিওমেত্তিক ক্রেজ মখল কয়া লৈ ? খুদম পীদুনা তাকউ।

---

# ১২

# ৱার্দ ওর্দর

ৱার্দ হায়বদি ৱাহৈ হায়বনি। ৱাহৈ অমা হায়বসিগা মোর্ফিমগা খৈদৈন্নে। মোর্ফিম হায়বসিদ স্রুপ্নগী অর্থ চেনবা শরুক অহুতবু খণ্ডনবনি। মোর্ফিমদি ৱাহৈ ওইবসু য়াওই ওইদবসু য়াওই। মোর্ফিম অমা নত্রগা অমদগী হেনবনা ৱাহৈ ওই। শম্মা হায়রবদা ৱাহৈ হায়বসিদি ৱাহৈপরেংশিংদা মতোমতা লেপচবা ওম্না শরুক অহুবুনি। 'ঐ চাক চাই' হায়বা ৱাহৈপরেং অসিদা য়াওরিবা ঐ, চাক, অমসুং চাই, হায়রিবা শরুক অহুম অসি ৱাহৈ ঙাক্কুনি। অহুবু 'চাই' হায়বসিদদি মোর্ফিম অনি (চা+ই) য়াওরি।

ৱার্দ হায়বসি করিনো। হায়বহু মথক্তা শমলপ্না পনখ্রে। 'ৱাহৈ' হায়বসি মশক তাকপা য়াম্না লাইবা ৱাকম নত্তে। মসিদা তোঙান-তোঙানবা খেন্নবা মোৎ কয়ামরুম লৈ। অহুবু মহুদি ঐখোয়না নৈনদ্রে ৱার্দ ওর্দর হায়রগা। ঐখোয়না ৱাহৈ-পরেংশিংদা ৱাহৈ কাংলুপশিং অহুনা নত্রগা ৱাহৈশিংনা লৈবা

ওয়া কিতম অহুবুনি। অহুবু ফ্রেজ অমদি ক্লোজশিংদা লৈবগী মওং অহুম্ন নৈনবা দরকার লৈ। ইহান হানবদা রাহৈপরেংশিংদা রাহৈশিংনা য়াওরুবগী মথং-মনাও অহু য়েংশি। রাহৈপরেংশিংদা লৈরিবা মৈতৈরোনগী রার্দি ওর্দরদি অয়াম্বনা নাউন+নাউন+ভার্বনি। মসি অচম্বা মওংদা সবজেক্ট+ওবজেক্ট+ভার্বনি হায়না লৌবস্নু য়াই। অহুবু মৈতৈরোন্দদি ওবজেক্টকা ভার্বকা তাই-নহুনা লৈতবা য়াদে হায়বা থোইদোকপা নিয়ম লৈতে। সবজেক্টকা ওবজেক্টকা ওন্থোক্নহুনা লৈবা মতমদস্নু রাহৈপরেংহুগী অর্থদা অহোংবা অমত্তা লৈতে। মার্করশিং য়াওবা য়াওদবা হায়বতুস্নু করি থোইদোক্কে। খুদম :—

তোম্বনা চাউববু ফুই।
চাউববু তোম্বনা ফুই।
চাউবা তোম্বনা ফুই।
তোম্বনা চাউবা ফুই।
ঐ চাক চাই। অসিনচিংবা।

মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমলে মহুদি সবজেক্টকা ওবজেক্ট য়াওফম ওন্থোকনবনা রাহৈপরেংশিংদা অহোংবা পীবা ঙমদে।

মৈতৈরোন্দা ফ্রেজশিংদা রার্দি ওর্দর অসি মখাগী অম্নয়া লৈ।

ভার্ব ফ্রেজশিংদদি মোদিফায়ারশিং অসি মতম পুন্নমক্তা ভার্বকী মমাংদা লৈ। খুদম :—

কন্না চেল্লি
থুনা চারি
য়াংনা থৌরি

নাউন ফ্রেজশিংদদি মোদিফায়ারশিং অসি মমাংদা লৈবস্তু য়াওই মতুংদা লৈবস্তু য়াওই। খুদম :—

কন্না চৎপা
থুনা চাবা
অঙাং অমা
অঙাং অনি
অঙাং অহুম
অঙাংবা লৈ
লৈ অঙাংবা

মথক্কী খুদমশিংদা য়াওরিবা কন্না, থুনা হায়বসিদি মতম পুম্নমক্তা নাউনগী মমাংদা লৈ। অমা, অনি, অসিনচিংবা ন্যুমেরেলশিং অসিনা নাউনগী মতুংদা লৈ অদুগা 'অঙাংবা' হায়বসিগুম্বা সবষ্টেনতিপসশিং অসিদি মমাং নত্রগা মতুং অনিমক্তা লৈ।

## নৈনবা

১। মৈতৈরোনগী ৱার্দ ওর্দরগী মরমদা শুগাইনা ইরকউ।
২। মৈতৈরোনগী মোদিফায়ারশিংনা ভার্ব অমদি নাউন ফ্রেজদা লৈবগী মওং তাকউ।

MPSC (MAIN)

# ১৩

## ফ্রেজ অমসুং ক্লোজ

রাহৈ অমা নত্রগা অমদগী হেনবনা পার্টস ওফ স্পীচ অমগী থবক্তি তৌবা অহুবু মহুদা সবজেক্ট নত্রগা প্রদিকেট হায়না খায়দোক্তুনা উৎপদি য়াদবা রাহৈ নত্রগা রাহৈগী কাংলুপ অহুবু ফ্রেজ হায়না খঙনৈ। খুদম :—লৈ অমা, লুপা অমা, অঙাংছু, মী অমুবা, উচেক অসি, শাৎলি, হায়বনচিংবশিং অসি মৈতৈরোনগী ফ্রেজ ঙাক্তুনি। অদুগা 'লৈ অঙাংবা অমা ফজনা শাৎলে' হায়বা রাহৈপরেং অসিদদি 'লৈ অঙাংবা' হায়বা ফ্রেজ অমগা 'ফজনা শাৎলে' হায়বা ফ্রেজ অমগা ফ্রেজ অনি য়াওরি। মতৌ অসুম্না 'মহাক্না পীরকপা লাইরিক অদু ফৈ' হায়বা রাহৈপরেং অসিদদি ক্লোজ অমগা ফ্রেজ অনিগা য়াওরে। মখোয়শিং অদুদি :—'মহাক্না পীরকপা' হায়বা ক্লোজ[১০] অসিমগা 'লাইরিক অদু' অমদি 'ফৈ' হায়বা ফ্রেজ অনিসিগনি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙমলে মহুদি রাহৈপরেং অমদা ফ্রেজ অমদগী হেন্না লৈবা য়াই।

---

[১০] ক্লোজ অসি মোদিফিকেতিপ ফ্রেজগী থবক্তি তৌই। মসি কোয়া নৈনরকনি।

মৈতৈরোন্দা লৈরিবা ফ্রেজশিং অসি মরুওইবা মখল মঙা খোক্লা খায়দোকপা য়াই। মথুদি:—

(ক) নাউন ফ্রেজ,

(খ) ভার্ব ফ্রেজ,

(গ) মোদিফিকেতিপ ফ্রেজ,

(ঘ) কঞ্জংসন ফ্রেজ অমসুং

(ঙ) ইন্টর্জেক্সন ফ্রেজ অসিনি।

(ক) নাউন ফ্রেজ:—নাউন নত্রগা প্রনাউন অমনা মপুং ওইবা মথুদা অতৈ রাহৈ হাপচিনবা নত্রগা এফিক্সশিং তপশিল্লবসু নাউনগী থবক তৌরবা নাউনগী লৈকমদা লৈবা ওমথুনা নাউনগী এফিক্সশিং তপশিনবা য়াবা রাহৈ নত্রগা রাহৈ কাংলুপ অথুবু নাউন ফ্রেজ হায়না খঙৈ। খুদম:—

লাইব্রিক অথু,

কলমনি,

ওবা হেড মাষ্টরনা

অমুবা নিপা,

কনানো,

কনা-কনা,

নখোয়-ঐখোয়নবু, অসিনচিংবা অসিনি।

ভার্ব ফ্রেজ:—ভার্ব অমনা মপুং ওইবা মথুদা অতৈ রাহৈ হাপচিনবা নত্রগা এফিক্সশিং তপশিল্লগসু ভার্বকী থবক তৌরবা

অমদি ভার্বকী মকমদা লৈবা ওয়বা লোইননা ভার্বকী এফিক্সশিং তপশিনবা য়াবা য়াহৈ নত্রগা য়াহৈ কাংলুপ অদুবু ভার্ব ফ্রেজ হায়না খঙনৈ। খুদম :—

য়াম্না ফজে,
পামই-পামদে,
শুদোকউ,
ফজনা য়েকউ,
কয়া চেল্লি, অসিনচিংবা অসিনি।

(গ) মোদিফিকেটিপ ফ্রেজ :—এডজেকেটিভ নত্রগা এড-ভার্বকী থবক তৌবা ফ্রেজবু মোদিফিকেটিপ ফ্রেজ হায়না খঙনৈ। খুদম :—

এডজেকটিভকী থবক তৌবা ফ্রেজ : —

তরু-তরুবা,
তরু-তরুবা ফজবা,
ওরাং লাক্লম্বা,
মশা করবা,
অফবা, অসিনচিংবা অসিনি।

এডভার্বকী থবক তৌবা ফ্রেজ :—

থবক কয়া শু।
য়াম্না য়াংনা চেল্লি।
তরু-তরুনা লৈ।

মথক্তা পীরিবা খুদমশিং অসিদা অরাবা ময়েক্তা ইরিবশিং অসি এডভার্ব ফ্রেজ ওাক্তনি।

এডজেকটিভ নত্রগা এডভার্বকী থবক তৌবা ফ্রেজ :—

কয়া চৎপা,

য়াংনা চেনবা,

তরু তরুনা লৈবা,

য়ায়া য়াংনা চৎপা, অসিনচিংবা অসিনি।

**কঞ্জংসন ফ্রেজ :**—কঞ্জংসনগী থবক তৌবা ফ্রেজবু কঞ্জংসন ফ্রেজ হায়না খঙনৈ। খুদম :—

অহুম ওইনমক,

মরম অহুনা,

অহুবু, অসিনচিংবা অসিনি।

**(ঙ) ইণ্টর্জেক্সন ফ্রেজ :**—অঙকপা, অনাবনচিংবা, খঙহৌদনা কাওরকপা ফোংদোকপা ফ্রেজবু ইণ্টর্জেক্সন ফ্রেজ হায়না খঙনৈ খুদম :—

ইস!

ইহে!

মাংঙেদনা!

ইমাইপেম্মা! অসিনচিংবা অসিনি।

**ক্লোজ :**—হায়বসিদি সবজেক্ট অমদি প্রেদিকেট হায়না খায়দোক্তনা উৎপা য়াবা, রাহৈপরেং ওইনা মতোমতা লেপচবা

ওয়স্তু য়াবা, ওয়দবস্তু য়াবা, রাহৈপরেং নত্রগা রাহৈপরেং মচা অহুবুনি। মৈতৈরোন্দা ক্লোজ হায়বসি মখল অনি খোক্লা খায়দোকই। মহুদি :—




**দিপেন্দেণ্ট ক্লোজ :**--মশা মতোমতা রাহৈপরেং ওইনা লেপ্পা ওয়দবা ক্লোজবু দিপেণ্ডেন্ট ক্লোজ হায়না খঙনৈ। খুদম :—

মহাক খঙদে হায়বদু অচুম্বনি।
চাওবা চাক চাগ্রে অদুগা চৎখরে।
মহাক্না পীরকপা লাইরিক অদু কৈ।

মথক্তা পীরিবা খুদমশিং অসিদা অয়াবা ময়েক্লা ইরিবশিং অসি দিপেণ্ডেন্ট ক্লোজনি। মথক্তা 'মহাক্না পীরকপা' হায়বসি মোদিফিকেতিপ ক্লেজগী থবক তৌরবস্তু ক্লোজনি হায়না হায়গে। মরমদি 'লাইরিক অদু করম্বনো' নত্রগা 'করম্বা লাইরিকনো' হায়না লাইরিক অদু মশক তাকলকপা মতমদা 'মহাক্না পীরকপা লাইরিকনি' হায়না শিজিন্নবা মতমদদি মসি 'লাইরিক' কী মশক তাক্লনবা ক্লেজ ওইনা উই। অদুবু তশেংবদি মহু নত্তে। রাহৈপরেং অসিগী মনুংদা রাহৈপরেং অনি য়াওরি মহুদি 'মহাক্না পীরকই' নত্রগা 'লাইরিক অদু মহাক্না পীরকই' হায়বা রাহৈপরেং অমগা 'লাইরিক অদু কৈ' হায়বা রাহৈপরেং অমগনি। মতৌ অসুম্না মৈতৈরোন্দা ক্লোজ কয়ামরুম য়াওবা রাহৈপরেং লৈ।

অহুবু অহুগুম্বা ৱাহৈপরেংশিং অহুদদি মমাং থংবা ক্লোজ অহুনা মথংগী ক্লোজগী সবজেক্টপু মোদিকাই তৌই। খুদম :—

**ঐখোয়গী মনিংদা হৌবা, হৈনৌ পাম্বী অহুগী মখোঙদা লৈবা, অচৌবা পুখ্রিহুগী মপান্দা লৈবা, থাংপোকশং অহুদা লৈবা, নিপা অহু চৎখ্রে।**

মথক্কী ৱাহৈপরেং অসিদগী —

(ক) **হৈনৌ-পাম্বী অহু** ঐখোয়গী মনিংদা হৌই,

(খ) **অচৌবা পুখ্রিহু** হৈনৌ পাম্বী **অহুগী** মখোঙদা লৈ,

(গ) **থাংপোকশং অহু** অচৌবা পুখ্রিহুগী মপান্দা লৈ,

(ঘ) **নিপা অহু** থাংপোকশং অহুদা লৈ

(ঙ) নিপা অহু চৎখ্রে।

হায়বা ৱাহৈপরেং মঙা থোক্লা থায়দোকপা য়াই। অহুনদি মথক্কী ৱাহৈপরেংদা ( , ) কোমা লৈরিবা খুদিংমক অসি ৱাহৈপরেং অমমমনি। অহুবু 'নিপা অহু চৎখ্রে' হায়বা ৱাহৈপরেং অসি নত্তনা অতৈ ৱাহৈপরেংশিংদি মনিংতমদবা হায়বদি দিপেন্দেন্ট ক্লোজ ওাক্কনি।

**ইন্দিপেন্দেন্ট ক্লোজ :**—মশা মতোমত্তনা ৱাহৈপরেং ওইনা লেপচবা ওম্বা ক্লোজবু ইন্দিপেন্দেন্ট ক্লোজ হায়না খঙনৈ। ইন্দিপেন্দেন্ট ক্লোজদি মহৌশানা অচম্বা ৱাহৈপরেংশিং ওাক্কনা ওই। মথক্কী খুদমশিংদা য়াওরিবা **মহাক খঙদে ; চাওবা চাক চারে ; লাইরিক অহু ফৈ ;** অমদি **নিপা অহু চৎখ্রে** হায়বা ৱাহৈপরেংশিং অসি ইন্দিপেন্দেন্ট ক্লোজগী খুদমনি।

## নৈনবা

১। ক্রেজ হায়বসি করিনো ? খুদম পীহুনা তাকউ।

২। নাউন ক্রেজ/ভার্ব ক্রেজ হায়বসি করিনো ? খুদম পীহুনা মৈতৈরোনগী নাউন ক্রেজ/ভার্ব ক্রেজগী মশক তাকউ।

৩। মৈতৈরোনগী ক্রেজ মখলশিং অহু করি করিনো ? মখোয়গী মরমদা ইরকউ।

৪। ক্রেজগা ক্লোজগা করি খৈদোউ ? খুদম পীহুনা তাকউ।

৫। মৈতৈরোনদা ক্লোজ মখল কয়া শুবগে ? মখলশিং অহু খুদমগা লোইননা তাকউ।

৬। ক্রেজ অমদি ক্লোজ খন্দোকপা মখোয়গী মখলশিং তাকউ। তোম্বখোইগী মনিংদা লৈবা, য়াম্না তোংবা, লৈতেম মায়বা লম্পাকুগী, চিংথৈ ওইরপা হৌবা, হৈনৌ পাম্বী অহু, ঙরাংগী নোং-নুংশিত্তুদা তেকলে।



# ১৪

# ৱাহৈ পরেং

ট্রেদিসনেল গ্রামারিয়ানশিংগী মত্তা ৱাহৈ খরনা মপুংফাবা অর্থ অমা কোংদোকলবদি ৱাহৈশিং অদুগী অপুনবদুবু ৱাহৈপরেং হায়না কৌই। মসিদি চৎনবা য়াদবা দিফিনিশননি মরমদি মপুংফাবা অর্থ হায়বসি করিনো হায়বদু শেংনা তাকপা হায়বসিদি ংইথোক্তে। অদুনা ৱাহৈপরেং অমা হায়বসিদি শম্না হায়বদা নিয়ম খরগী মখাদা সিন্তেকতিক আইতেম হায়বদি ৱাহৈশিং, ফ্রেজশিং অমদি ক্লোজশিংনা পুনশিন্দুনা শেম্বা মদুবু সবজেক্ট অমদি প্রেদিকেট হায়না খায়দোকপা য়াবা অদুগুম্ব শরুক অদুবুনি। খুদম :—

ঐ'নি।

মহাক তোম্বনি।

ঐ চৎলে।

মশক ফজবা নিপা অদু নংগা করি থোক্কে ?

ঐনা ঙা চাই, তোম্বনা শা চাই, অদুগা মনিনা য়েরুম চাই।

মথক্কী খুদমশিং অসিদগী খণ্ডবা ওমলে মহুদি রাহৈপরেং অমা হায়বসিদা তোঙান-তোঙানবা রাহৈপরেং অমদগী হেন্না লৈবম্ব য়াই। মথক্কী খুদমদা য়াওরিবা ঐনি, মহাক তোম্বনি; হায়বশিং অসিস্থ রাহৈপরেং অমমমনি অহুবু মখোয়শিং অসিদি ইন্দিপেণ্ডেন্ট ক্লোজ অমথক্কুংনা ওইবা রাহৈপরেংনি। অহুগা ঐনা ঙা চাই, তোম্বনা শ। চাই অহুগা মনিনা য়েরুম চাই; হায়বা রাহৈপরেং অসিদদি ইন্দিপেণ্ডেন্ট ক্লোজ অহুম হায়বাদ রাহৈপরেং অহুম য়াওরি। মসিদগী হায়বদি মখোয়গী মনুংদা য়াওরিবা ক্লোজগী ষ্ট্রকচরদগী য়েংলগা রাহৈপরেংবু মখল অহুম খোক্লা খায়দোকপা য়াই। মহুদি :—




**সিম্পল :**—ইন্দিপেণ্ডেন্ট ক্লোজ অমথক্কুংনা ওইবা রাহৈপরেংবু সিম্পল হায়বদি অচম্বা রাহৈপরেং হায়না খণ্ডনৈ। খুদম :—

ঐ চাক চাই।
তোম্বনা চাউববু ফুই।
ঐখোয় ইরোইরি।
মহাক ওরাং লাকই।

**কম্পাউণ্ড :**—ইন্দিপেণ্ডেন্ট ক্লোজ অনি নত্রগা অনিদগী হেনববু কঞ্জংসন নত্রগা কোওর্দিনেতরনা শমজিন্নরগা মহুনা রাহৈপরেং

অমা ওইরবদি মহুবু কম্পাউণ্ড হায়রবদি তিনশিন্নরগা ওইবা ৱাহৈ-পরেং হায়না খঙনৈ। খুদম :—

ঐনা চাক চারি অদুগা তোম্বনা চা থকলি।
ঐ কৈথেল্দা চৎকনি, মনিনা য়ুম শংহৌগনি।
মহাক লাকনি অদুদতা ঐখোয় চৎকনি।

**কমপেক্স :**—ইন্দিপেণ্ডেণ্ট ক্লোজগা নন-ইন্দিপেণ্ডেণ্ট/দিপেণ্ডেণ্ট ক্লোজগা পুল্লগা ওইবা ৱাহৈপরেংবু কমপ্লেক্স হায়রবদি য়ানশিন্নরগা শেম্বা ৱাহৈপরেং হায়না খঙনৈ। খুদম :—

মহাক চাক চাররোই হায়রে।
চাউবী মশক কৈজে অদু ওইরবসু মবুক্তি ফজে।
মহাক লাকপা ওম্মোই হায়রবসু লাকলে।

মথক্তা পীরিবা ৱাহৈপরেং মখলশিং আসদি ঐখোয়না ষ্ট্রকচর হায়রবদি শাজিনবদা য়াওরিবা ক্লোজ অমাদ ফ্রেজশিং অদুদগী য়েংদুনা খায়দোকপনি অসিদা নত্তনা ৱাহৈপরেংশিং অসি অমুক্তসু মখোয়না কো দোকলিবা নত্রগা খঙহনলিবা মওং অদুগী মতুংইন্না মখল খায়দোকপা য়াই। ম'সদগী ৱাহৈপরেংশিং অদুন —ইচম-চম্না অচুম্বা অমা খঙহনবরা? নত্রগা ৱাহং অমা হংবা খঙহনবরা? নত্রগা হায়জবা, য়াথং পীবা অমদি পাউতারুচিংবা পীবগী মওং খঙহনবরা? নত্রগা ওইসনু হায়বগা অনিংবা ফোংদোকপরা? নত্রগা ইথ'-খঙহৌদনা করিগুম্বা পুক্নিংগী ইহুল অমা ফোংদোকপরা? হায়বদু য়েংলগা ৱাহৈপরেংশিং অদুগী মশক মমিং থান্দুনা মখল মতা থোক্না খায়দোকই। করিগুম্বা ইচম-চম্না

অচুম্বা অমথক খণ্ডহনলবদি মহুবু ষ্টেটমেণ্ট নত্রগা এসর্টিভ হায়না খণ্ডনৈ। য়াহং খণ্ডহনবা ওইরগনা মহুবু ইনটেরোগেতিপ নত্রগা কেসন হায়না খণ্ডনৈ। হায়জবা য়াথংপীবা অমদি পাউত্তাক্লচিংবা পীবহুনা ইম্পরেতিপ অহুগা অকবা ওইসন্নু হায়হুনা মঙোল পীববুনা ওপটেটিপ অমদি ইখণ্ড-খণ্ডহৌদনা পুক্লিংগী ইহুল কোংদোকপবুনা এক্সক্লেমেটরী হায়না খণ্ডনৈ। মখোয়শিং অসি মখাদা খুদম পীহুনা উৎলি।

(ক) ষ্টেটমেণ্ট হায়বদি ইচম-চম্বা খণ্ডহনবা রাহৈপরেং: –

ঐ লাই অসি পামদে।

মহাক ঙরাং দিল্লিদগী লাকপনি।

ঐনা থবক অহু তৌগনি।

ঐনা হায়বা য়াত্রবনিনা ঐ চৎলরোই।

মহাক ঙরাংদগী তুম্লক্রি।

নংদি পরিক্ষা ভমগনি।

মথক্তা পীরিবা রাহৈপরেংশিং অসিনা উৎলিবদি য়াঙাং অহু অচুম্বনি। মখোয়শিং অসি ঐখোয়না অমুক একার্মেতিপ নত্রগা পোজিতিপ হায়বদি অওইবা অচুম্বা খণ্ডহনব রাহৈপরেং অমদি নেগেতিপ হায়বদি ওম্নতৈনবা, য়ানিংদবা খণ্ডহনব রাহৈ-পরেং হায়হুনা অনি খোক্লা খায়দোকপা য়াই। 'মহাক ঙরাং দিল্লিদগী লাকপনি।' অমদি 'নংদি পরিক্ষা ভমগনি।' অসিনচিংবা অসিনা পোজিতিপ হায়বদি অওইবা, অচুম্বা খণ্ডহনবা রাহৈ-পরেংনি। অহুগা 'ঐ লাই অসি পামদে'। অমদি 'মহাক ঙরাংদগী

তুম্নক্তি'। অসিনচিংবা, অসিগুম্বা মথক্তগী রাইহেপরেংশিং অসিনা নেগেতিপ হায়বদি ওয়া-তৈনবা, য়ানিংদবা, খঙহনবা রাইহেপরেংনি।

(খ) ইণ্টেরোগেতিপ হায়বদি হংবা খঙহনবা রাইহেপরেং :—

নং চাক চারব্রা?
মহাক কদৌডৈ লাকনি?
নং করি তৌরি?
মহাক লাককদ্রা? (মহাক লাকদবরা?)
মহাক চৎখিবরা?
কনানো?

মথক্তা পীরিবা রাইহেপরেংশিং অসিনা খঙহনলিবসি করিগুম্বা পাউথুম অম পামদুনা হংবনি। শম্না হায়রবদা মখোয়শিং অসি অহুম খঙহনবা রাইহেপরেংনি। ইণ্টেরোগেতিপ অসি অমুক ঐখোয়না অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মহুদি নোমিনেল ফোর্মদা সফিক্স রা—লা তপ্পুনা শেম্বা রাহং অমদি ইণ্টেরোগেতিপ প্রনাউনগী মতেংনা শেম্বা রাহং হায়বসিনি। মথক্তা খুদমশিংদা 'নং চাক চারব্রা?' অমদি 'মহাক চৎখিবরা?' হায়বা রাহং খঙহনবা রাইহেপরেংশিং অসি সফিক্স তপ্পুনা শেম্বনি অদুগা 'নং করি তৌরি?' 'কনানো?' অসিগুম্বা রাহং খঙহনবা রাইহেপরেংশিং অসিদি করি কনা, হায়বনচিংবা প্রনাউনশিং অসিগী মতেংনা শেম্বনি।

(গ) ইম্পরেটিপ হায়বদি হায়জবা, য়াথং পীবা অমদি পাউতাক্লচিংবা পীবা খঙহনবা রাহৈপরেং :—

নং ঙসি চৎলু।
খবক অসি তৌবিয়ু।
লাইরিক কয়া পাউ।
নং মখোয়দা চৎলুচো।
নং ঙসি লাকউ।
নং পাযা হায়য়ু।

মথক্তা পীরিবা রাহৈপরেংশিং অসিদি হায়জবা য়াথংপীবা, অমদি পাউতাক্লচিংবা পীবা খঙহনবা ঙাক্তনি।

(ঘ) ওপটেতিপ হায়বদি অফবা ওইসনু লিংবা, মঙ্গোল পীবনাচিংবা খঙহনবা রাহৈপরেং :—

নং কুইনা পুন্সিযুকো।
মহাক মাইপাকপা ওইসনু।
নং পরিক্ষা ওময়জরো।

অসিগুম্বা মথলগী রাহৈপরেংশিং অসিবু ওপটেতিপ হায়না খঙনৈ। (মৈতৈরোল্দদি ওপটেতিপ খঙহনবা রাহৈপরেংশিং অসি ইম্পরেটিপনি হায়না লৌবসু য়াবগী মওংদি লৈ। অদুবু মতাং অসিদা মহু নৈনদ্রে।)

(ঙ) এক্সক্লেমেটরী হায়বদি ঈখঙ খঙহৌদবা পুক্নিংগী ঈহুল ফোংদোকপা ৱাহৈপরেং :—

ইহে। মখাদা ভাগ্রেদো।
ইস! ওন্থোকপনিদা।
ইমাইপেম্মা! শিরমগদবা খিন্ত মঙাই।

অসিগুম্বা মখলগী ৱাহৈপরেংশিং অসিবু এক্সক্লেমেটরী খঙহনবা ৱাহৈপরেং হায়না খঙনৈ।

মৈতৈরোনগী ৱাহৈপরেংশিংগী তোঙান-তোঙানবা মখল মখক্তা নৈনখ্রে। মখোয়শিং অসিগী মরক্তা হোংদোক-হোংজিন তৌবগী মরমদা খরদং অমুক নৈনসি।

ইচম চম্বা ৱাহৈপরেং হায়বদি ষ্টেটমেণ্ট অমদগী মতৌ করম্না তোঙান-তোঙানবা ৱাহৈপরেং শেম্বগে হায়বত্তুগী মতাংদা খরদং য়েংসি।

MPSC(MAIN) 06

নেগেতিপ শেম্বা :—নেগেশন হায়রগা ঐখোয়না নত্তবা, ওয়তৈনবা য়ানিংদবনচিংবা ফোংদোকপবু খঙনৈ। মৈতৈরোন্দদি নেগেতিপ হায়বসি সফিক্সকী মতেংনা শেম্মী। অহুনা মসিদি মোর্ফোলোজিকেলনি। ভার্ব নত্রগা রুটশিংদা নেগেতিপ সফিক্স '-তে~-দে' অমদি '-লোই~ -রোই~ -পোই~-ঙোই ~-মোই' তপশিনবা মতমদা নেগেতিপকী অর্থ পী। খুদম :—

চা+দে

চৎ+তে

চা+রক+তে

হায়+খি+দে

তা+রোই

কাৎ+লোই

হাং+ঙোই

কপ+পোই

তুম+মোই অসিনচিংবা

মথক্তা পীরিবা খুদমশিং অসিদগী খঙবা ঙমলে মতুদি মথক্তা পনখ্রিবা সফিক্সশিং অসি নেগেতিপ খঙহনবা ঙাক্তনি '-তে ~ -দে' হায়বসিনা চুম্নগী অচম্ব' মথলগী নেগেতিপ খঙহনবনি, অতুগা '-লোই ~ -রোই ~ -মোই ~ ঙোই ~ -পোই' হায়বসিনা ইন্টেনতিপ নেগেতিপ হায়বদি অনিংবা অমা য়াউবা নেগেতিপ খঙহনবনি।

মৈতৈরোন্দা নেগেতিপ অসি ভার্বতদমক তপ্পুনা শেম্মী। অতুনা '-বা ~ -পা' হায়বা রুটতা নত্রগা ভার্বতা তপ্লগা নাউন শেম্বা সফিক্স অসিগী মতুংদা নত্রগা নাউনগী অতৈ লৈরিবা সফিক্সশিং অতুগী মতুংদা নেগেতিপ খঙহনবা সফিক্সশিং অসি তপ্পা য়াদে। অতুবু নেগেতিপ সফিক্স '-তে ~ -দে' গী মতুংদা '-পা— -বা' অসি তপশিনবদি য়াই। মতম অতুদা '-তে' না '-ত' অতুগা '-দে' না '-দ' ওনখি। খুদম :—

চৎতে+বা =চৎতবা

ককতে+বা =ককতবা

হায়দে+বা =হায়দবা

হংদে+বা =হংদবা অসিনচিংবা।

'-লোয়' হায়বা সফিক্স অসিগী মতুংদা '-বা ~ -পা' অসি হেক্তা তপ-শিনবা য়াদে। মসি তপপ্রবা ভার্ব ফোর্মগী মতুংদা '-বা ~ -পা' তপ্পুনা লেরিংতিপ ওইহনবা মতমদা '-দ' অমা হাপ্পনা তপ্পবা য়াদে। মসিগী '-দ' অসি 'দে' দগী ওইরকপা নত্তে। মসিদি নিংজিং-মাংজিংনবা, তং-তাদবা খঙহনবনি। মাসনা '-রোয় ~ -লোয়' নচিংবগা লৈমিন্নবা মতমদা নেগেশনগী শরুক অমা হাপ্পা লৈখিবনা নিংজিং-মা জিংনবা অদু নগেশনগুম ফাওবনি হায়বদি নেগেতিপ ওইরবোই নিংবনি। মসিদগী খঙবা ঙমলে মতুংদি :—

'-তে ~ -দে'গী '-ত ~ -দ' হায়বা এলোমোর্ফ লৈ অদুগা '-লোয়' গীনা '-রোয় ~ -মোয় ~ -পোয় ~ -ভোয়' হায়বা এলোমোর্ফ-শিং লৈ

মতাং অসিদা নৈনগদবা অমন নত্তে হায়বসিনি। '-ন' হায়বা ভার্ব ফোর্ম অমা মৈতৈরোন্দা লৈতে। মতৌ করম্না '-তে' হায়বসি তপ্পুনা নেগেতিপ ওইরকলিবনে হায়বসিনি। মসিদি ঐনি তোম্বনি, চাবনি, হায়বশিং অসিগী ওয়্ন-তৈনবা খঙহনবদা 'নত্তে' হায়বসি য়াওরকপা মতমদা '-নি' অসি মাংখি। মসি মাঙখিবা নত্তে। ঐ, তোম্বা, চাবা হায়বসিদা য়াওরিবা -নি হায়বা কোপ্যুলা অসি ফাইনাইত ভার্বকী থবক তৌবনি। অদুনা

নাউন্দা নেগেতিপ শেম্বা য়াদে হায়বা নিয়ম অদুগী মখাদা 'নি' হায়বসি নাউনদগী লৌথোক্লগা '-ন' হায়না ভাউঅল চেঞ্জগী প্রোসেস অমা লৈগ্রগা মসিদা '-্ত' তপশিন্দুনা নেগেতিপ শেম্বগী য়ানি। অদুনদি মসিদা লৈরিবা প্রোসেস অসি :—

ঐনি : ঐ→ নি+তে

ঐ→ ন+ত+তে

ঐ→ ন+ৎ+তে

ঐ→ নত্তে অসিনি।

মসিদগী ঐখোয়না উবা ফংলে মদুদি মৈতৈরোন্দা অয়াম্বা মতমদা ভোইসলেস খোন্থোকপু ভোইসলেসনা ইনগনি হায়বা য়াকয় অদুগী মতু ইয়া '-নি' দগী -ন' ওল্লবা মতুংদা '-ত' অমা ইন্নৎ ভৌরে। অদুনদি মসিদসু নেগেতিপ অসি ভর্বতা তপ্পুনা শেম্মী।

হৌজিক অমুক য়াহৈপরেং থয় লৌখত্নুনা য়েংসি 'ঐ চাক চাই' হায়বা য়াহৈপরেং অসিগী ওয়-তৈনবদি ঐ চাক চাদে' হায়বসিনি। মতৌ অসুম্না 'ঐ ঙরাং চৎলি' হায়বসিগী ওয়-তৈনবদি 'ঐ ঙরাং চৎতে' হায়বসিনি। মসিদা ওয়-তৈনবা খঙহল্লিবসি '-দে' অমসুং '-্ত' হায়বা সফিক্স অনি অসি তপশিনবদগীনি। অদুনদি মৈতৈরোন্দা নেগেতিপ অসি সফিক্সকী মতেংনা শেম্মী হায়বসি তশেংনা খঙবা ঙমলে।

**ইন্টেরোগেটিপ শেমবা :**—হংবা নত্রগা য়াহং খঙনববু ইন্টে-রোগেতিপ নত্রগা ইন্টেরোগেশন হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোন্দদি

ইণ্টেরোগেতিপ অসিসু সফিক্সকী মতেংনা শেম্মী। অয়াম্বনা নাউন নত্ত্রগা নোমিনেল ফোর্ম নত্ত্রগা মোদিফায়ার নত্ত্রগা ন্যুমরেল-শিংদা '-লা' নত্ত্রগা '-রা' তপ্লুনা ইণ্টেরোগেতিপ শেম্বা ঙাক্কনি। খুদম:—

| | |
|---|---|
| তোম্ব + রা | = তোম্বরা ? |
| ঈশিং + লা | = ঈশিংলা ? |
| চাবা + রা | = চাবরা ? |
| থক + পা + রা | = থকপরা ? |
| চাক + লা | = চাকলা ? |
| কম্না + রা | = কম্নরা ? |
| অমা + র | = অময়া ? |
| ফজবা + রা | = ফজত্রা ? |

মথক্কী খুদমশিংদা তোম্বা, ঈশিং, চাক, হায়বশিংসিনা নাউননি। মখোয়দদি '-লা' নত্ত্রগা '-রা' অসি হেক্ত তপশিন্দুনা ইণ্টেরো-গেতিপ শেম্মী। অদুবু 'চা', 'থক' হায়বশিংসিনা ক্রটনি। মখোয়শিং অসিদা '-লা', '-রা' অসি তপ্লা য়াদে অদুনা অহানবদা '-ব ~ -পা' হায়বা অসি তপশিন্দুনা নোমিনেল ফোর্ম ওন্থোকই। অদুগী মতুংদা '-ল্যা ~ -য়্রা' হায়বা সফিক্সশিং অসি তপশিন্দুনা শেম্মী। মোদিফায়ার অমদি ন্যুমরেলশিংদদি নাউনদা তৌবগুম্না সফিক্সশিং অদু হেক্কমক তপশিল্লি।

মতাং অসিদা পনবা য়াবদি চারয়া, তৌরয়া, চাগেয়া, অসিনচিংবা ফোর্ম থরদদি ভার্বতা ইণ্টেরোগেতিপ অসি তপশিনবগুম

উয়ে। অদুবু মসি কুপ্প। নৈনরকপা মতমদদি চারবরা ?, তৌর-বরা ? অমদি 'চাগে হায়বরা', নত্রগা 'চাগে নিংবরা' ? হায়বশিং অসিগী অতেনবা হায়বদি শমজিনবা মওংনি। তোম্বরা ? হায়বসিদু 'তোম্বা ওইবরা' নত্রগা 'তাম্বা ওইবিরবরা' ? হায়বগা চপ মান্নে। অদুনদি মসিদগী ইন্টেরোগেশন হায়বসি নাউন নত্রগা নোমিনেল ফোর্মদদমক তপশিল্লগা শেম্মী হায়বসি খঙবা ঙমলে।

মথক্তা পনগ্রে মদুদি ইন্টেরোগেশন অসি নোমিনেল ফোর্মশিং গ্র্যামরেলশিং, অমদি মোদিফায়ারশিংদা সফিক্সশিং তপ্পুনা শেম্মী। অসিদসু নত্তনা ইন্টেরোগেতিপ প্রনাউনশিংগী মতেংনা মসি খঙহনবা ঙম্মী। মখোয়শিং অসিগী খুদম মখাদা পীরি :—

চৎখ্রবদু অপিকপা মনিবা ?

চাক চারবরা ?

চাকলা ?

অনিরা ? অদুমলা ?

ঙসিরা ?

হৌজিকলা ?

মসি লাইরিক অমরা ?

মসির ?

ঙসি নিংথৌকাবরা ?

কনানো ?

করি করি নৈ ?

কদায়দা চৎখ্রে ?

মথক্তা পীরিবা থুদমশিং অসিদগী নাউন ফ্রেজ, নাউন, ভার্বেল নাউননচিংবা নোম্মিনেল ফোর্মশিংদা ইন্টেরোগেতিপ সফিক্স তপ-তুনা ইন্টেরোগেতিপ শেম্বগী থুদম উবা ফংলে। লোইননা মোদিফায়ারশিং অমদি ন্যুমরেলশিংদা ইন্টেরোগেতিপ সফিক্স তপতুনা শেম্বা অমদি ইন্টেরোগেতিপ প্রনাউনশিংনা ৱাহং থঙহনবা উবা ফংলে।

মৈতৈলোনগী ইন্টেরোগেতিপশিং অসি চাওরাক্না মথক্ল অনি থোক্ল খায়দোকপা য়াই মতুংদি ঃ—'মান্নি/নত্তে' নত্রগা 'হোই/মাই' অমদি 'ক-' অসিনি 'মান্নি/নত্তে' নত্রগ 'হাই/মাই' হায়বসিদি ইংলিসকি 'য়েস/নো' হায়বতুগুম্বনি। মাইন্নে হায়বমকস্তু য়াই।

থুদম :

নং চাক চারবরা ?

চাওবা ঙসি লাকপরা ?

আদনীসি তোম্বরা ?

মসি ফজবীগী যুমলা ?

চাক হাপখোরা ?

ঐখোয় চৎলসির ?

মা চৎপ্রবর ?

মথক্কী থুদমশিং অসিগী পাউথুমশিং অসি পোজতিপ ওইরগা মান্নি নত্রগা হাই অতুগা নেগেতিপ ওইরগনা মাই নত্রগা নত্তে হায়বসিনি। হোই খংহনবগী পাউথুমদি হংলিবা ফোর্ম অতুগী শরুক খর লোথোকপ্রগা মতুদা -উ, -রে, -নি, -রি, নচিংবা তপশিন্দুনা শেম্মী। অতুগা মাই খংহনবা পাওথুম পীবা মতমদদি

-তে, -দে, নত্রগা -ত, -দ, গী মতুংদা -রি, -লি, নচিংবা তপশিল্লগা শেন্মী।

ক—ইন্টেরোগেতিপ হায়বসিদি হোই/মাই হায়না খুদ্মগী মহুত্তা অতোপ্পা রাহৈ ওইনা পাউখুম অমা পীবনি। মখোয়শিং অসিদি ইন্টেরোগেতিপ প্রনাউন ওাকনি। খুদম :—

নং করি চারি?

তোম্বা কদায়দা চৎখি?

ফজবী কনাগা চৎখি?

লক্ষীতোন কদেঙৈ লাকনি?

সুমতি করম্না চৎকনি?

মথক্কী খুদমশিং অসিগী পাউখুম পীব মতমদা মাপ্নি/নন্তে নত্রগা হোই/মাই হায়না পাউখুম পীবা য়দে। মসিদদি মহু নত্তবা ইতোপ-তোপ্পা রাহৈ অমনা পাউখুম পীবা ওাই মহুদি :—'নং করি চারি' হায়বসিগী পাউখুমদি চাবা য়াবা পোৎ, চাক, মিথাই, কবোক, ওা অসিনচিংবা ওইগনি। 'তোম্বা কদায়দা চৎখি' হায়বসিগীনা ইম্ফাল, থৌবাল, কৈথেলনচিংবা মফম অমা ওই-গনি। 'ফজবী কনাগা চৎখি' হায়বসিগীনা চাওবা, মানি, ওবা, হায়বনচিংবা মী অমা ওইগনি। 'লক্ষীতোন কদোঙৈ লাকনি' হায়বসিদনা ওসি, হয়েং, নিংথোকাবা নুমিৎ, অসিনচিংবা ওইগনি, অদুগা 'সুমতি করম্না চৎকনি' হায়বসিগীনা গাড়ী, চাওবা, খোং, অসিনচিংবা ওইগনি।

**ইম্পরেতিপ শেম্বা :**—ইম্পরেতিপ হায়বদি হায়জবা, ৱাথং-পীবা, থৌদাবনচিংবা থংহনবনি। ইম্পরেতিপ হায়বসি মৈতৈ-রোন্দদি রুট নত্রগা ভার্ব নত্রগা ভার্ব ফ্রেজশিংদা '-উ,-লো,-লু,-নু, -খো, -য়ু, -ও' অসিনচিংবা সফিক্সশিং তপশিনহনা শেম্মী। অহুনদি ইন্টেরোগেতিপ শেম্বগুম্না সফিক্সকী মতেংনা ইম্পরেতিপসু শেম্মী।

খুদম :—

চা + উ = চাউ
ই + উ = ইউ (ইয়ু)
চৎ + লো = চৎলো
য়েং + লু = য়েংলু
তৌ + গ + নু = তৌগনু (তৌনু)
লাং + গ + নু = লাংগনু (লাংনু)
লৈ + খো = লৈখো
ই + খো = ইখো অসিনচিংবা।

মৈতৈরোন্দা ইম্পরেতিপশিং অসিনা নোর্মেল হায়বদি উচম চম্বা, ইম্মেদিয়েৎ হায়বদি অথুবা নত্রগা থুদকী, থবক অদু অতোপ্পা মফমদা চৎলগা তৌরুচো, কৌজও অসিনচিংবা খঙহনবা ওম্মা প্রোহিবিসন হায়বদি আথংবা হায়বসিসু ইম্পরেতিপনি হায়না লৌরি উচম চম্বা খঙনবদি '-উ' নত্রগা '-ও' নি, অথুবা নত্রগা থুদকী খঙনবদা '-লো', অতোপ্পা মফমদা থবক তৌবা খঙনবদা '-লু', লাকপিনবা কৌজবদা '-লো', তৌহুনা লৈখো হায়বদি লোইশনবা ৱাদ্রি হায়বদা '-খো', হায়জবা খঙনবদা '-য়ু', অহুগা অথিংবা পীবা থংনবদা '-নু' হায়বশিংসি তপ্নি। খুদম :—

চৎসি লাকও।

নং চাক চাউ।

নং লাইরিক পাউ।

নং পোত্তু লাম্মু।

নং চাক চারো। (খুদক্ত চাউ)

নং থুনা চৎলো।

নং চাকতু চারু।

থবকতু নং তৌরু।

নং লৈহু হেকলু।

নং চাক চারো। (লাক্লগা চাররাউ)

নং মঙোন্দা হায়রো। (লাক্লগা হায়রোরাউ)

চাক চাখো।

লেপ্লুনা লৈখো।

চাক অদু চাবিয়ু।

নং চংগনু

নং তৌগনু। অসিনচিংবা।

মসিদগী খংবা ঙমলে মদুদি মৈতৈরোন্দা ইম্পরেতিপ হায়বসি ভার্বেল সফিক্সশিংগী মতেংনা শেম্মী।

**ওপটৈতিপ শেম্বা :**—মৈতৈরোন্দা ওপটেতিপ অসি ইম্পরেতিপনি হায়না লৌবসু য়াই মরমদি ইম্পরেতিপ খংহনবা সফিক্সশিং অদু ওপটেতিপতা য়াওই। খুদম ওইনা—'নং পরিক্ষা ঙমজরো।' নত্রগা 'নং কুইনা পুন্সিয়ুকো'। অসিনচিংবা ওপটেতিপ খংহনবা

রাহৈপরেংশিং অসিদা য়াওরিবা 'ওমজরো' অমদি 'পুন্সিয়ুকো' হায়রিবা ওপটেতিপ কোংদোকলিবা রাহৈশিং অসিদা '-রো' নত্ত্রগা '-ও' অমদি '-য়ু' হায়বা ইম্পরেতিপ খওইনবা সফিক্সশিং অসি য়াওরি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ওমলে মহুদি মৈতৈরোন্দা ওপটেতিপ অসি ভার্ব কোর্মদা -সনু, -য়ু, -য়ুকো, -রো, -জরো, অসিনচিংবশিং অসি তপশিল্লগা শেম্মী।

এক্সক্লেমেটরী শেম্বা :—মসিদদি ইস !, ইহে !, হাইমা !, ইমাইপেম্মা !, তুৎ !, ও-হে !, ওহোকপানিদা ! অওক-পানিদা !, তৎ ! অসিনচিংবশিং অসি রাহৈপরেংশিং অহুগী মমাংদা তপশিনবগা লোইননা অরোইবদস্তু 'হায়নহৈ', 'হায়রে' অমদি '-বোইরে', '-হায়দায়' হায়বসি হাপচিন্দুনা শেম্মী। 'হায়নহৈ' হায়বা ইতোপ-তোপ্পা রাহৈ অসি হাপচিনবগী মহুত্তা মসিবু তেন্সন্দুনা '-নহৈ' আসখক্ত হাপ্পস্তু য়াওই। খুদম :—

ইহে ! মা চৎখ্রে হায়নহৈ।

ওহো ! মা চৎখ্রে হায়নহৈ।

ইসে ! মা চৎখোকখ্রেনহৈ।

মতৌ অস্তুম্না মৈতৈরোনদা এক্সক্লেমেটরী অসি শেম্মী।

মথংদা অমুক মৈতৈরোনগী অবানবা অমদি শিক্লিনবা য়াবা অমদি য়াদবা রাহৈপরেংশিংগী মরমদা নৈনসি।

মৈতৈরোনগী গ্রামারগী লৈরিবা তোঙান-তোঙানবা নিয়মশিং অহু কায়না শেম্বা রাহৈপরেংবু অরানবনি হায়না লৌনৈ। রাহৈপরেংশিং অহুদা খেংনরিবা নত্ত্রগা ঊবা কংলিবা অরানবা

অহুগী মওংদগী য়েংহুনা অসিগুম্বা অরানবা রাহৈপরেংশিং অসি মথল অহুম থোক্লা থায়দোকপা য়াই। মথোয়শিং অহুদি :—(১) অরানবা, (২) শিজিন্নবা য়াদবা, অমস্তুং (৩) লানস্তু-লানবা শিজিন্নবস্তু য়াদবা অসিনি।

অরানবা রাহৈপরেং হায়রগা ঐথোয়না ফোংদোকনিংলিবা রাকম অহু চপ-চানা খওহনবা ওমদবা, সকিল্লনচিংবশিং অহু তপকম থোকপদা তপতবা অমদি অরাংপা লৈবশিং অহুবুনি। থুদম :—

* ঐনা চাক চাবনি।
* ঐ চাকতু চাবনি।
* ঐনা মাবু চৈ ফুই।
* খুৎনা তোম্ববু ঐ পাই।
* ঐ চাক চাবা মী।
* শ্যামনা তোম্ববু উতুপ থাই।
* মসি ঐ লাইরিকনি।
* মসি তোম্বগী!
* মহাক চারা? অসিনচিংবা।

মথক্তা পীরিবা রাহৈপরেংশিং অসিদা অরাংপা নত্রগা অকাইবা অমদি শোয়দনমক লৈরে। মরম অসিদগী মথোয়শিং অসিবু অরানবা রাহৈপরেংনি হায়নরিবনি। 'ঐনা চাক চাবনি' হায়বা রাহৈপরেং অসি 'ঐনা চাক চাবনি অহুগা মানা তল চাবনি' হায়বা কম্পাউণ্ড ওইবা রাহৈপরেং অসিদা য়াওরিবা সিম্পল ওইবা রাহৈপরেংশিং অসিনা ফোংদোকলিবা অর্থ অহুদা য়েংলবদি

অচুম্বা রাহৈপরেংনি অহুগা 'ঐনা চাকতুবু চাবনি' হায়বগী অর্থদা শিজিন্নরগদি শোয়দনমকী লায়ে। মতৌ অসুম্না কবিতাদা শিজিন্নবগী মওং অহুদগী য়েংলবদি অয়ানবা রাহৈপরেং কয়া অমসু অচুম্বা ওইনা লৌবা য়াগনি। মতাং অসিদদি অসিগুম্বা অর্থগী চয়েৎনবা নত্রগা কবিতাগী মওংহু য়েংদনা খাইদগী চম্বা মওংদা লৌবা য়াবা অর্থতুদা লৌতুনা নৈনবনি। 'ঐ চাকতু চাবনি' হায়বা রাহৈপরেং অসি অয়ানবরি মরমদি মসিদা 'ঐ' হায়বা রাহৈপরেং অসিগী সবজেক্ট ওইরিবা রাহৈ অসিদা নোমিনেটিপ কেশকী মার্কর অমা য়াওকম থোকপতু য়াওদ্রে। 'ঐনা মাবু চৈ ফুই' হায়বসিদনা 'চৈ' হায়বা ইন্সক্রুমেণ্ট অসিদা ইন্সক্রুমেন্টল কেশ মার্কর অহু তপতবদগী মপুং ফাদবা রাহৈপরেং অমা ওইরে। অসুম্না 'ঐ চাক চাবা মী।' হায়বা রাহৈপরেং অসিদনা ফাইনাইত ভার্ব নত্রগা রাহৈপরেং অহুদা য়াওকম থোকপদা নত্তনা য়াওদবা য়াদ্রবা ভার্ব অহুগী অর্থ অহু ফোংদোকপা ওম্বা '-নি' হায়বা কোপ্যুলা হায়না খঙনবা পার্তিকল অহু য়াওদবনা মরম ওইহুনা রাহৈপরেং অসিমক অর্থ থোক্কবা রাহৈপরেং অমা ওইরে। মতৌ অসুম্না 'মসি ঐ লাইরিকনি' অমদি 'মহাক চারা' হায়বা রাহৈপরেংশিং অসিদনা মথংশিংনা 'ঐ' হায়বসিগী মতুংদা য়াওকম থোকপা 'গী' হায়বা সফিক্স অহু য়াওদবা; অহুগা চা' হায়বা রুট অসিদনা ইন্টেরোগেটিপ সফিক্স তপ্পদা য়াওদবা য়াদবা নোমিনেলাইজর '-বা' হায়বতু য়াওদনা রুটতা '-রা' হায়বা ইন্টেরোগেটিপ সফিক্স অসি তপশিনবদগী অর্থ থোক্কবা অয়ানবা রাহৈপরেংশিং ওইরে। অসিগুম্বা মখলগী রাহৈপরেংবু অয়ানবা রাহৈপরেং হায়না খঙনৈ।

শিজিন্নবা য়াদবা রাহৈপরেং হায়রগা ঐখোয়না গ্রামারগী নিয়ম কাইত্রবস্তু অর্থ থোক্তবা, রাহৈপরেংশিং অমুবু খণ্ডনৈ। খুদম :—

* হয়াইমং গায়া শন চারে।
* উপাস্থী অমু কয়া চেল্লি।
* শলনা উরোকখোং লাল্লি।
* হয়াইমতোয়া হয়াইথরাক চারে।
* শয়া কোমলা চারে।

অসিগুম্বা মথলগী রাহৈপরেংশিং অসি গ্রামারগী নিয়ম অমু কাইজত্রবস্তু শিজিন্নবা যাদবা রাহৈপরেং ওইরে। মরমদি মখোয়না ফোংদোকলিবা অমু তাবা য়াদবা, ওইথোকপা য়াদবা রাকম ওাক্তা ওইরে।

লানস্তু-লানবা শিজিন্নবস্তু য়াদব রাহৈপরে' হায়রগা রার্দ-ওর্দয়দা কাউবা অমদি ওয়-তৈনব, এফিক্সশিং তপশিনবা উবা ক'বা রাহৈপরেংশিং অমুবু খণ্ডনৈ। খুদম :—

* কোইবনি ঐ লম।
* চৈতুপ ফুই অমনা মাবু ঐনা।
* অমনা চৈতুপ মানা ঐবু ফুই।
* ঐনা চাকনি চাবা।
* অমা অভাং অঙোবা লৈ।
* চাউবনা য়ুমগী লৈ।
* ইমুংনা চাওবদা লৈ।

অসিগুম্বা রাহৈপরেংশিং অসিবু লানস্তু লানবা শিজন্নবস্তু য়াদবা রাহৈপরেংনি হায়না লৌনৈ।

## নৈনবা

১। মৈতৈরোনগী ৱাহৈপৱেংশিং অসি মখোয়গী স্ত্রকচর হায়বদি মখোয়দা য়াওরিবা ফ্রেজ অমদি ক্লোজশিং অহুগী মতুংইন্না মখল কয়া থোক্না খায়দোকপগে ? মখোয়গী মরমদা খুদম পীদুনা নৈনরকউ।

২। মৈতৈরোনগী কমপ্লেক্স সেন্টেন্সকা কম্পাউণ্ড সেন্টেন্সকা খেন্নবা খুদমনা শোগত্তুনা উৎলু।

৩। মৈতৈরোনগী ৱাহৈপৱেংশিং অসি মখোয়না কোংদোকলিবা নত্রগা খণ্ডহনলিবশিং অহুগী মতুংইন্না মখল কয়া থোক্না খায়দোকপা য়াবগে ? মখোয়শিং অহু করি করিনো ?

৪। মৈতৈরোন্দা মতৌ করয়া নেগেতিপ, ইম্পরেটিপ, ইন্টেরো-গেতিপ শেম্বগে ?

৫। মৈতৈরোনগী নেগেতিপ/ইম্পরেতিপ/ইন্টেরোগেতিপ সফিক্সশিং অহু করি করিনো ?

৬। করম করম্বা মফমদা '-তে ~ -দে' অসি '-ত ~ -দ' ওনখিবগে ? খুদম্না শোগত্তুনা ইরকউ।

৭। মৈতৈরোনগী ইন্টেরোগেটিপ/নেগেটিপ কী মরমদা ইরকউ।

৮। মৈতৈরোনগী ওপটেতিপশিং অসিদা ইম্পরেতিপ য়াওই হায়বসি কদায় কাওবা চুম্বগে ? নৈনরকউ।

৯। মৈতৈরোনগী অরানবা ৱাহৈপৱেংশিং অসি মখল কয়া থোক্না খায়দোকপগে ? করি করিনো ?

১০। মৈতৈরোনগী শিজিন্নবা য়াদবা য়াহৈপরেংশিংগী খুদম পীদুনা ইয়কউ।

১১। মৈতৈরোনগী লানস্থ-লানবা শিজিন্নবস্থ য়াদবা য়াহৈপরেংশিং খুদম পীদুনা উৎলু।

---

## অহুমশুবা শরুক

# ট্রান্সলেসন

ট্রান্সলেসন হায়বসিদি লোন অমদগী অতোপ্পা লোন অমদা য়াম্নিবমখৈ হায়রগী অইবনা খণ্ডহনবা পামলিবা অর্থ অদু ইকাই-কাইহন্দনা অনৌবা লোন অদুগী চৎনবী নিয়মগী মখাদা হন্দোকপদুনি। অদুনদি ট্রান্সলেসন হায়বসিদা হন্দোকদো-রিবা লোন হায়বদি 'সোর্স লেঙ্গুইজ" হায়বা অমগা হন্দোকলিবা লোন হায়বদি 'তারগেৎ লেঙ্গুইজ' হায়বা অমগা অনি অসিদি শোয়দনমক্কী চংদবা য়াম্রে। ফনা য়াম্না হোৎনদুনসু লোন অমদগী অতোপ্পা লোন অমদা চপ-চানা হন্দোকপা হায়বসিদি কদৌরেদসু ওইথোক্তে। অদুনা মথক্তা পনখিবা হায়রগী অইবনা ফোংদোকপা পামলিবা অদু কাইহন্দবা হায়বসি শম্না হায়রবদা চানবা য়েংবা হায়বদুনি। লোন অমগী য়াহৈশিং অদুগী অর্থ অদু চপচানা হন্দোক্তুনা থম্লগা হন্দোকলিবা লোন অদুগী নিয়মগা চুনত্রবদি মদু ট্রান্সলেসন নত্তে। ইংলিশকী 'হি ইজ অ গুদ বোই' হায়বসি মৈতৈরোন্দা 'মহাক ওই অমা অফবা অঙাং' হায়না হন্দোক্তুনা থম্লবদি মসি ট্রান্সলেসন নত্তে। অদুবু মৈতৈরোনগী চৎনবী নিয়মগী মখাদা 'মহাক অফবা অঙাং অমনি' নত্রগা 'মহাক অফবা অঙাংনি'

হায়না হন্দোক্লবদি মতু ত্রান্সলেসন ওইরে। মরম অসিদগী ত্রান্সলেসন হায়বসি তৌবা তারবদি ত্রান্সলেসন তৌগদৌরিবা মীওই অমু লোনশিং (সোর্স অমসুং তারগেৎ) অমু মুল্লা খণ্ডদবা য়াদে। অমুমমক ওইমুনসু য়াম্না মপুং ফাবা হায়বদি হান্নগী অর্থ কাইহন্দবা চপ-চানবা ত্রান্সলেসন হায়বসিদি কদৌঙৈদসু ওইখোক্কে অমুবু লোন অনি হায়বদি সোর্স লেঙ্গুইজ (হন্দোকদৌরিবা লোন) অমদি তারগেৎ লেঙ্গুইজ (হন্দোকলিবা লোন) অনি অমু খণ্ডদনা ত্রান্সলেসন তৌবা হায়বসি ওইখোক্কে। অমুগা তোঙান-তাঙানবা মী অনিনা তৌবা ত্রান্সলেসনসু মাল্লবোই।

ত্রান্সলেসন হায়বসি য়াম্না লাইবা নত্তে। অমুগা সেকেণ্ডরী সোর্স হায়বদি অতোপ্পা নিপা অমনা অতোপ্পা লোন অমদা ত্রান্সলেসন তৌরকপমুদগী অমুক অতোপ্প খুমগুবা লোন অমদা হন্দোকপদি মতু ত্রান্সলেসন্নি হায়না হায়বনি মহুত্তা হন্দোকলিবা মীওই অমুনা অখণ্ডবা লোন অমদা লেপ্লে হায়বদি মহাক্তা ওইবা লোন্দা ইখোকপনি হায়না হায়বা য়াই মরমদি লোন অমুবু খণ্ডদবা মীওই অমুনা মতৌ করম্ন মানা হন্দোকলিবা অমুনা হান্নগী অইবগী অপাম্বা অমু খণ্ডহনব ঙমগনি। ত্রান্সলেসন হায়বসি তৌবা মতমদা য়াম্না চেকশিনবা দরকার ওই। করিগুম্বা মসিদা শোয়খিবা তারবদি য়াম্না য়াংনিঙাইনি। খুদম ওইনা হায়রবদা কোর্ট অমদা 'য়ু আর অ দাম ফুল' হায়না মীয়াম মমাংদা ইকাইবা পী হায়বগী কেশ অমা তৌবা মতমদা 'য়ু আর এন একসত্রিমলি অনরাইজ পার্সন' হায়না হন্দোক্লনা অর্থ পীবা তারবদি কেশ

অদু মাংনিঙাইনি। অদুনা ব্রাললেসন হায়বসি তরাই-তরাইনা লৌবোইদবনি।

ব্রাললেসন তৌবা মতমদা কাউবা য়াদবা রাকম অদুমথক লৈ। মখোয়শি অদুদি—কাইদেলিটি, ফ্লুয়েন্সি অমসুং ইলিগেন্স হায়বসিনি। অয়োইবগী ইলিগেন্স হায়বসিদি মরুওইনা চেক-শিন্নবগীনি। মরমদি মথক্তা পনখিবা 'য়ু আর অ দাম ফুল' হায়বসিবু 'য়ু আর এন একসত্রিমলি অনরাইজ পার্সন' হায়না হন্দোক্লিবা অদুদা ইলিগেন্স হায়বহুদি লেয়ে অদুবু মহুনা লাম্না তাকপগী খুদোংথিবা হায়বদি অমাংবা অদুদি লৈতে। মথংদা, ফ্লুয়েন্সি হায়বসিনা শেংনা চুম্না হন্দোক্লনা খঙহনবনি। অদুগা ফাইদোলটি হায়বসি খঙননব মওং অনিদা য়েংবা তাই। অহানবদা, 'হন্দোকলিবা' অদু নত্তবা অতোপ্পা অতৈ চানবা লৈরিবরা হায়বহু খিদোকপনি। খুদম ওইনা হায়রবদা জর্মন লোনগী 'দমকোক' হায়বাস 'অপংবা মী' হায়না কনাগুম্বনা হন্দোকলে অদুবু জর্মন লোন্দা 'অপংবা' হায়বসিদি 'উংক্লুগের' হায়বসিনা খঙহল্লি। অদুনদি 'অপংবা মী' হায়বসিগদি 'উংক্লুগের মান' হায়বসিগা চেপ্না নকশিন্ননা উয়ে। অদুনা অহানবগী 'দমকোক' হায়বসিনা খঙহনবা য়াবা অর্থসি মতৈয়োনগী চানবা য়েংবদা 'মাথা য়াওদবা' হায়বদি 'কোক য়াওদব' হায়বসিগনা হেন্না চানবা হায়বদি হেন্না নকশিন্ননা উয়ে। অদুম্না অতৈ-অতৈ করম-কয়ম্বা চানবা লৈরিবগে হায়না খিদোকপনি। অনিশুবা মওংদনা হেন্না ইদিওমেতিক ওইবা মখল খন্দোকপনি। হায়বদি

'কোক য়াওদবা' নত্রগা 'মাথা য়াওদবা' হায়বসি মৈতৈয়োন্দা শিজিন্নরবস্নু মসিদগী 'পং চুবা' হায়বসিনা হেন্না পান্না মৈতৈয়োন্দা শিজিন্নৈ। অহুনদি মসিনা হেন্না চুনবা তোঙ্কনা শিজিন্নবা মওং অহু ওইরি। শন্না হায়রবদা মৈতৈয়োনগী 'খেক্না খোইনা চেনবা' হায়বসি ইংলিসতা 'জিগ-জ্যাগ কোর্স' হায়না হনবগী মহুত্তা 'দি স্নেকিং কোর্স' হায়না ত্রান্সলেৎ তৌবহুগা অমহানি।

ত্রান্সলেসন হায়বসি য়াম্না পাক চাওথ্রবা হীরম অমনি। মসিগী তোঙান তোঙানবা মথল কয়ামুকস্নু লৈ। অহুবু মখোয়শিং অহু মতাং অসিদা নৈনত্রে। চুম্নগী মতেক অমথক হন্দোকপগা লিটরেরী তেক্স হায়বদি পোইত্রি অমদি নোভেলনচিংবা হন্দোকপগস্নু খেন্নৈ।

---

মরিশুবা শরুক

# ১

# প্রেসি রাইতিং

প্রেসি হায়বদি সমরি নত্রগা জিষ্ট নত্রগা সবষ্টেন্স হায়বছুনি। শম্না হায়রবদা মসিদি য়াম্না চেকশিন্না তাশিন-খোমজিন্দুনা মচং ওইবা মথৈ খনগৎলগা খ্বাইদগী য়ামদবা রাহৈদা, চিথ-নাম্থ লৈতনা শমজিন্দুনা ইবগী মওং অছুনি। মসিগীদমক্তদি পীরমলিবা রাকম অছুগী মন্নুংগী ভাব (রাখল) হায়বদি অর্থ অছু মপুং-ফানা, মমুৎ-তানা খঙবগী দরকার লৈ। মসি খঙলবতদা চিথ-নাম্থ য়াওদবা, মপুং-ফাবা, মচং ওাক্ত-ওাইবা, রাবেং অমা ইবা ওমগনি।

অচুম্বা মওংদা রাহৈ খনগত্তুনা ইবা হৈবগী মতুংইন্না প্রেসি অমগী ফজবা অছু লেপ্লে। অছুগা প্রেসি হায়বসি শাংহললোই-বদনি হায়না মীপুম খুদিংনা হায়নরবস্থ মসিগী অকক্লবদি লৈতে। অছুবু চৎনবী ওইনা পীরমলিবা রাবেং মতেক অছুগী শরুক অছুম থোকপগী অমদগী হেন্নদি শাংহল্লোইদবনি। প্রেসি হায়বসি য়াম্না কান্নে। মসিনা পাবা মতমদা পুক্নিং-চংহল্লি। মরমদি পুক্নিং-চংনা পীরিবা রাবেং মতেক অছু পাল্লবদি প্রেসি ইবা

হায়বসি ওইখোক্কে। অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু অকবা প্রেসি অমা ইবা তারবদি মথাগী রাকম ৫ (মঙা) অসি শোয়দনা মাংদা থম্বা তাই। মখোয়শিং অছুদি :—

(ক) একুুরিসি,

(খ) ক্লেরিতি,

(গ) কনপ্লিৎনেস,

(ঘ) কোহিঅরন্স, অমসুং

(ঙ) কন্সাইসনিস অসিনি।

(ক) একুর‍্যিসি—হায়রগা খঙনরিবদি অরানবা য়াওদবা, শোয়দবা, হায়বত্থনি। শম্মা হায়রবদা চপ-চ'না তৌববুনি।

(খ) ক্লেরিতি—মচা-খায়না, মপ্নেক-শেংনা, চয়েৎনবা লৈতনা উৎপবু ক্লেরিতি হায়না খঙনৈ।

(গ) কমপ্লিৎনেস—মসিনা হায়রিবদি মচেৎ-মচেৎ নত্তবা, মপুং-ফাবা, লোইননা মরিক-চুম্বা ওইগদবনি হায়বনি।

(ঘ) কোহিঅরন্স—হায়বসিদদি লাইনা খঙহনবা য়াগদবা রাহৈ-রাতা শিজিন্নবগা লোয়ননা মতাং-চানা শমজিন্নহনা কোষ্টি-ন্যুইতি হায়বদি মথং-মনাও নাইনা চথরক্লিবা অছু কাইহন্দবনি।

(ঙ) কান্সাইসনিস—মসি তাক্লিবদি রাহৈ থরতমক হায়বদি রাহৈ মশিং য়ামদনা শিজিন্নরগা য়াম্না তেম্না রাথল অছু ফোং-দোকপবুনি।

মথক্তা পীরিবা রাকম মঙা অসি মাংদা থম্নবা মতুংদা প্রেসি অছু ইবা মতমদা মথাগী মওংশিং অসিগী মতুংইন্না চথগনি।

(১) পীরমলিবা পেসেজ নত্রগা রারেং-মতেক অহু রাম্না চেকশিন্না মমুৎ-তানা পাহুনা মতুংগী মনুংগী ঈচেল অহু খণ্ডননবা হোৎনগনি। খণ্ডক্রিমখৈ হন্না-হন্না পাহুনা খণ্ডননবা হোৎনগদবনি।

(২) মখিং অমা শোয়দনা খোনগদবনি।

(৩) হন্নন-হন্নন্না পাহুনা মরুওইবা রাহৈ খুদিংমক মখাদা লৈই চিংগদবনি।

(৪) লৈই চিংলবা মতুংদা লৈই চিংলিবা রাহৈশিং অহুনা শমজিন্নরগা রাখল অমা খোরুবা লারুগদবনি।

(৫) অস্মুন্না লেংশিন্দুনা শেন্নবা রারেং অহু অমুক হন্না পাহুনা কান্নদে হায়না খনব মখৈহু লৌখোকদবনি।

(৬) য়ারিবমখৈ হঞ্জিনহল্লোইদবনি অমস্মুং খুদম পীহুনা তাকলোইদবনি।

(৭) নশাগী রাহৈ শিজিন্নহুনা ইগনি অহুগা হায়না পীরম্বা পেসেজদা য়াওব। রাহৈশিং শিজিন্নদবা য়াদবশিং অহু নত্তুনা অতৈদি শিজিন্নরোইদবনি।

(৮) তেন্স অমখক্তদা হৌবদগী লোইবা ফাওবা ইগনি।

(৯) মতম পুম্নমক্তা ইন্দাইরেক্ট থার্দ-পার্সন ফোর্মদা ইগনি।

(১০) মতৌ অস্মুন্না তৌরবা হায়বদ ককখোক-ককশিন তৌরগা শেন্নবা ফাউবদা য়াম্না শাংলবদি অমুক্তা হেন্না তেনশিন্নবা হোৎ-নগদবনি।

মতৌ অস্মুন্না মথক্তা পীরিবা মওংশিং অসিগী মখাদা প্রেসি হায়বহু ইগনি।

# ২

# চিঠি ইবা

মীওইবনা মাইগা-মাইগা ওনশিন্নহুনা য়ারী-য়াতাই তৌনবদা য়া ঙাংনৈ। মতম অহুদা মখোয়না তোঙান-তোঙানবা হিয়ম কয়ামুক্তী মরমদা ঙাংনৈ অমস্তুং মহুদা লৈবা মখোয়গী য়াখল অহু ক্ষোংদোক্নৈ। লাইরিক হৈবা মীওই পুন্নমক চিঠি ইবা ঙম্মী। মখোয়না অনকপা অমদি অরাপ্পদা লৈবা মরূপ-মপাং নত্রগা মমী-মতাশিংদা হায়নিংবা য়া অমা নত্রগা তঙ্গিংবা পাউ অমা খঙহনবা নত্রগা তাহনবা পাম্লকপা, অমদি করিগুম্বা থবক-থানা নত্রগা অতৈ দরকার লৈরকপা কয়াগী মরমদা ইহুনা খঙহনববু **চিঠি ইবা** হায়না খঙনৈ। মৈতৈরোন্দদি চিঠি-থাবা হায়বসিনা চিঠি ইবা হায়বসিগী মহুৎ শিনবগুম তৌই। মরমদি চিঠি-থাবা, হায়বসিদা ইবগী থবক অহুস্তু অহুম শুপচিল্লি।

চিঠি হায়বসি মখল য়াম্না য়ামই। মখল খেন্নবগী মতুংইন্না মখোয়গী ইবগী মওংস্তু খেন্নৈ। অহুবু চিঠি পুন্নমক্তা শোয়দনা য়াওদবা য়াদবা থরদি লৈ। মখোয়শিং অহুদি :—

(১) **অহৌবা**—মসিদদি চিঠি অহুবু থারিবা মী অহুগী লৈফম হায়বদি চিঠি অহুগী পাউখুম পীরকপদা থুংলগদবা মফম

অতুগা চিঠি অতু ইবগী তারিখকা ইগনি। অতুবু কনাগুম্বনা চিঠি অতু ইবা মতমদা মী অতুনা লৈরিবা মকম অতু থানবসু হায়বদি ইনবসু য়াওই। মসিদি অয়াম্বনা য়েৎথংবা লাপান্দা মখাগী অমুয়া ইনৈ। খুদম :—

২০৯, ইষ্ট কিংসলি, অপার্টমেণ্ট নং ১৮
অন-আর্বোর, মিচিগান,
অগষ্ট ১৪, ১৯৮৯

(২) ফংগদৌরিবদা উৎপা ইকাইথুম্বগা লম্রগা ব্যা-বহার- মসিদদি ইরিবা মী অতুগী ফংগদৌরিবা মী অতুগগী মরক্তা লৈনবা মরী অমদি চিঠি অতুগী মতুংইন্না তোঙানবা মওং শিজিন্নগনি। মসিদি অহৌবদা থাখিবা অতুগী হেক মখাদা ওইরোমথংবা নাকন্দা অহানবা লামাইদা থাগনি। খুদম :—

খুরাইবুঙো, ;
পাবুং, অসিনচিংবা

কনা কনাগুম্বনা ন্নুংশিজন্নবা, ইকাইখুম্নজরিবা অসিনচিংবা কয়ামরুমগা লোইননা ইবুঙো হায়বসি উতৎ-কত্তনা শিজিন্নগদবনি হায়বসি থেংনৈ। তশেংবমক্তি মসিদি মৈতৈরোনগী চৎনবীদগীদি খর থৈদোকপা মওংনি। মৈতৈরোন্দদি অয়াম্বনা চিঠি অতুবু ইরিবা মী অতুগী চহিগী মতুংইন্না মসি লেপ্নি। করিগুম্বা ইরিবা মী অতুনা চহি হনবা ওইরবদি ইবুঙো, ইবেম্মা, নম্রগা ফংগদৌরিবা মী অতুগী মমিং ইবসু চৎনৈ। করিগুম্বা লোন্দা

ওইক্লরগনা মরুপ নত্রগা মমিং শিজিন্নবা চৎনৈ। অদুগা ইরিবা মী অদুদগী চহি হনবা ওইরবদি তাদা, মামা, খুরা, নত্রগা মখোয়শিং অসি মমিং অদুদা তপশিনবা শিজিন্নবা থেংনৈ। অদুবু মসিদা অহোংবা খরদি লৈরে, লোইননা তোঙান-তোঙানবা মকম মতমগী মতুংইন্না থৈদোক-থৈজিনস্লু তৌনরে।

(৩) য়ারোল—মসিদি চিঠি হায়রিবদুনি। খঙহনিংলিবা নত্রগা কোংদোকনিংলিবা য়াফম পুম্নমক অদু মসিদা য়াওরগনি। চিঠি অদু ইরিবগী মরমস্লু মসিনি। লোইরগে নত্রগা লোইরে হায়বা খঙহনবস্লু মসিদা খঙহনগনি।

(৪) অইবগা কংগদৌরিবগগী মরি—মসিদা অইবনা কংগদৌরিবা মী অদুদা য়েংবা মিৎয়েং, মরিনচিংবা অদু উৎলি। মসিদি য়ারোলগী মখাদা য়েংখংবা নাকল্দা ইনৈ। খুদম—বহাকী, অদোমগী, নখুরাতোন, অসিনচিংবা।

(৫) চিঠি ইরিবা মীগী মমিং (সহি)—মসিদি অইবগা কংগদৌরিবগগী মরি হায়বদুগী হেক মখাদা ইনে। খুদম :—

অদোমগী,

অশিংবা থৌদাম

(৬) থুংফম—মসিদি চিঠি থাউ মথক্তা থাগদবনি। মসি য়াম্না মরুওইবা শরুক অমনি। চিঠি অদু কনা মরিক চুম্না ইদুনস্লু থুংগদবা মফম অদু লাম্লবা নত্রগা পাবা থোক্কবা, নত্রগা ওয়-তৈনগ্রবদি চিঠি অদু কংগদবা মী অদুনা কংলরোই। মরম অদুনা মসিদি য়াম্না মরিকচুম্না, ময়েক শেংনা পাবা থোক্লবা ইবা তাই। খুদম :—

ড: পি, সি, থৌদাম
প্রোফেসার
মণিপুর য়ুনিভর্সিটি
ইম্ফাল—৭৯৫০০৩, মণিপুর

মথক্তা চিঠি ইবগী মওংগী মরমদা নৈনগে। অসিদসু নত্তনা চিঠি হায়বসি মখল য়াম্মী হায়নসু পনগে। চিঠিশিং অসি **সোসিয়েল লেটরস** হায়বদি বার্তন তৌবগুম্বা, মরূপ মপাং ইমু-মনুং, ইচিন-ইপানচিংবদা অচম্বা মওংদা ইবা চিঠি অমদি **বিজনেস লেটরস** হায়বদি ললোন-ইতিককী, অফিসকী, থবক্কী অমদি অতৈ দরখাস্তনচিংবা থাবদা শিজিন্নবা চিঠি হায়না মপুং ওইবা কাংলুপ অনি থোক্না খায়দোকপা য়াই। মথাদা তোঙান-তোঙানবা মখলগী চিঠি খরা খুদম ওইনা পীরি :—

(১) বার্তন তৌবা

(ক) শ্রীযুক্ত/শ্রীযুক্তা নাওরেম খগেন্দ্র সিংহ সাং খাগেমপল্লি পনখাদা লৈবগী মকমদা নোল্লুক্না নিংশিংজরি। লাক্লিবা তাং ২১।১।৯১ ইং কাইরেনগী মঙানি পানবা ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ১১ তাব। মতমদা ঐনা নৌনা শাজবা য়ুম অতু শঙ্গাজগদৌরি।

উপলক্ষ অসিদা মতম চানা লেংবিরক্নুনা প্রসাদি কংবিরনবা হায়জরি।

পত্রনা নিমন্ত্রন কচ্চবগী অপরাধ খিবিক ঙাকপিগনি নিংজৈ।

বীনিত
বিনচন্দ্র থৌদাম
মণিপুর য়ুনিভর্সিটি, কাঞ্চিপুর

## (২) ইমুং-মন্নুংগী ওইবা চিঠি

(ক)

৪৩৬ প্লিজেণ্টভিলে রোদ
ব্রিআক্লিক মেনর
নিউ য়োর্ক ১০৫১০
জানুয়ারী ১৭, ১৯৯০

তামো—

ঐ ওবাং ইলিনোইদগী হল্লকলে। হন্দক্তি ঐখোয় য়াম্না চৎলবনিনা মীগী ময়ুমদা লৈবা নুঙ্‌ইগদবা মান্দবদগী জুলিখোয়দা লৈত্রে। ঐখোয় লোইনমক আই হাউসতা অদুম লৈরে। ভেকেশন্দা হন্দক য়ুমদা থোক্লককে হায়দুনা বাবাদস্থু চিঠি ইখ্রে। হোংকোং ফাওরগা লাক্কে নহাক ঐনা লাক্লিবা কাওবা লৈরমউ। খোইদোকপা অনৌবা পাউ লৈতে। মতুংদা অমুক ইজরকে। ওসিগীদি মতাং অসিদা লোইজরগে।

নহাকী নচন
নটাশা

## (খ) মথক্কী চিঠিগী পাউখুম

৪১৯ কিংস রোদ
নোর্থ পোইণ্ট
হোং কোং
জানুয়ারী ২৫, ১৯৯০

মেমে—

নঙগী জানুয়ারী ১৭ কী চিঠি ফংলে। ঐসু হন্দক ভেকেশন্দা য়ুমদা থোক্কে খনবনি। ফবে ঐ নং লাক্লিবফাওবা ওাইহুনা লৈরমগে। বাবাদস্থু ঐ চিঠি ইগে নংসু ইখো।

মরিনাদগী চিঠি ফংবরা? মহাক ওসাকা খাদোক্লমলে। মহাক হৌজিক য়োকোহামাদা লৈবনি। মাগী লৈফমদি—২—৯০৬ ওক্রোয়ামা হেইম, ৯৪১—১ ফুটু—কোহোকু, য়োকো-হামা—২২২ নি। মাদি হন্দক ভেকেশন খোক্লোই হায়বনি। খোইদোকপা করিস্নু হায়নিঙাই লৈতে। মতুংদা অমুক ইরক্লগে।

নহাক্কী

নবুং

(গ) মচানা মপাদা ইবা চিঠি

৪৩৬ প্লিজেন্টভিলে রোদ

ব্রিআর্ক্লিফ মেনর

নিউ য়োর্ক — ১০৫১০

জানুয়ারী ১৬,১৯৯০

বাবা,

ঐ ইলিনোইদগী হেক হল্লকপগা চিঠি অসি ইরবনি। হন্দক ভেকেশন্দা য়ুমদা লাকে খল্লি। তামোস্নু উনদবা কুইরে অদুনা হোং-কোং কাওরগা লাকে খল্লি? তামোদস্নু হয়েং চিঠি ইখিগে। মহাক ঐ লাক্লিবা ফাউবা লৈরমউ হায়গে খল্লি মরমদি ঐনা মকম অদুদা চৎনিংবা মকম খর লৈ। মছু মহাক্কা লোইননা চৎমিন্ননিংই। করিস্নু খোইনা হায়নিঙাই লৈজদে। লোইজরগে।

বাবাগী

নচাস্নুপী

## (ঘ) মরূপ অমদা ইবা চিঠি

চিংঙামখা লিরা লম্বী
উম্ফাল
তাং ২০।১২।১৯৯০ ইং

মরূপ,

করম তৌরি ! নঙোন্দা চিঠি ইগে খনবা য়াম্না কুইরবনি অহুবু থবক থরা চিনবদগী নঙোন্দা পাউ থাবসি থর খোংগ্রে। য়ারৌগনু। নংনা ঐঙোন্দা শিন্নরকপা থবকশিং অহুদি লোইনা তৌথ্রবনি। অহুগা নহাক নঙনা পিরকপা লাইরিক অহু ফংবদা য়াজেন্না হয়াওবহুদি অঙকপনি। নখোয়গী অমদি ঐখোয়গী ইমুং অনিমক্তা অনা-অয়েক লৈতে। কোন্না অমুক ইরক্লগে। ঙসিগী-দমক্তদি অস্বাইদা স্থম লোইশিল্লগে।

নহাকী মরূপ
অশ্বিন

## (৪) ললোন ইতিক্কী চিঠি

(ক)

পব্লিক বুক ষ্টোর
ককচিং বাজার
মণিপুর
১৭ । ২ । ১৯৯১

মেনেজর,
য়ুনিভর্সিটি বুক ষ্টোল
মণিপুর য়ুনিভর্সিটি কেম্পাস
কাঞ্চিপুর (ইম্ফাল)

ইবুঙো,

মখাদা পীরিবা লাইরিকশিং অসি লৈবিরবদি য়ারিমখৈ থুনা কপি ১০০/১০০ দং থাবিরকউ। শেল হায়া পীবগী দরকার লৈরবদি পার্সেল ওইনা বেঙ্ককী থ্রূদা থাবিরক্লবস্মু য়াগনি।

| | | |
|---|---|---|
| ১। | জেনরেল ফাউণ্ডেসন কোর্স, | মণিপুর য়ুনিভর্সিটি |
| ২। | কাঞ্চি বুক অফ পোইমস, | মণিপুর য়ুনিভর্সিটি |
| ৩। | রিমেদিয়েল মণিপুরী, | পি, সি, থোংদাম |
| ৪। | এ রেপিদ কোর্স ইন ইংলিস। | সি, জে, দাসরানী এণ্ড তি, সি, দাসরানী। |

অদোমগী
অকোইজম ইবোতোম্বী সিংহ
মেনেজর

## (খ) মথক্কী চিঠিগী পাউথুম

য়ুনিভর্সিটি বুক ষ্টোল
মণিপুর য়ুনিভর্সিটি কেম্পস
কাঞ্চিপুর, ইম্ফাল—৭৯৫০০৩
২৪ । ২ । ১৯৯১

মেনেজর
পব্লিক বুক ষ্টোর
ককচিং বাজার, মণিপুর

ইবুঙো,

অদোমগী তাং ১৭ । ২ । ৯১ ইংগী ওর্দর অদু ফংজরে । পি, সি, থৌদামগী রিমেদিয়েল মণিপুরী নত্তনা অতৈ লাইরিকশিং অদুদি ইউ, বি, আই, ককচিং ব্রাঞ্চকী থ্রুদা ভসিমক থাজখ্রবনি । অদুগা থৌদামগী লাইরিক অদুস্থু প্রেসতগী হেক থোরকপগা থাজরকনি । কংই-কংদে অমদি থারকখোরা থারকগুরা হায়বদুগী পাউ অমত্তং খঙহনবিরক্লবদি য়াম্না নুঙাইজগনি ।

অদোমগী
পি, ইবোতোম্বী সিংহ
মেনেজর

## (গ) অফিসকী চিঠি

গোভর্নমেণ্ট ওফ মণিপুর
ডিরেক্টোরেট ওফ এজুকেশন (এস)
ইম্ফাল

নং ১১-৬/দি এস/৫৯/৯০ তাং ১০/৩/১৯৯১

একজিকুত্যিপ ইঞ্জিনিয়ার
মেণ্টেনেন্স দিভিজন নং ১
ইলেক্ট্রিসিটি দিপার্টমেণ্ট
গোভর্নমেণ্ট ওফ মণিপুর
ইম্ফাল

হিরম—অনৌবা বিলদিংদা মৈ পীয়ু হায়বা।

ইবুঙো,

ঐখোয়গী দিপার্টমেণ্টকী অনৌবা বিলদিং অমা পোরোম্পাত্তা শাবহু হৌজিক্তি লোইরে। মহু চিক মিনিষ্টরনা চিফ-গেষ্ট ওইরগা এজুকেশন মিনিষ্টরনা সভাপতি ওইবিরগা তাং ৩০। ৩। ১৯৯১ ইং থাংজ নুমিৎকী অয়ুক পুং ৯-৩০ তাবা মতমদা শঙ্গাজরগনি। মসিদা ঐখোয়গী স্কুলস সেক্রন অসি হোংজিল্লগনি। মরম অসিনা বিলদিং অসিদা য়াম্রিমথৈ থুনা মৈ পীবীনবা হায়জরি।

অদোমগী
টি ঐইচ বীরা সিংহ
ডিরেক্টর ওফ এজুকেশন (এস)

## (ঘ) থবক্কী দরখাস্ত থাবা

ডিরেক্টর ওফ এজুকেশন (এস),
গোভর্নমেন্ট ওফ মণিপুর,
ইম্ফাল।

হিরম :—ওঝা হাপ্পীনবা হায়জবা

ইবুঙো,

অদোম্মা এল পি স্কুলশিংগী ওঝা থরা লৌগনি হায়বগী মতাংদা 'হুয়েন লানপাউ' থবরগী ফেব্রুয়ারী তাং ১৯, ১৯৯১ দা কোংদোক-পিরকপা অদু থেংনজরে। মদুগী মতুংইন্না ননাই ঐহাকসু ওঝা অমা ওইজগে হায়দুনা দরখাস্ত অসি থাজরি। চানবিদুনা ঐবু কেন্দিদেৎ অমা ওইহনবিয়ু হায়না হায়জরি।

মথাদা ঐগী ইশাগী মরমদা মরোল পুন্নমক পীজরি।

১। মিং—সাপম ইন্নাবৎ সিংহ
২। অপোকপগী মিং—শ্রী সাপম অমুবী সিংহ
৩। লৈকম—কোংবা লাইশ্রম লৈকাই, ইম্ফাল, মণিপুর
৪। চহি - ২১
৫। নুপা/নুপী—নুপা
৬। য়ুম পান্নবা/পান্দ্রিবা—য়ুম পন্দ্রিবা
৭। মহৈগী থাক— (ক) মণিপুর বোর্দকী মথাদা ১৯৮৭ দা ঐইচ, এস, এল, সি, পরিক্ষা অহানবা দিবিজন্দা পাস তৌজে।

(খ) মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মথাদা
১৯৮৯ দা প্রি-য়ুনিভর্সিটি সাইন্স,
অহানবা দিবিজন্দা পাস তৌখি।

(গ) হৌজিক মণিপুর কলেজদা বি, এস, সি, সেকেণ্ড ইয়ারদা
তমজরি।

৮। অতৈ-অতৈ—(ক) ইন্টর কোলেজ এসে কম্পিটিসন্দা অনিশুবা মনা ফংখি।

(খ) হৌজিক হৌজিকমক চিলড্রেন্স হোমদা কোচিংগী ওঝা
ওইজরি।

চানবীদুনা ঐঙোন্দা ওঝাগী কম অমত্তং পীনবিরবদি চায়নিঙাই লৈতনা মুঙাইজগনি অমদি মতম পুম্নমক্তা তৌবিমল কাউজরোই। ঐহাক থাবীনিংবা মফমদা থাবিবদা আপত্তি লৈজদে।

অদোমগী
সাপম ইরাবৎ সিংহ
কোংবা লাইশ্রম লৈকাই
ইম্ফাল

তাং ২২। ২। ১৯৯১

হাপচরিবা চে-চাং:—

১। সার্টিফিকেৎ কপি—৫

২। মার্কসিট কপি—৩

## (ঙ) ছুটি নিবা

প্রিন্সিপাল,
চূড়াচান্দ হায়ার সেকেণ্ডরী স্কুল,
ইম্ফাল।

ওঝা ইবুঙো,

ওঝা ইবুঙোগী মফম নোল্লুক্না হায়জরি মরমদি ঐহাক ঙরাং নুমিদাংদগী কোক চিক্কুনা লৈরে। মরম অদুনা স্কুল কাবা ঙমজরোইদৌরে। ওঝানা চানবিদুনা ঙসিগী নুমিৎ অসিগী ছুটি পীনবীয়ু।

ওঝাগী
ইরোম চিংশাংলাকপা
ক্লাস XI ( এলভেন )
রোল নং ৬

তাং ২২।২।১৯৯১

# ৩

# কমপ্রিহেন্সন

কমপ্রিহেন্সন হায়বসিদদি ৱারেং মতেক অমা হান্না পীখোক্লগা মহুদগী ৱাহং কয়ামুক হংহুনা ছাত্রশিং অদুগী চাংয়েং তৌবনি। কমপ্রিহেন্সন তৌবা মতমদা খঙজিনগদবশিং অদু মখাদা পীরি। মখোয়শিং অদুদি :—

১। ৱারেং মতেক অদু মুন্না পাখোক্লগা মদুগী চাওয়াকপা ভাব অদু খঙদোক্লবা লাক্লগনি।

২। খর হেন্না খঙজিন্নবগীদমক অমুক্ং হন্না খর চেকশিন্না পাগনি।

৩। ৱাহংশিং অদু য়ায়্না চেকশিন্না মমুৎ তানা খঙনবা হোৎনগনি। অদুগা ৱায়েং মতেক অদুদা য়েংলগা মদুগী পাউখুম অদু ইশাগী লোন্দা পীনবা হোৎনগনি।

৪। ৱাহৈপরেং মপুম ওইনা শিজিন্নগদবনি হায়বদি মতেক খয়না পাউখুম পীরোইদবনি।

৫। ৱাহৈশিংগী অর্থ হংলম্বা য়াওরবদি মহু নশাগী লোন্দা য়ারিবমখৈ চাননা পীরমগদবনি। অর্থ অদু তাকপদা খুদম পীবগী দরকার লৈরবদি মহুস্থু তৌগদবনি।

মখাদা ৱারেং মতেক অমা নৈনরি :—

(ক) মণিপুরদি ঈশিং নুংশিৎ ফবা, লৈহাও-চেনবা অমস্তুং য়াম্নস্থু শাদবা, য়াম্নস্থু-ইংদবা মফমনি। মফম অসিদা মখল-মখা অয়াম্বা থবক তৌবা য়াই। অদুনা অশংবা মতমদা তৌননবা থবক কয়ামফম লৈ। ঐগী হোৱিদি গার্দনিং হায়বসিনি। অতৈ-অতৈ ষ্টাম্প- খোমজিনবা, পেন ফ্রেণ্ডসিপ, ইশৈ নোংমাইনচিংবদা থরাই য়াওজরবস্থু খ্বাইদগী পামজবদি গার্দনিংনি।

**ৱাহং :—**

১। মণিপুর করম্বা মফমনো ?

২। 'অশংবা মতম' হায়বসিনা করিনো ?

৩। করি মরমদগী মাগী হোৱিদি গার্দনিংনি হায়রিবনো ?

৪। 'থরাই য়াওবা' হায়বসিনা করিনো ?

**পাউথুম :—**

১। মণিপুর হায়বসি কা হেন্না ইংস্থু ইংদবা, শাস্থু শাদবা লৈহাও চেনবা মফমনি।

২। 'অশংবা মতম' হায়বদি 'অহাংবা মতমবুনি।'

৩। মহাক্না হায়রি মতুংদি মসিনা মহাক্না খ্বাইদগী পামজবা হোৱিনি।

৪। 'থরাই য়াওবা' হায়বদি 'পুক্নিংচংবা' নত্রগা 'পুক্নিং লুপ্পা।' হায়বনি।

(খ) মরক অসিদা অহল অমনা তুরেলদা চোংথদুনা মনি তয়া ইরোইদুনা চংশিনখি। মহাক্না ভাইহাক হোৎনরবা মতুংদা মনিবু

লাম্বা কংখি। অহুবু মহাকস্থু তাঙথবদি লেপত্রি। মনি অহু হৌজিক লুপশিনর্বদি কয়া ওৌত্রে। মতম অসিদা চাউবস্থু মনিগা অহল অহুগগী মনাক য়ৌরে। য়ায়া রানা হোৎনহুনা ঈরৈ অহুদগী চাউবগী মতেংনা অহল অহুগা মনিগা নাম্বোয়কলে। অহুদগী মনিহু তোর্ব্বান্দা পুখৎলকলে।

মনি জ্ঞান তারমত্রে। ঈশিংস্থু য় ম্না থকলমলে। অহল অহুনা লেং-ওৎপনচিংবা কয়ামরুম তৌহুনা মনিদগী ঈশিং লোথোকলে অমস্থুং মহাকপু শ্বয় হোলহল্লে।

ৱাহং :—

১। অহল অহুনা তুরেলদা চোংথরিবা করিগীনো ?

২। অহল অহুগা চাউবগনা করি করি তৌখি ?

৩ 'জ্ঞান তাদবা' হায়বসি করিনো ?

৪। মতৌ কয়ম্না মনি শ্বয় হোলহনখিবগে ?

পাউখুম :—

১। মনিনা ঈশিংদা ইরাক্নবা অহুদগী লোখৎননবা অহল অহুনা ঈশিংদা চোংথরিবনি

২। অহল অহুগা চাউবগনা মনিবু ঈরাক্নবদগী কল্লগা তোর্ব্বান্দা পুখৎলকাখ।

৩। 'জ্ঞান তাদবা' হায়বসি মতাং অসিদদি অশিবগা পান্নক ওইনা লৈবহুবুনি।

৪। অহল অহুনা লেং-ওৎপনচিংবা তৌহুনা থকচিনখিবা ঈশিংশিং অহু ওথোকহল্লবা মতুংদা মনিবু শ্বয় হোলহনখি।

# ৪
# এমপ্লিফিকেশন

এমপ্লিফিকেশন হায়বসিদি প্রেসি য়াইতিংগী ওন্ন-তৈনবনি : মসিদদি রাহৈপরেং অমা নত্রগা অতেনবা রারেং মতেক অমবু চাওথোকহন্দুনা শন্দোক্না ইনবা হোৎনবনি। মসিদি খুদমনচিংবা শীহুনা পাকথোক-চাওথোকহনবগী থবক তৌবহুনি। মসিগীদমক্তদি মথাগী মওংশিং অসিদা চত্থগনি।

১। য়াম্ন মুন্না পাহুনা পীরমলিবা রাহৈপরেং নত্রগা রারেং মতেক অহু মমুৎ তানা খণ্ডনবা লাক্লগনি।

২। য়াম্না মমুৎ-তানা খণ্ডলবা মতুংদা মহু পাকথোক-চাও-থোক্লনবা উপাই কয়ামক্লম হায়বদি খুদম, প্রমানবচিংবগী মতেং শিজিন্নহুনা ওোৎনগনি।

৩। পীরমলিবা রাকম নত্রগা রাহৈপরেং অহুদা য়াওব-য়াওদবা থিদনা হিরম অহুগা মরি-লৈনবা মখেদি পাকথোক-চাওথোকহনবা অহুদা শিজিন্নবা য়াই ।

৪। পীরমলিবা রাহৈপরেং নত্রগা রারেং অহুদি অয়োইবা মওং অহুনি হায়না লৌগনি অহুনা মহু ওইরক্লবা হোৎনবদা চংখিবশিং অহুগী মরমদা ইননবা হোৎনগনি।

৫। পীরমলিবা রাহৈপরেং নত্রগা মতেক অমু পহৈ-পাওরোগুম্বা ওইরবদি মদু শেংনা শন্দোক্লা তাক্কদবনি।

৬। পাকথোক-চাওথোকহল্লিবা অহুম্স মপুংকাবা রারেং অমা ওইহনগদবনি। হায়রগী রারেংদা য়াওবা মকওইবা শরুক খুদিংমকস্ যাওহনগদবনি।

৭। অরান অহুই য়াওহল্লোইদবনি।

মথাদা থুদম অনি পীরি।

(ক) লিনস্ শিদনবা চৈশুম্ তেক্কনবা

মসিগী অর্থদি কয়িগুম্বা অমা অমুক্তং তৌবদা মহুদগী কংবা য়াবা কায়বমখৈ লৌহৌনবা হোৎনবা হায়বনি। লম্বীদা লিন অমা থেংনরে। খুত্তা চৈ অমদি পাইরি। লিন অদু হাৎনবা হোৎনবদা লিন অহুনা শিবগা লোইননা চৈ অহুম্ তেকখিবা তারবদি চৈ অদু মাংজরে। মতৌ অম্মা লম্বী অমা শেম্বদা উ-রা কয়া য়ান্দবা য়াদহুনা য়াল্লে। ঐগী ইথৌদি লম্বী শেম্বদনি হায়হুনা উ-রা য়াল্লিবা ময়াম অদু হুন্দোক্কুনা থনয়বদি মদু লিন হাৎপা লোইবগা চৈশুম্ হুন্দোকপগুম্বনি অহুনা লিনস্ শিদনবা চৈশুম্ তেক্কনবা ওইহনগে হায়রবদি উ-রাশিং অদু কজনা লৌশিন্দুনা থমজিল্লগা মহুবু কায়বা মওংদা শিজিন্নরবদি কায়বা অদু অনি থোক্লা কংবা ওমলে। মসিবু লিনস্ শিদনবা চৈশুম্ তেক্কনবা হায়বনি।

(খ) 'গার্দনিং' হায়বসি য়ায়া লুংঙাইবা হোবি অমনি। ময়সিনা কায়বস্ পী। হকচাং শাজেল মখল অমা ওইবতা নত্তনা কৈথেন্দগী

লৈবা ঙংহৌদবা মতমদা নত্রগা কংদ্রবা মতমদা হেক্তুনা শিজিন্নবা য়াই।

মসিনা হায়রিবদি গার্দনিং হায়বসিগী মরমদনি। মসি হোবি ওইনা তৌবগী মওংনি মরমদি মসি হকচাং শাজেল মথল অমনি হায়রি। তশেংবমক্তি হকচাং শাজেল মথল অমম্তুনি। চুম্মী য়েন্সাং নাপীশিং অসি মকা কম্না কজনা হৌরকপন্থু য়েংবদা পুক্লিং হুনিঙাইনি। অদুগা খ্বাইদগী হেন্না নুঙাইবদি ইশানা থাজবা পোৎ অদু নিংখিজনা হৌরকপন্থু য়েংবন্থুনি। গার্দনিং অসিগী কান্নবা অমনা করিগুম্বা খুদোং চাদবদগী কৈথেন কাবা ঙমদবা মতমদদা নপুনা অতৈ মতমদস্থু মথল মথেল ওইনা চানিংলকপা মতমদা হেকপদা ঙাইরিবা মনামশিংশিং অদু খোংহুনা চাবা য়াই। হৌজিক্তী মতমদা বন্দনচিংবা তোইনা তৌবসিদদি মসিগী কান্নবা অসি অমুকস্থু হেঙ্গৎলে। ঙমদবগী রানি হেকপদা ঙাইরিবশিং খোংহুনা চাবা হায়বসিদি হকচাংদা য়াম্না কান্নবা জাৎনি।

---

## ৫

# এসে

## ( নিবন্ধ )

এসে হায়বদি হোৎনবা হায়বনি। পীরিবা তোপিক হায়বদি ৱারম অমগী মরমদা মরিক চুম্না ইনবা হোৎনববু এসে হায়বদি নিবন্ধ হায়বনি। মসিদা ইগদৌরিবা মীওই অহুনা পীরিবা ৱাফম অহুগী অশেংবা মওং অহু মথং-মনাউ নাইনা মরিক চুম্না, ৱাহৈ-ৱাতা মতা চানা শিঙ্গিন্নতুনা ইথোকপা ফংনবা ... নিবন্ধ অমা ইবা মতমদা তাংকক অহুমখক্কী মবমদা খুওদবা য়াদে। মহুদি—ৱাহৌদোক, নৈনরিবা ৱাফম, অমদি ৱারোইশিন অসিনি।

ৱাহৌদোক—ৱাহৌদোক হায়বসি য়াম্না মরুওইবা শরুক অমনি। এসে অহু পানিংবা পোকহনবা নত্রগা পানিংহন্দবা পোকহনবা হায়বসি মসিগী মথা পোল্লি। ৱাহৌদোক হৈত্রবদি তানিংবা পোক্কবগুম্না মসি হৈত্রবাদ এসে অহুবু পানিংদবা পোকই। ৱাহৌদোক হায়বসি মরম অসিদগী য়াম্না শাংনা ইনদে অমদি য়াম্না তেম্ন তেন্নস্থু লোইশিন্নদে।

নৈনারিবা ৱাফম—মসিনা এসে অমগী খ্বাইদগী মরুওইবা শরুকনি। মসিদা ইরিবা ৱাফম অহুগী মরমদা য়াওবা য়াবমথৈ

মৱিক চুম্না চিথ-নাম্থ লৈতনা ইবগী দরকার লৈ। মসিবু নিবন্ধ অহুগী মশকনি হায়না লৌনৈ।

**ৱারোৱাইশিন**—মসিদা এসে অহুনা তাক্লিবা নত্রগা উৎলিবা অহুগী মরমদা ইনৈ। মসিদি ম্নাম্না শা'না ইনদে।

এসে নত্রগা নিবন্ধ হায়বসি মথল মরি খোক্লা থায়দোকই। মহুদি :—

(ক) দিসক্রিপতিপ,

(খ) নেরেতিপ,

(গ) রিফ্লেকতিপ,

(ঘ) ইমেজিনতিপ, অসিনি।

মখোয়গী মরমদা ম্নাম্না শম্না মথাদা থরদং পীরি :—

(ক) **দিসক্রিপতিপ**—মসিদি মী, পোৎ, মফম, শা, ঙা, পাম্বী, যুম, অসিনচিংবা কয়ামরুমবু থাহুনা ইবা এসে (নিবন্ধ) মথল অহুনি। শম্না হায়ববদা কজবা রাহৈ-রাতা শিজিন্নহুনা অশেংবা শক্তম অমা শাগত্নুনা উৎপবুনি।

(খ) **নেরেতিপ**—করিগুম্বা থৌদোক অমগী মরমদা ইবা এসে (নিবন্ধ) মথল অহুনি। শান্ন-শোৎনবা, লমকোইবা, থৎন-চৈনবা, খুদোং-থিবা থোকপনচিংবগী মরমদা শাগত্নুনা পাউ তমহুনা ইবহুনি। শম্না হায়ববদা পরিক্ষাদা য়ুনিভর্সিটিগী ইন্সপেকসন টিম লাকপদা থোকলিবা থৌদোকশিং অহুগী মরমদা ইরবদি মহুবু নেরেতিপনি হায়না লৌনগনি।

(গ) রিফ্লেকতিপ—মসিদি এবষ্ট্রেক ওইবা হিরম হায়বদি হেবিৎ (হৈনবী), মগুন অমদি সমাজগী মরমদা নৈনহুনা ইবহুনি। মথক্তা পনখিবা পরিক্ষাদা ইন্সপেকসন টিমনা লাকপদা খোকখিবা কুন্মৈ (থোদোক) অহুগী মরমদা ইবদি নেমেতিপনি অহুবু পরিক্ষাহুগী তৌরিবা মওংশিং অহুগী মরমদা ইরবদি মহু রিফ্লেকতিপ এসে ওইরে।

(ঘ) ইমেজিনতিপ— রাখলনা শাহুনা হায়বদি কিকসনগী মওংদা ইবা এসেশিংবু ইমেজিনতিপ এসে হায়না খঙনৈ। মসিদদি ইরিবা মী অহুনা ইরিবা রাকম, থোদোক, থবক অহু অমুক্তমু য়াওখিজ্রি নত্রগা তৌখিদ্রি নত্রগা ওইখিদ্রি। মহুগী মরমদা রাখলনা শাজিন্দুনা ইবা অহুবুনি। 'ঐ চিফ মিনিষ্টর ওইরম্লবদি', 'ঐনা নিংথৌ ওইরম্লবদি' হায়বনচিংবা বিষয়শিং কয়াগী মরমদা রাখলনা লামশিন্দুনা ইবা এসে ( নিবন্ধ ) অহুবু ইমেজিনতিপ এসে হায়না খঙনৈ।

## নৈনবা

মথাদা পীরিবা হিরমশিং অসিগী মরমদা নশাগী রাহৈ রাভা শিজিন্নহুনা নিবন্ধ ইয়ু :—

(১) শব্দ।

(২) ঈশিংদা ভাবা।

(৩) ঐগী হোবি।

(৪) মহাত্মা গান্ধী।

(৫) নখোয়গী কলেজদা লাইব্রিক তম্বিবগী মওং।

(৬) পরিক্ষাদা নত্তবা উপাই শিজিন্নবা থিংনবা পাম্বৈ।

(৭) ঐনা মন্ত্রি ওইবমুবদি।

(৮) নঙগী পুন্সিগী খ্বাইদগী নুঙাইবা থৌদোক।

(৯) টেলিভিজনগী কান্নবা অমদি কত্তবশিং।

(১০) বিগ্গান্না পীবা অফবা অমদি কত্তবশিং।

(১১) মণিপুরগী সমাজদা নুপীগী কিতম।

## য়েংশনবদা কান্নগদবা লাইরিকশিং :—


১। র্বাবর, সি, এল — দি ষ্টোরি ওফ লেঙ্গুইজ—ই, এল, বি, এস,

২। ব্লোক, বি এণ্ড, জর্জ এল, ত্রেগর — আউটলাইন্স ওফ লিঙ্গুইষ্টিক্স অনলাইসিস—ওরিয়েন্টল বুকস রিপ্রিণ্ট, নই দিল্লি।

৩। ব্লুমফিল, এস — লেঙ্গুইজ—মোতিলাল বনার্সিদাস, নই দিল্লি।

৪। গ্লিসন, ঐইচ, এ, জুনিয়র— ইণ্ট্রোডুকসন তু দিসক্রিপতিপ লিঙ্গুইসতিক্স,—ওক্সফোর্দ এণ্ড আই, বি, ঐইচ,

৫। হোকেৎ, সি, এফ — এ কোর্স ইন মোর্দন লিঙ্গুইষ্টিক্স,—ওক্সফোর্দ এণ্ড আই, বি, ঐইচ,

৬। লাঙ্গকর, আর, দবলিয়ু— ফন্দামেণ্টলস ওর্ফ লিঙ্গুইষ্টিক অনলাইসিস—হার্টকোর্ট, ব্রেস এণ্ড জোৱানোৱিক, ন্যু-য়োর্ক

৭। লেহমান, দবিলিয়ু, পি— দিসক্রিপতিপ লিঙ্গুইষ্টিক্স এন ইণ্ট্রোডুকসন,—রেণ্ডম হাউস

৮। নাইদা, ই, এ, — মোর্ফোলোজি, এ দিসক্রিপতিপ অনলাইসিস ওফ ৱার্দস —অন আর্বর, মিচিগান,

ৱেংশনবদা কান্নগদবা লাইরিকশিং

৯। পাইক, কে, এল — তোন ফেঙ্গুইফেস, অন অর্বর, মিচিগান

১০। রোবিন্স, আর, ঐইচ — জেনরেল লিঙ্গুইষ্টিক্স, এন ইণ্ট্রদক্তরি সর্ভে, লোংমেনস

১১। খৌদাম, পি, সি — এ গ্রামাতিকেল স্কেচ ওফ মৈতৈরোন, পি, ঐইচ, দি, দিসার্তেসন

১২। র্বাধাউ, আর — ইণ্ট্রোদ্রুকসন টু লিঙ্গুইষ্টিক্স মেকগ্রো হিলস।








